# থম্মোয়গী লৈকারক্তা

মোইরাংথেম প্রিয়ব্রত সিংহ

*Thamoygee Leikarakla*

*(a radio serial drama in Manipuri)*

*by Moiranglhem Priyobrala Singh*




| | |
|---|---|
| অহানবা মঙাল | ২০০১ |
| অফোঙবা | কৃষ্ণমূর্তি কৃষ্ণপ্রিয়া |
| কোপী | ১০০০ |
| মমল | লুপা ৬৫ / - |

Printed in Manipur

*Typeset:* ***Digital Computer, MU Main Gate, Canchipur - 795 003***

*Offset Print:* ***JB Printers, BT Road Imphal - 795 001.***

ইমা
খঙদ্রি ঐ বাহৈসিগী অর্থ অমত্তসু
অদুবু নীংশিংলি
ঐনা থকখি নঙগী খোল্লাং
চূপখি নঙগী ঈ লোইনা



# ৱাহৈ অম'নীদং

বেডিওদা *থম্মোযগী লৈকাবক্তা* শন্দোক্লীঙৈ মনূংদনি। ইথা থাজদনা নোংমা ভদ্রলোগ অমা লেঙবিবকখি। লন্নাই ৱাবী অমত্তং শানীংঙি তাকপিবদগী ঙাইহাক চীক্লা ফম্মিন্নখি। থৌবালদগীনি শক তাকপিবে। ৱাবীগী মাঙওইননা পী শিন্থখিবগুম তৌই। তৌফম খঙদ্রদুনা ঐসু *কৈদৌবা যাওবগেনে ওঝা* হংজকন্বদা খঙহৌদনা পাউখুম লাকখি ঃ *থোইবসি জ্ঞান শুক্তা তাবক্লোইদ্রনে ওঝা ? মহাকপু অফবা মী হাযবদু মপুন্সিদা ওইবক্লবোইদ্রা? ইমূং মনূংনা ঐবু থোইবনি হাযবীবে। থোইবসি ফহল্লকত্রগদি ঐদি খাঙ্বা ঙম্লবোই*। অহানবদা ঐদি অবাং লৈকাইগী তাদা থোইবা ওইববোই নীংলুবে। অদুবু কোন্না খঙলকখি ঃ ঐগী দ্রামাগী থম্মোযগী লৈকাবক্তা মীনুংশিগী ঈবিক অমত্তা পক্লবা মযাম্বা থোইবনি। (দ্রামা অদুদি হান্ননা ইবা লোইখ্রবনি) ঐসু মহৌশাগী ফাগীদু থাদোকপা তাখি ঃ *থোইবসু মীনি। ফবকখিবসু যাইনা*। খূদক্তা খূৎ শোক্লখি।

মতম অর্মনি। মীনুংশি খৌবাংলবা তাইবঙপালনি কন্না খঞ্জখিবা। থম্মোয পাল্লি কাউবর্বশিংনা পিবাং শিন্থবকপদু ঈখৌ লাংখি। মসিনা দ্রামা অসিগী ঈথিলনি। ধর্ম্ম হাযবসিগী অতোপ্পা মমীংদ মীওইবগী মীনুংশি হাযবসিনি খল্লুবগা (অফ ফত্ত পূম্নমক্কী হৌবকফম ওইবিবা) থম্মোযনা সাহিত্য অমদি হিংমিন্নবিবা পুন্সিদা কল্লিবা মফমদুগী খোঙ্গুল লীজনীংখি। পুন্সিসি তেল্লি। থম্মোযনা শেংনবগদি কযাগী মতিক লোইবা নাইবোইদবা। অফবা মীগী ফজববা মীবমলেন ওইবমগবা ! ৱাখল অসিমক্তনা *হে ঈশ্বর* শোঞ্জবগী মহুৎতা *হে থম্মোয* হাযনতা শোঞ্জখি। (অকোনবগী খোন্থোক অসিদা মীংথোলবা দ্রামা অমসু হান্না ফোঙজখ্রে) থম্মোযনা লৈবাং ওইবগা মদুগী লৈকাবক্তা মীনুংশিগী লৈবিক লীক্লা খবদং পক্লিববা থিজবনা ইজবিবা অসিগী পান্দম ওইনা থমজবনি।

দ্রামা অসিবু বেডিওদা পুথোকপিখিবা তামো শ্রী নিংথৌজম লোকেন্দ্রজিৎ সিংহ, শক্তম লাংবীখিবা কলাকাবশিংগী দান লোযননা ইনাও ভোবোত সনসমগী থৌদাং অসিদি (লমন ওইনা লৌজদ্রে) হিংমিন্নবগী থৌজাল হাযবদুমকনি খঞ্জবে। পূক্নীং থৌগৎপীখিবা, ৱাবীখিবা, চৈবীখিবা কযা মপান নাইখিদবনি। নুংশিনা নীংশিংজবি। হৌজিক্তী পাব্রিবিবর্শিংগা শকখঙনবসি। খুকুমজবি।

— *অইবা*

লিলাদা চংবা মী

মপা

থোইবা

খোমৈতোন

সোভা

মমা

চাউবী

গুনিলৈমা

তোম্বী

বৃন্দা

# অহানবা তাঙ্কক

চাউবী তোম্বী।

তোম্বী হায়মা, ইচে।

চাউবী ঙন্তানা চাক থোংঙ্ব্রো ?

তোম্বী শুম থোঙ্গৎপা হৌবনে , বাজিদি ঙসাই অয়ুকসু চাদ্রে।

চাউবী কৈদৌবৈ চাদ্রিবা, বাজিবু হকচাং ঙমদ্রব্রো ?

তোম্বী হকচাং ঙমদবৈ নত্তেদা ইচে। চেঙ লৈতবগা থব্রায় নুংঙাইতবগা ইপা পারজাৎনি।

চাউবী করিনোনে হায়বীদুবো তোম্বী ?

তোম্বী বাজি লাইরিক ইরিবনি, অমুক্তা উন্নবীরম্মু ইচে।

চাউবী ইমাদি ?

তোম্বী তামোখোয়দা লৈরমগনি।

চাউবী ঐখোয় থোইবসিবু চাননা তোঙান চারব্রনে ?

তোম্বী হাপ্তা অমদুম ফারম্মনি। যুম শানি হায়না চেক, নৃং, য়োৎ গাডী মপোৎ মপোৎ পৈরবনি। তামোয়াইগী শেন থাবা ঙম্মরোই হায়রকপদগী নহান্দগী ইমাগা লাউনরিবনি।

চাউবী করিনোনে মানা খল্লিসিবো? ঐসু অমুক্তা উন্নরমগে।

তোম্বী বাজিগা হান্না উন্নরমখোও ইচে। (*ঙাইহাক শরক সি)*

চাউবী বাজি।

মপা *(ফিংলপ)* কৈদৌবা য়াওরে ইবেম্মা, নঙবু নশা ঙম্মুদব্রনে ?

চাউবী কৈশু থোইদোকপা তৌদেদা বাজি।

মপা ইপাগী মীৎনা ফত্তবনরা, নশাদুবু য়াম্না ময়েং তানা উইদা। নঙবু নংলব্রা; নঙবু চরা হেল্লব্রা হায়বনে ইপাগী ইবেম্মা ?

চাউবী *(কপ্লীংনা)* ঐ য়াম্না নুংঙাইরিয়ে বাজি !

মপা নুংঙাইরি হায়বা ! অদুগা করিগী পিনোনে ?

চাউবী বাজি ! *(হিক হিক কপ্পী)*

মপা কপকনু। চাউবী, নপামদা পি তাবা তৌহৈদেনে।

চাউবী ঐ, থোইবা অমুক্তা উন্নরুখিগে বাজি।

মপা নমাসু চৎখিবনি। হল্লমদাইদা বাজিদা তাকঅম্মুকো।

---

চাউবী অং, ঐ অমুক্তা চঙঙুখিগে বাজি।

মপা *(মথন্তা)* ওস্নোকপনিদা। ঐগী ইচাশিংগী ওস্নোক্লা মরাইবক লৈতেদা। তোম্বী ! তোম্বী।

তোম্বী *(চাকশঙদগী)* হাউ বাজি।

মপা কদায ! নঙ তামোযাইগী চিঠি থাবকই হায়দাইনে ?

তোম্বী হৌখিবা থাগী শেল ফংদে হাযবকপনিদা বাজি।

মপা কদায়নো, ইপাসু অমুক্তা যেংগেদনা।

তোম্বী সিদা লৈবে বাজি। ইচেবু তামোখোয়দা চৎখিরো ?

মপা হোয়নে। নচেসিসু য়াম্না ব্রারমালেদা।

তোম্বী অউনপোৎ পীদে হায়দুনা মনেম-মকুদুনা হন্না ফাওবা য়েংবীদবনি। ইতৈদুনা নুপী অতোনবীগীদা-

মপা *(মবক থৎনা)* ইপা খঙই, য়ারেদা তোম্বী।

তোম্বী মশানগা শোল্লে; চানীংবনা অমত্তসু চাবা ফংদ্রে। ইচেসি মী ওইররোইদা বাজি। নহান ঐনা চৎলুবদা মাইবেল ঙাল্লগা চারম্মীনিনে।

মপা নঙসি ওস্নোক্লা পাউ তমস্রেদা তোম্বী। নঙবু চাকশঙদা মৈ থাদোকলম্মিবা নৎত্রো ?

তোম্বী ইবোন্নবা আলু খবা ফুৎলম্বনি, অমুক্তা যেংঙুখিগে।

মপা ইচা খোমৈতোন্না কবি অমুক হাযবিবা! *(মথন্তা শোল্লি, হাংদোকই। খোমৈতোনগী খোঞ্জেলদা)*

*বাজি অমদি ইমাগী মফমদা নচানা খুরুমজবি। ঐবু কবি হাযনা ইসিগে? থা অনী অহুম শেল থাবীবক্তে হাযদুনা চিঠিদা অঙাং মচাগুম্না তেংথাখিসিরা? ইমুং-মনুংগী চযেৎনবমগদবা, বাজি অমদি ইমানা মাথা শাবমগদবা ঐ লোইনা উবে। তামোগী ব্রাখল কবিনো খঙনীংই । অদুবু হংলবোই । ইচিন ইনাউ হেন্না ব্রাবৌননবনি। ওইরোইদবদা শেলসু মাঙবা মতমসু মাঙবা! কৈদৌকগদবনো থোকঅবা অমা লাকঅনি। ঐ যুমদা থোরক্লগে খল্লে।*

*- খোমৈতোন*

মমা *(লাক্লুনা)* করিনো থোইবনা ঙাঙঙিবা ময়ামসিবো ?

মপা *(শাউরপ্লা)* নঙসু লাকপগা ব্রাহং ঙাক্তা। অমুক্তা ঈংনা ফমখোনে। করিগীনো অদুক নিন্দা তৌনা য়েংইদুবো ঐঙোন্দা?

মমা থোইবনা ঙাঙঙিসিদি লোইনা তাইওন্নরে হায়বা।

মপা কবিনো তাইওন্নবা হায়সিবো ? নঙসু ওস্নোক্লা হেঞ্জিন্না ঙাঙইদকো!

মমা কবিনো হেঞ্জিন্না ঙাঙবা হাযসিবো ! তোলোপ ফংঙদি মনাউনুপাগী শেলদু খরা থাবীখ্রসি হায়রুবনি।

মপা হোয় খঙঙেনে, অদু মানা য়ারক্তে নৎত্রো?

মমা ও য়ারক্লে। মানা ঙাঙঙিবা ময়ামসিবু ঐ করি হায়না তমসিগে খঙজদ্রে।

মপা খঙঙসু তমগনুনে অদুবু কৈদৌনদগে ?

মমা মাবু মী ওইনবা হোৎনবদা পুন্সিসে হেক লোইবনি।

মপা অদুবু ঐখোয়না হোৎনবগী মহয় মহাক্তংদি নুংঙাইজরেদনা।

মমা ইচা খোমৈতোন্না কমদৌবা? মচননুপী অমসু লুহোংদ্রি। মচে অশোনবীসে করিমত্তা তম্নীবা ঙমদ্রি। অদুগা হৌজিকপু মানা -

মপা *(মরক থৎনা)* য়াম্না হেঞ্জিন্না খল্লুনুদা নঙসু। ঐ মাগা ঈং-তপ্পা অমুক্তা খন্নখিগে। লোইনা শীন্নবা য়ানিদা।

মমা ঐদি থাজবা শুকঙম ঙমদ্রে।

মপা মনাওগী শেলফমদু মানা থাবীরগদি থাজরেদনা।

মমা থাবীয়ু য়াদ্রগদি ঐনা হায়রিবসি থাজবীনিদনা।

মপা হেঞ্জিন্না ঙাঙগনো। নঙ শোয়দনা লানগনিয়ে।

মমা ঐ লাঞ্জগে। নচানুপা অহনগী কাইদাদুগী ব্রানে।

মপা অশুক য়াম্না খাঙবা হৈত্রিদুবু করিগীনো হায়বা? ঐবু কলম অসিতদি -

মমা কনাদসু ব্রাকৎফম লৈতেসে ঐ। মীৎতগী তারক্লিবা পিসি ফাওবা মরম খঙদ্রবনি -

মপা *(স্বর শাংনা)* অং য়াররোই। ব্রাখল অমখক শাগৎলম্বনি। লোইনা ইচাই চাইখ্রে।

মমা ইবীয়ু কৈদৌগে। ঐনা ননাক্তা ফম্মগা শুম কপকে। পুন্সিদা ওইথোক্লরোইদবা ফজ-ফজরবা ব্রাখল য়াম্না শাগৎপীয়ু।

মপা য়াররোই য়াররোই লোইনা নীঙ্খায়রে। য়াররোই। ঐগী নীংথিরবা কল্পনাগী জগৎসে নঙগী অশেংবা তাইবঙগী তেক-কায়রবা যৃম্ফমদা লোইনা চিংথরে। নঙ লৈবা মফমসে ঐগী কবিতাগী অমাবস্যগী অহীংনি। করিনো খন্নসিসে। পিদু অমুক্তা তৈথোকখোনে।

মমা তৈথোক্লরোইদা। ইচাশিংগী মরাইবক্কী খল্লুবদনি ঐনা কপ্লিবসে।

মপা নঙগী পি তারবা মীৎয়েংদুনা মীপূম খুদিংমকপু লৈচিল নোংফাই থাংনা উরেনে।

মমা থোইবগী ব্রাঙাঙসে ঐনা ভাবনা শাজিনবদি নত্তেদনা।

মপা নঙনা ইচা অমগী অশোনবা অমা উবা তারগসু মদুনা অরোয়বনি হায়না খক খনগনুনে। অদুগা মদো নঙগী ব্রাহৈনা য়াম্নসু চাউথোকহল্লোইদবনি থারোশংবী।

মমা মোয় বাজিদি মীওইবগী ফজবা লোনঞ্চৎখত্তদা থাজবা থম্মী।

মপা থম্মীনে। থোইবসু মীনি। মঙোন্দা ঐ থাজবা থম্মীনে।

মমা ঐনা হায়রিবসে থাজবীয়ু। হন্না য়েংলরোই খনখ্রবা ময়াম্বগী আশাদা মী ওইদ্রিবা ইচাশিংগী তুংগী লাইবকপু অমম্বদা শুম থম্বদি ঐ য়ানীংদ্রে।

মপা য়ানীংদ্রে। অদু কৈদৌসি হায়বা ?

মমা অদু খন্নসে। তাংজফম অমদি লৈবা তাইদনা।

মপা থবোশংবী! নঙদুম অমুক্তা হান্না ঈংথখোনে। মীপুম খুদিংমকসে মশা মশাগী অপাম্বা পান্দম এমমম থিদুনা হিংনবা ঙাক্তনি। থোইবনা খল্লিবদো মাদি চুম্মী খল্লিবনি। ঐখোয়না হায়র্কুরিবদো মঙোন্দদি তায়ওন্নন। থোকলম্বসু য়াই। মানা খঞ্জবীবদু চুম্মী খল্লগদি নঙ কৈশু ব্রারৌরোইনে। লাল্লি খনবদনিনে নঙনা লাইমন ওইবিবসে। ব্রাখলগী লাইমনসে লায়না পুম্নমক্কী হৌরকফম্নি হায়নৈদনা। হিংবসি খরা লায়থোকউ; ব্রাখলসু খবা য়াংথোকউ। খরা পোথাউনে নঙবো!

মমা অস! মহাক শেম্বদা পুন্সি তঙ্খায় অমা ওম্থোক্লা ব্রানা লেনখিদা।

মপা পুম্নমক্তু লেম্না খক মাঙঙোইদা থরো।

মমা *(শাউরংননা)* থোইবদা থাজবগী ব্রাসিদি তোকঅসি।

মপা ঐগা হৌজিক ব্রারী শাগে নঙ তাওসে।

মমা হৌজিক্লা হোরেল্লা কবিমত্তা কান্নরোই হায়রীসিনি।

মপা *(কৌই)* ইচাতোম্বী। তোম্বী।

তোম্বী *(চাকশঙদগী)* করি হায়গে বাজি?

মমা তোম্বী থাবীকনুদা। থোইবদি চাউবীগা অমুক ব্রারী শাহৌবনি।

মপা ও! ইচা চাউবী লাকখিকো। ইচাতোম্বীনা থোংইদু কবিনো অমুক্তা মতেঙ পাংবীয়ুসে। ঐ অমুক্তা জ্ঞান তানা ব্রারী শারুখিগে।

মমা চাউবীদু সিদা অমুক্তা চঙঙকখো হায়বীরম্মু।

মপা হোয় হোয়। *(চৎনা চৎনা মথন্তা)* ঐবু! ইচাগী থোঙজিন্দা লেপ্পুবা তারব্রনে? মসিমক্তি চুমদেদা। অদুবু কৈদৌই হায়গেদা! করিনোনে! খৎনব্রনে?

*(ইমুংদা মচিন-মৌপ্পা লাউনবা তারকই)*

থোইবা ঐনা ঙসাইদগী ঙাঙঙিবা ময়ামসে ইচে জ্ঞান শুক্তা তাদে।

চাউবী ইচে জ্ঞান তাইনে থোইবা। ঐনা হায়রীসিসু নঙ অমুক্তা খম্থোনে।

থোইবা খম্বুবা খম্বদবা ঐনা ঙম্মরোই হায়রবদি অদ্রে ইচে। হঞ্জিন হঞ্জিন ঙাঙঙ্জনা কৈকান্নদগে! খোমৈতেনগী শেল থাদে হায়দুনা অহল অনীসিনা মরোল অমা ব্রারৌরিবা। ঙসাইদগীনি ইমানা কপ্পনে-লাউবনে, পাপনে-শাপনে করিনো ঐবো-

চাউবী লৈরিবা ফীভমসিদদি নঙনা খরা হেন্না খম্বদবা য়ারোইনে থোইবা। ইচাই চইরিবা যুম্বাল মওংসিদা নঙনা অহলশিংগী মতেঙ খরা পাঙশিন্দ্রবদি কমদৌনি! ইচেবুসু খরা য়েংশিল্লকউ। ইচে ব্রায়নে থোইবা।

থোইবা ঐসু ব্রাযনে ইচে! যুম শানবা হোৎনরকপদা ঙায়রি। ইচা শেমদ্রি, কার তোংদ্রি -

চাউবী *(মবক থৎনা)* পুম্নমক্তু ঙাইঙমদবা হৌনদেদা। তপ্পা তপ্পা মরাই লাকচনি।

থোইবা *(মরক থৎনা)* ইচেনা হায়বীরিসিবু ঐ ইশাগী পুরা তোকথোক্লগা ময়ামগী মৈচেন্নবদা পুমচাই চাইয়ু সিনিনে।

**চাউবী** থোইবা ! ঐখোয় ইচিন-ইপ্বাশিংগী মরক্তা নঙনা হান্না ফীভম খরা ফৈ হায়বসিদি নঙসু খঙইদনা?

**থোইবা** য়ারে ৱারীসে তেনশিল্লসি ইচে। *ঐ হৌজিক য়ুম শারী। ঐনা পোকচবা ইচাফাওবা* য়েংশিনবা ঙমদ্রি । সিদা কনাগী ৱাকৎনো ঐনা তাদোইসিবো?

**চাউবী** নঙনা য়ুম শাবা হৌজিল্লুরিসিসু লাল্লিবনিনে।

**থোইবা** ইচেনা ঐগী য়ুমসি পানবীবরোনে !

**চাউবী** *(নোক্লা)* তোলোপ্তুদা ইচেদা পীয়ু ঐনা ফনবা শীল্লগেনে।

**থোইবা** ঐনা চাবা তোলোপ্পু ইচেদা কৈদৌবৈ শিন্নদোইবা ?

**চাউবী** অদু য়ৌনা হায়বা হৌনদেদা ইবুংঙো।

**থোইবা** কান্নদে, সি য়ৌনা হায়রক্লদি ইচেসু ৱারৌনি। ৱারীসিদি য়ারীমখৈ শাদবা ফৈয়ে।

**চাউবী** অদুদি ইচে অমুক য়ৌখিনবা তৌগে। ইচেনা খবা ৱাবদগী ইপ্বাগী নাকোং ৱাই খরা চিল্লেদো। গুনি, ঐ অমুক চৎলগে। সে, মবোই মপাঙ খরা য়োল্লকপনি।

**থোইবা** ইমাখোয়দা পীরম্মো। য়াম্না নংঙমালে, ঙারী-ঙাতাই ফাওবা নিরগা চারবনি।

**গুনি** চাক চাখিসে ইনম্মা।

**চাউবী** লোইরব্রনে, করি থোংইনো ?

**থোইবা** হে হে থেঙখিনবনি কৈকান্নদবদা।

**গুনি** কবিনো ঙাঙঙিদুবো ? ইনম্মাগী পৈশা হায়দুবু পীরব্রো ?

**থোইবা** করিনো নঙনা অমুক ঙাঙঙিদুনা ? কদায়দৈ পৈশানো ?

**গুনি** ঙসি তোলোপ ফংঙে হায়দাই ! ঐঙোন্দা থম্বা শেলদুসু লৈয়ে। অদুদৈ পীখ্রো হায়ব্রো?

**থোইবা** খিৎ তৌবীরনু ইবেম্মা। চৎনফম লৈরবা শেনফম ঙাক্তনি।

**গুনি** ইনম্মনা লুপা চামঙাদং হংববু ! অয়াম্বা শেলফমসু নত্তে।

**থোইবা** য়াম ফরক তাখ্রেদা মসিগী নুপীসে।

**চাউবী** য়ারে ঙাঙনরনুসে গুনি। ইনম্মা অমুক চৎলে।

**গুনি** চাক লোইরে, খরা চামিন্নখিসে ইনম্মা।

**চাউবী** য়াম্না চামিন্ননীংবনি। অদুবু ঙসিদি ইনম্মা চাররোই ।

**গুনি** অমুক্তা ঙাইখোও ইনম্মা ।

**চাউবী** থেঙঙেদা। ইনম্মা চৎলে ।

*(নুংশিবা যন্ত্র ঈশৈ)*

**মমা** করিনো অমুক তুমীন লেপ্লরিসিনা ?

**মপা** ঐরো ! কৈসু তৌদেদা।

**মমা** থোইবগা ৱারী শারবা নৎত্রো ?

মপা *(খংশাউ শাউরকই)* করিনো, নঙনা ঐঙোন্দা পঙহঙদা হংঙিসিবো ?

চাউবী ইমা। থেঙঙে ঐ অমুক চৎলগে ।

মমা ঙাইখোনে। অমুক্তা চঙঙকখোনে ইবেম্মা।

চাউবী করিবু তান্নখিসিগেনে ইমা ?

মমা চাক থিরো তোম্বী, নচেসু খরা চাখিনবা।

তোম্বী আউ, থিরকঅগে ইমা।

মমা নচিন-নৌপ্পা করি ঙাঙনরুবনোনে ?

চাউবী মথোঙ মরম খঙবা ব্রা নত্তেদা ইমা। পোকমিন্নবগী হংনফম থোকপ্রা খন্দুনা হংলুবনি। অদুবু ঐনা ব্রা খঙদবা তারেদনা। যুমদা থুনা য়ৌনীংইবো ইমা।

মপা ঙাইখোনে অমুক্তা নেনা তানা ফমখোনে নঙবো।

চাউবী ঐ চীক্লা ঙাইহাক্তং ব্রাখল খন্নীংই বাজি। ঐগী ইপ্বা থোইবনা ঙসি হায়রক্লিবসি করিনো! ইথন্তগী ব্রাখলদা ব্রাহং চাম্মা-চাম্মগী পাউখুম পীনবা হোৎনখিগনি। নৎত্রদি ঐ ! ঐ মী নৎত্রেদনা !

মপা অদুক হেঞ্জিন্না খনবা হৌনদেদা ইচাশা।

চাউবী লাইরবসি ওম্থোক্লা তোল্লিদকো বাজি। হায়জ-নোঞ্জরুবা ওম্থোক্লা হস্থনা য়েংবীদা। মীগী মচাদুগী মমাঙদা মী ওইনা পোক্লুবগী ইজ্জৎ অমত্তসু য়েংবীদবা ! ইমায়সে হাইগৎলকপা ঙমদনা ব্রানা খাঙখিদা !

মমা মীওইবৈ ব্রা ঙাঙদবনিনে মসে !

মপা নঙ অমুক্তা ঙাইখোবা থরোশংবী।

মমা মোই বাজিবু থোইবগা ব্রারী শারুনি হায়বীরম্বদাই ?

মপা অদু শারকত্রে কমদৌসিগে ?

মমা কৈদৌরবা ?

মপা কৈশু তৌদে। হয়েং ওইনা তপ্লা শাবসু য়াইদনা ?

চাউবী শাবু-শারুরনুদা বাজি। মহাক কয়াম নুংঙাইগে য়েংঙসি। ঐখোয়গী কুম্মৈসি মহাক পেন্না য়েংঙসনু।

মপা নখোয়না পঙঙাঙদা ঙাঙঙগা য়াব্রো ! ঐগা ব্রারী অমুক্তা শাখিগে হায়রেদনা।

তোম্বী চাক থিজরে বাজি।

মপা নচেগা চামিন্নরোদনা।

তোম্বী লাকও ইচে।

চাউবী ইচেবু থেঙঙবনিনে তৌরিসে। ইমাদি ?

মমা থেঙঙনি, নচিন-ননাও চামিন্নরোনে।

তোম্বী সিদা খূৎ হাম্মসি ইচে ।

চাউবী করিবু থোংইনোনে ?

তোম্বী ইরোনবনে।

চাউবী ইরোল্লি হায়বা ?

তোম্বী ইরোল্লসু চারগা খঙনিদা। ইনম্মনা পীরকপা ঙারী অহাওবনে থাকইসে।

চাউবী হাউনা চাহৌরো ঐদি চাররোই।

তোম্বী কৈদৌরে অমুক ফুক হৌগৎলিসিনা অঙাওবীদৌনা!

চাউবী থেঙঙে। ঐ অমুক চৎলে বাজি।

মমা নচিন-ননাও চাক চামিন্নখো হায়রগা কৈদৌরগেম্মি নঙবো ?

চাউবী নোংমা-নিনী লৈরগা অমুক লাক্কে। ঐ চৎলে।

মপা ঙাইখোনে ইবেম্মা। লাকও, অশুৱাইফাওদং শুম লেপ্পীরুসিদনা।

মমা কৈদৌরগেম্মি মসিনা ইফিং ফিংইসিবো ? *(কৌই)* ইবেম্মা, চাউবী -

চাউবী *(থাপ্লপ্লা)* ঐ চৎলে ইমা!

মপা ইহে! মসিদি ওম্বোকপনিদা!

তোম্বী চৎখ্রবো ?

মমা চৎখ্রেদনা।

তোম্বী *(কৌই)* ইচে, ইচে।

মমা আঃ য়ৌখ্রেদা তারম্মরোই।

মপা লাকও লাকও চঙঙসি।

মমা তোম্বী, থোঙসি লোনশিল্লম্মোসে।

মপা ইচা তোম্বীনা থোংইদো করিনো শারিঙৈদা চামিন্নরো। ঐদি করিমত্তা চানীংদ্রে।

মমা ঐসু চানীংদ্রেদা। তোম্বী, নঙ চাখোকও।

মপা অঙাং অসি মথন্তা নুংঙাইবা হৌনদেনে।

তোম্বী ঐসু চানীংদ্রেদা। কনামত্তা চারগুমসি তোকঅসি।

মপা নঙসিদি ওম্বোক্লা মফম মতম খঙখিদ্রেদা থরো। অঙাং অসি চরা হেল্লদি -

মমা মোই বাজিসু ব্লারনি খরা চাসিসে। ঙসাই অয়ুকসু চরা হেল্লে।

মপা নঙসিদি ঐগী পূক্লীংসি ওম্বোক্লা শান্নখ্রেদকো! মথা অসি পুবা ঙমদ্রে হায়বনি!

মমা অদু চাক্কু খিত্তদি চাসি হায়বা।

মপা ঐ চাররোই হায়বনে।

মমা ইচাতোম্বী।

তোম্বী চাররোইয়ে, করিমত্তা হায়বীরক্কনু ঐঙোন্দা।

মমা ফরে অদু মঙায়রে; তুম্মসি ইচাসিদি।

মপা ইচাশিংসি অমত্তা নুংশিনৌ য়াররোই। নঙনা ঈংথনবদি লায়রদনা মৈ চুদৌরী ?

তোম্বী বাজিসু ইমাদদা চৈবী। ইচেনা চাক চাদনা ফুক হৌগৎলগা চৎথ্রিদুবু ইমানরো ?

মপা অদুবু মরমদু থিগৎতুনা লৈরগদি নখোয় নশেনবু নুংশিনৌ য়াররোই হায়বা ?

গুনি *(মপান্দগী)* তোম্বী। তোম্বী।

মমা কনানো ?

গুনি ঐনে ইমা, থোঙ অমুক্তা হাংদোকপীয়ু।

মমা গুনি।

গুনি মানে ইমা, ঐনে।

মমা কৈদৌবা য়াওরগেনে ?

মপা ইহে, হংদুনা শুম হেক লৈদা। থোঙদু অমুক্তা হাংদোকপীয়ুনে।

গুনি ঐ ইঞ্জাং থিল্লকপনে ইমা।

তোম্বী ঐখোয়দি চাক চারে ইনম্মা।

গুনি চারগসু থোঙসিদি অমুক্তা হাংদোকউদনা !

তোম্বী হৌগৎপা তল্লেদা ইনম্মা। হাংঙরোই !

*তাঙ্কক লোইবগী যন্ত্র সঙ্গীত*

# অনীশুবা তাঙ্কক

মমা অঙাংগী শেনসিদি থাদ্রেনে ?

মপা ইচাতোম্বী, নঙ তামোদু বাজিনা সিদা অমুক্তা লাউ হায়য়ু ।

তোম্বী হোয় বাজি ।

মমা লাকউবু য়ারোইদা ।

মপা অমুক্তা য়েংখিসিদা থরোশংবী ।

মমা ও য়েংবীরিঙৈদা নচাদু মীরমদগী থোরকপনা হাল্লনিয়ে ।

মপা ব্রা য়াম ঙাঙগনু। ব্রাখল খুদিংমক ব্রাহে ওন্থোক্কনি হায়রগদি ননাক্তা কনাসু হিংবা ঙম্মোই। মরম চানা কান্নগদবা ব্রা খরদমক য়াম্না চীং-লেম্না ঙাঙবা তম্মু থরো।

মমা মৈ চাকঅবা মতমসিদা কবিগী ব্রাদুনা য়াররোইদা।

মপা করেম্নবা অমসু য়াওরিনেকো ।

তোম্বী বাজি, তামোদো -

মপা লৈহৌদ্রনে তোম্বী ?

তোম্বী লৈবুদি লৈহৌই ।

মপা করি হায়হৌগে ?

তোম্বী করিমত্তা খুম্মক্তে । মমীৎতো মূন্না য়েংঙকইবা ! তোলোপ ফংঙদি ফুরিৎ অমত্তা লৈবীয়ু হায়গে খনবনি। মমীৎতো কয়াম কিজৈ ।

মপা করিগী কিরিনোনে, মীনা য়েংজরকপবো ?

তোম্বী বাজিদা য়েংঙকপদি নত্তবনিনা খঙঙরোই ।

মমা হায়রুনু হায়রুনু ইবেম্মা। নবুং অসে মবূক অমা তৌরবনি। ইমা লৈবীগেদা ।

মপা অঙাংদা অদুম্না হায়বা হৌনদেনে নঙবো !

মমা সিবু করি কায়রগে ?

মপা পুম্নমকসে ইচানে। মরন্নাই হিংনীংই হায়বগীদমক নঙ ইচানুপা অহনসি ইথোক্লদ্রো?

মমা মানদি মমা-মপানি হায়দুনা ঐখোয়গী করি খনবীরিগে ?

মপা মদুনা মাগী ধর্ম্মনিদনা। মমা-মপা ওইরুবা ঐখোয়দি ইচা পুম্নমকপু চপ মান্ননা নুংশিবা ঙম্বগী থম্মোয়গী গুণদো মাঙহন্দবা তাবনি ।

মমা ঐসু মমানে। ইচাশিংবু করিগী নুংশিরোইদগে? অদুবু ঐখোয়না নুংশিজবা ইচাশিংগী মরক্তা ঐখোয়বু মীরাইরকপা য়াওরকপসিদি -

মপা *(মরক থংনা)* ইচাশিংনা ঐখোয়বু খক মীরাইরোইনে থরো। ওন্থোক্লা হেঞ্জিন্না ঙাঙখ্রেদকো নঙসে।

মমা করিদনো ঐনা হেঞ্জিল্লিসিবো? ইচা খোমৈতোনদো য়ূমদা থোরকপনা হাল্লনিয়ে।

মপা *(কন্না)* থোরকঅসনো লাইরিক তম্বসু তোকঅসনো! মানা লাইরিক তমদ্রগা মানা থবক ফংদ্রগা ঐখোযসিবু মমা মপা ওইবা তোকঅব্রা হায়বা? ইচাশিংগী মীনুংশিদু মাঙহল্লগদি ঐখোয়বু মমা মপা হায়বদু ওইরিব্রা?

মমা করিনো ঐঙোন্দা হংলিবা ময়ামসিবো? ঐ অঙাওবী নত্তে, ঐসু ইচাশিংবু নুংশিনে।

মপা অদুগা কৈদৌরবা? করিগীনো নঙনা মীৎকী পিবু অশুক তোয়না কাইহৌরিবসিবো?

তোম্বী বাজি!

মপা ইচাতোম্বী! নখোয় ননীং থুংদে, শেৎপা চাবা পিদোল্লি ইপা উইনে। অদুবু নখোয় চাউরে, ইপাগী উপাই লৈতবা ফিভমসে খঙবা মতম ওইরে। ৱাহং হংঙনুনে।

গুনি বাজি!

মপা কৈদৌরে নঙনা তহ্‌া তহ্‌া?

গুনি মাদি থবক চখোক্কদবা মাল্লে, বাজি অমুক্তা -

মপা লাক্কে লাক্কে, ইপা লাক্কে।

মমা ইচাতোম্বী লাকও ইরুজরো। ইমা দুকান্দগী চেঙ লৌরুখিগে।

*(ঙাইহাক শরক শি)*

গুনি ফকসোমদা লেঙশিনবীয়ু বাজি।

মপা য়ারেদা য়ারেদা।

গুনি বাজিগী চাদি চিনী য়াওদবা ওইনা -

মপা শেম্মুরনুদা, ইপা চা থকত্রে।

থোইবা ঐবু কৌবীব্রা বাজি?

মপা কৌইনে। নঙনা কদায়দা চখোক্কে হায়বা?

থোইবা য়ূম শাবগী মিস্ত্রি খরা উন্নগদবা। করি তান্নগদবা লৈগে?

মপা ননাওগী চিঠি লাকইনে। ৱারসু ৱানা মাগীসিমতংদি লোইশিনহন্নীংবা।

থোইবা ঐ, ইমাদদি হায়জখ্রবনি।

মপা নঙগী অচিনবনা করিনো অমুক্তা খন্নসিনে।

থোইবা চিনবা হায়বু তৌরীসিনি বাজি।

মপা অদুবু কমদৌসিগে ইফোং ফোংনা হেক্তা খন্নসিনে।

থোইবা ৱাফমসি বাজি, ঐসু অঙাংশিং চাউদ্রিঙৈদা য়ূমসি শাবা লোইশিন্নীংই। অঙাংসু খরা

ফজনা শেম্বীনীংবনিনা খরচতি অদুম চাউই। শেলসি পংলেম লেমদবনিনে।

মপা ননাওগী লোইগদবসিনা কয়ামুক্তি ব্রাৎলি ইবুংঙো ?

থোইবা চহী অমা খরা হেন্না ব্রাৎলিমাল্লে।

মপা অদু ফাওদংদি ব্রারসু ব্রানা নঙ ইপাবু মথা শাহল্লনুনে।

থোইবা ঐ শেংনা হাযজগে বাজি। খোমৈতোনগী থা খূদিংগী শেল থাবদি ঐ ঙম্মোই।

মপা অদুদি ননাওগী মহৈ তম্বসি তোকপদা মতাযনে !

থোইবা অদুগীদি বাজিনা অদুম খনবীরো।

মপা মসিদি নঙনা খনগদবনিনে থোইবা ! ঐনবু হৌজিক করি উপায়নো ? ঐনা শুবা-নোম্বা ঙম্মিঙৈ নঙবু নমান্নবা মবক তিনবা ঙম্নবা হোৎনবেদনা। হৌজিক্তি নচিন-ননাওশিংসে মখূৎ পায়দুনা নঙনা চিংখৎপীয়ুনে থোইবা।

গুনি শঙ্গোম লৈবে বাজি।

থোইবা থবক ওইনদি অততাই ওইনা হোৎনবসি হেক্তা ঙম্মক্তেদা।

মপা ঙমদ্রগদি কমদৌনি ! ননাওদু থোবকউ হাযখিবা তারেদনা।

গুনি কবিগীনোনে বাজি ?

মপা মাগী শেল থাবগী মতম অমুক হেল্লকইবা।

গুনি মখোয তামোনা হৌজিক ফাওবা থাবীখিদ্রিবো ?

থোইবা কবিনো নঙনা অমুক ঙাঙইদুনা ?

গুনি ঐদি নহান তোলোপ ফংবা নুমিত্তুদা থাবীখ্রবোই নীংই।

থোইবা নীংববু ওন্থোক্লা হৈখ্রেনে। আ ইমূংদা নথৌ শুরুচো।

মপা মতুংদা কৈনো কৈনো খন্নরসু হন্দক থাগীসিমদি খরা থুনা অমুক্তা থাবীখোনে থোইবা।

থোইবা মসি ঐবু ব্রারৌবীবনুদা বাজি।

গুনি কবিনো হায়বীরিদুবো তাবা ব্রায়দা।

থোইবা ব্রাফমসিদা নঙগী করি নথৌ লৈ গুনি ?

গুনি হায়বীবিসিবু -

মপা ইমৌসু ইমূংসিগী মীনি, অফ-ফত্তা পুম্বা মরম চানা অদুম খন্নবা য়াইদা।

থোইবা *(কল্লপ)* ঐগীদি খনবা লোইরে বাজি। ঐ খোমৈগী শেন থাবা ঙম্মরোই।

গুনি এ ! কবিগী ঙম্মোইদৌরিবা ?

থোইবা *(কন্না)* ঙমদ্রে হায়রদি ঙমদ্রে। হন্দক্তা নম্ভেয়ে হৌখিবা থাগীসু থাদ্রিযে। ঐসু ইশাগী যূম্ফম শেমগৎপা মতম ওইদ্রে ?

গুনি তামোনা ফংবীরিসিবু লুপা লীশিংতবাগী মথক্তা নৎত্রো ?

থোইবা য়াম নুংঙাইখিদ্রেদা গুনি।

মপা থোইবা নঙ অমুক্তা ঈংথখোনে।

থোইবা মসিদা য়াম্না কোথ-কোথনা ঙাঙনরগা কৈকান্নদগে ?

গুনি ব্রাফমসি খরা ফজনা খন্নসি তামো, য়াম্না লায়নসু লৌবীগনু। ঐখোয় হৌজিক ইচাশিং য়াম্না পীক্লি। লুপা লীশিংমুক্না থা অমগী খরচ অদুম কোন্নে। য়ূমসু লোনগী শেলনা শাবনি। মদু শিংবসু তোলোপ্তগী খজিক-খজিক্তনি ককহৌবা।

থোইবা করিনো নঙনা হায়রীসে গুনি ?

গুনি খোমৈতোন্না মহৈ তমগদবসি চষ্টী অমরোমদা ঙায়শিল্লকঅবনে তামো। মাগীসিদা চঙগে হায়না চঙঙবদা তামোগী থা অনীগী তোলোপ য়ৌনা চঙঙরোইয়ে।

থোইবা নঙগীদুবু ঐঙোন্দা তাকইবা হায়দুরো ?

গুনি চুম্না-শুম খন্নবনি কৈদৌরগে ?

থোইবা নঙ অহৈ-অপা য়াম শারক্কনু গুনি। মসিদা নঙগী নথৌ শুক্লে লৈতে।

গুনি অদুম্না ঙাকসু নমহৎপীনুদা।

থোইবা নঙগীসিবু ঐঙোন্দা শীংনরীবকা ঐ ও ঙহায়দুরো?

মপা থোইবা নঙ শাওমল্লি অমুক্তা তপথখোনে।

গুনি তামোদা শীংনবা ঐগী ইতীক নৎচদে । ঐগীসিদি তামোগী ফজনবা হায়জবনি। ইমূং-মনুং চান্ন-চিন্ননা ঈং-তপ্পা হিংমিন্ননবা ঐগী ব্রাখল অমা ফোঙদোকচবনি।

থোইবা নঙ ব্রাখল য়াম লৈরে। য়ারে তানীংদ্রে নথৌ শুরুরো।

গুনি মসিদা তামোগী ফিরেপ্পু করিনো ?

থোইবা ঐগী ফিরেপসি নঙ হৌজিক ফাওবা খঙদ্রিনে ?

মপা অমুক্তা ঙাইখোনে ইচাশা।

গুনি খঙদ্রি।

থোইবা অশুক থোইচৎনবী নুপীসিবু ! *(খুপাক্লা থাই)*

গুনি অস !

মপা থোইবা ?

থোইবা নুপীনবু শুক ঙক কনবদি !

গুনি *(চীং-লেম্না)* তামো ! নুপাগী থৌনাবু অদুরনে ? অদুনবু মায় পাকপা শক্লদ্রনে ?

থোইবা নঙ ঙসি নাতৈ কয়া চারোয়হে গুনি।

মপা গুনিলৈমা, চঙঙো। ইমূংদা করি থবক-ইনখাং লৈগে য়েংশিল্লু ইবেম্মা।

গুনি *(কপ্লীংনা)* বাজি। হয়েং মচিন-মনাও ব্রারৌনরক্লবা, ইমূং-মনুং ফজনরক্রুবা মতমদদি ঐসে পূম্নমকী নিন্দা তৌফম ওইরক্কনি।

মপা থোইবা ! ইপাদি ওহ্লোক্লা ইকাইখ্রেদা !

থোইবা *(কল্লপ)* ঐবু ফাজিন্দুনা থম্বীরনুদা বাজি। খোমৈতোন্না লাইয়েকপা তম্বসি ঐদি শুকপাম পামদবনি। শেল লৈরগসু ঐ মঙোন্দদি পৈশা থাররোই।

তোম্বী *(লাকুনা)* বাজি।

মপা ইচাতোম্বী! কৈদৌরে?

তোম্বী য়ূমলোমদা চৎলসি বাজি। তামোয়াইদো লাকহৌরে হায়য়ে।

মপা হা! খোমৈতোনবো!

তোম্বী ওজা কুমারনা হায়রম্বনে। হৌজিক্তি মমান্নবা অমগী য়ূমদা চঙহৌরী হায়।

মপা ইস! *(স্বর শাংনা)* ফরে ফরে।

*( মরক্তী নুংশিবা যন্ত্র তেল্লপ )*

খোমৈ ঐ অমুক্তা চঙজরক্কে দিয়ার সোভা।

সোভা হাই! ইথা থাজদনা কদোমদৈনো তৌরকইসিনা?

খোমৈ নঙগী সিতারসিদা হংঙুসে। *(থম্মী)* ইস! লূম্বনা।

সোভা অমুক্তা লেঙশিনসি। কৈদৌঙৈ থোরক্কে?

খোমৈ য়ৌরকপদা ঙায়রিসিনি, য়ূম চঙঙুদ্রিয়ে।

সোভা ঐদি পাউসু অমত্তা ফংদে। ছুটি লৈব্রো?

খোমৈ ছুটিসি! অদুম লৈরে হায়দুনি ভায়। ৱারী কোন্না শারসি।

সোভা ৱারী যাম শাদৌ লৈনে। হে মহীগুম্বা অমত্তা থকসিরা?

খোমৈ কোন্না থকঅসিদা। ঐ হয়েং হংচিংকুম্বা অমুক চখোরক্কে।

সোভা য়ূমদা য়াম্না থুনা য়ৌনীংঙমগনি খঙইনে। সিতারসিবু কয়াম পীরক্কে?

খোমৈ আ বেনারসতদি খরা অদুম ওইজরমগনি খল্লি। য়াম্না কন্না হায়রকপদুদা -

সোভা ঐদি মসিদা লাইনীং ওইরবনি ভায়।

খোমৈ নঙগী লাইনীংদু কনমনবদগীনিনে ঐনা হল্লকইসে।

সোভা লাইসি লৈতজাৎ নত্তেকো! *(নোকমিন্নৈ)*

খোমৈ অদুদি ঐ অমুক য়ৌখিনবা তৌগে। থোকঅসি।

সোভা ঐ থিঞ্জগে কৈদৌরগে।

খোমৈ হেরা বাজারদগীদি সিটি বস ফংনিদা।

সোভা ৱারীসি য়াম্না নুংঙাইখিদ্রেদা সত্যা। তা হেম্বা, গেটসি অমুক্তা হাংদোকসি। য়ারে, লেঙখৎপীরকও।

খোমৈ কান্নদবদা থাউ তিংনবা।

সোভা খিৎ তৌবীরনু বোক্ষু। *( কার খৌদোরকই )*

খোমৈ ঠিকা তোকঅব্রো, সিতার অমুক খোংগে হায়রীসিবো?

সোভা ঐগী নত্তে অমদুগীনিনে। মানা পাম্বা সিতারসিদি! ঐগী ফুরিওখাউদগী চিঠিসি অমুক্তা পাউনে।

খোমৈ পাদ্রসু য়ারে নঙনা হায়রগা লোইরে।

সোভা ঐনা ইচম-চন্না হেক্তা ফোঙবা ঙন্না পাখোং নত্তে হায়ৱানি ভায়। সি অমুক্তা -

খোমৈ ওন্থোক্লসু ফজনা ইরকখ্রবোই ! পাবক্লেসে। *(হাংদোকই ঃ বৃন্দাগী খোঞ্জেলদা)*

*সোভা,*

*নহাক্কী ফোঙদোকপা ঙমখিদবা পূক্নীং ঈহৌ/সিতারগী শেহনাইনা ফোঙদোকহনগনি তাকপীখি/কদায় শেহনাইদি / নহাকপু মঙলান্দা উই / থাবলগী খোঙচৎ তসু ইচীক চীকই তাইবঙপাল / নাইতোম তারকপা পুন্সি মীকুপ্তা / তৌফম খঙলক্তবা কয়াগী মায়য়োক্তা / কনাগুম্বগী অহাংবা কল্পনা য়েংনীংই / নুংশিজবা মহাক্কী বাখল খন্নীংই / ঐগীদমক করি খনবীরিবা খঙনীংই / অদুনা, কদায় নহাক্কী পূক্নীং শুরদি কদায়*

*- বৃন্দা*

সোভা কমদৌই, ঙাওরিনিনে ?

খোমৈ নঙনা ঙাওদৌনিদা !

সোভা কুইরেনা ঐদি ঙাওবা। *(নোকমিন্নৈ)* ফজদ্রনে ?

খোমৈ করিগীনোনে নঙগী বৃন্দাসিনা অসুক পোত্থাফম খঙদ্রিসিবো ?

সোভা সিতার ফংদবগীনে। য়াম শেংনা ফোঙদোকইনা ।

খোমৈ মদু নত্তবা মাগী অৱাবা অমা লোৎলিসিদি ?

সোভা মদুদি করিগী ওইরুনি ! নুংশিবনিদনা ।

খোমৈ মাগী ইমূং-মনূংবু ফীভম খরা চাদব্রা ? খরা নংব্রা হায়বা ?

সোভা করিনোনে মাইবীদৌনা লোইনা চুম্না ফাওরকইসিবো !

খোমৈ ঐনা মাগীসিদা করিগুম্না অমখক উবা লৈ।

সোভা অদু অমুক্তা শেংনা হায়বীয়ুদনা।

খোমৈ লাইর-অনংগী মৈখুদুসু ওইবা য়াইদা।

সোভা অঙকপনিনে ! চিত্রকার নঙগী মীৎয়েংসি মীওইবগী ৱাখল মনুংদা ওন্থোক্ল শাংনা -

খোমৈ ভায় সোভা, নঙ কবি চঙদ্রৌরীব্রা খঙদ্রেকো।

সোভা বৃন্দা চেঙলৌ উরুবদা পূক্নীংসি শৈরেংঙাক্তা ঙায়খ্রেদা। মশক্তু কমদৌরমদৌ মাল্লি ?

খোমৈ ফজরম্বা য়াই অদুবু মশাদি কয়া ফরম্মোই ।

সোভা নুংঙাইখিদ্রবা ৱা অমা ওন্থোক্লা চুম্না হায়রকইদা।

খোমৈ চান্নব্রনে ?

সোভা মীবু মশক উদ্রিঙৈদা অদুক চুম্না হায়বা ঙম্মীদুবু ঐদি ঙকপনা লোইরে। ভায় নঙ য়ূম পাক পাল্লোইকো।

খোমৈ ঐগী অমুক হায়বা হৌরকঅগেরা ? চুমসু চুম্মোইদৌদা।

সোভা ঐদি কদায়দৈ চুম্মদগে ? মওংদুগী ৱানিনে।

খোমৈ শাউরব্রো ?

সোভা হেরা। খরদুম হেন্না হায়হন্নীংই। নোংমা কোয়থোকউসিনা।

খোমৈ পুন্সিসি অমুক্তা লৈতানবা হোৎনখিগেদা। লাইয়েকফম ষ্টুদিও অমত্তং হান্না শানীংই।

সোভা মদুদা ঐ মেক্সিমম তেঙবাংগনি থাজবীয়ু।

খোমৈ থাজদবা য়াদ্রবনি। মদু য়াম্না মরু ওইবা ৱানি। *(নোকই)*

সোভা ফাগী নত্তেকো ।

খোমৈ এ ফাগী তৌন-য়াপোৎ নৎত্রে। ঐদি আদগী অদুম খল্লগা লাকঅবনে। খরা থুনা হৌগে খল্লি।

সোভা থুবা হায়বু হয়েং হংচিৎতগী হৌবা য়াবেনে। করি শুরুনি ?

খোমৈ শুৱাইদা অমুক্তা লেপখিসি ভাই ।

সোভা কৈদৌবগে ? *(গাড়ী খাম্মী)*

খোমৈ ঐখোয় ইচেহোইদা অমুক্তা চঙনীংবা ।

সোভা চঙল্লুরোনে, ঐ শুম ঙাইরমগে ।

খোমৈ সিদৈদি ঐ খোঙনা শুম য়ৌশিনখ্রগেদা ভায।

সোভা লমসি শাংইদা।

খোমৈ কিলোমিতব অমমুক্তনিদা। য়ারনিয়ে।

সোভা অদুদি সে, লুপা লীশিং অনীখক্তনি।

খোমৈ কবিগীনোনে, সিতারগীবো ?

সোভা নত্তবসু য়াইনে। চুম্না শুম শীজিন্ননবা পীবনি কৈদৌরগে ?

খোমৈ এ, হৌজিকমক্কীদি য়ারি ভায়। মতাঙচানা তেঙবাং য়াম্না নিদৌ লৈরীপোৎনি।

সোভা অদুগীবুদি নিদ্রিঙৈদা ঐনা খঙনা তৌবকঅনিনে। অদু সি পায়শিনখিবদা কান্ননিদা।

খোমৈ সিতারসিমদি ঐনা আদা চৎলুবগী মঙ্কপকীদমক শেংনা খুদোল ওইনা লৈজরকপনি। খুদোলগীদমক ঐবু মমল লৌহল্লনুদা। ঐনা গাড়ী থাউ হংঙকঅদি নুংঙাইরোইদা।

সোভা কদাযদা ইকাযবা অমুক পীশিল্লকএ তৌরীসে।

খোমৈ ঐদি পীখিদে নঙনা কদায়দৈ লৌকরিনোনে ইকায়বদুবো ! ( *নোকমিন্নৈ)*

সোভা ফবেনে অদুদি, চৎখিবা তাবেনে।

খোমৈ ঐ শুম লৈজহৌরে।

সোভা চৎলে। *(গাড়ী থৌখি)*

খোমৈ ও কে। *(মথন্তা)* ইচেদু লৈরম্মদি ফনিদা। থোঙদি হাংঙি লৈমাল্লে। ইচে, ইচে।

চাউবী *(ইমুংদগী)* কনানো ?

খোমৈ ঐনে ইচে।

চাউবী খোমৈতোন মাল্লিদা।
খোমৈ মানি ইচে, ঐনে।
চাউবী চঙঙকউ।
খোমৈ হকচাং ঙমদ্রবনে ইচে, হিল্লীসিবো ?
চাউবী ফম্মু। করিগীনো নঙনা মরক্তা থোরকইসিনা ?
খোমৈ খরা তম্মগা অদু মঙায়, য়ারেদা ইচে। অঙাংশিংদি ?
চাউবী বোল শান্নরী হায়নে। য়েংবা লোইনা চৎনখি।
খোমৈ অঙাংশিংগী থমজিনবীয়ুসে।
চাউবী করিনো য়াম্মনখ্রেনে ?
খোমৈ সে, সিনা ইচেগী ইন্নফিনি। *(ময়োম অমা পী)*
চাউবী অস ! য়াম ফজৈনা সিদি। মমল য়াম্মমনিবো ?
খোমৈ বেনারসকী মুগা হায়দুনি ইচে। মমলদি য়ামজাৎনি।
চাউবী তোম্বীগী ওইনা পুবীখোদা। নচম্দুনা হরাওজনি।
খোমৈ মাগীসু অমা য়াওরীয়ে ইচে।
চাউবী কদায়দগী পৈশানোনে নঙনা তৌরকই ময়ামসিবো?
খোমৈ থা অনী অহুম য়ূমদগী শেল ফংখিদে। হিংদবদি য়াদবনিনা লন্নাই মরূপ অমগী ষ্টুদিওদা লাইয়েকপা অদুম য়াওশিল্লে। শেলদি ফজনা থোকই ইচে। খরচ পূন্নমক কাইথোকখ্রগা থাদা লুপা লীশিং অনীরোমদি অদুম লেম্মী।
চাউবী এ ! ইপ্পাদি থবক ফংঙেদনা ।
খোমৈ মরূপুনদি থোকখ্রনুবু হায়বনি। য়ূমলোমদগী ঈ-পাউ অমত্তা ফংদবদুদা -
চাউবী ঐ হয়েংগুম্বা চথোরকঅগে। আদগী লাকপসিদি ইরোম্বা চানীংইনিনে ?
খোমৈ অতৈ মথেন য়াওদবীদা চাক্কা ইরোনবখক্তগা চানীংই ইচে।
চাউবী হয়েং ইচে লাকঅগা লোনবীগে। য়োংচাক্কা আলু অনৌবগসু ফজনা ফংইদনা।
খোমৈ য়াম চাশিনমন্দনা চৎপা ঙম্মোইদৌরি জাৎনি ঐ !
চাউবী অং। চাদ্রিঙৈদা নঙ ব্রাখলনা পূক থল্লেনে।
খোমৈ চাকসি খংলাম লামশিল্লকই ইচে। *(নোকমিন্নৈ)*
চাউবী য়ূম য়ৌবা ঙম্মোইকো অঙাং নঙ !
খোমৈ ঙমদ্রগা কৈদৌনি। ইচেনা হৌজিক থোংবীগেদি হায়দে।
চাউবী *(তপ্না)* ঙসাইনা খল্লম্মবনিনে। করিমত্তা লৈতবা !
খোমৈ ফাগী তৌনিদা ইচে।
চাউবী ব্রাবুদি ফাগী তারবা। ইচেনা অরৈবা ওইরম্মগদি ফাগী ওইরম্বসু য়াবা !
খোমৈ করিনোনে ইচেনা হায়রীসিবো ?

চাউবী তোনসু তোনমনখ্রেদা ঐ ! ইপ্পানা অথাপ্পদগী ব্রানা লাকপদা চাক চখোম অমত্তসু পীজবা ঙমদবী নচেসিবু মীগী মতৌ মাল্লিব্রনে খোমৈতোন ?

খোমৈ ইচে ! পিদু তৈথোকপীয়ু ইচে ! নৌপ্পাগী মীৎতগী পি তারক্লবদি নুংঙাইরোই, থেমজিনবা ব্রাগনি ইচে। পিদু য়াম্লা থুনা অমুক্তা তৈথোকপীয়ু ইচে।

চাউবী ইচে কপ্তেনে খোমৈ।

খোমৈ ঐ লোইনা খঙই ইচে। হীপ্পবা ফমুং অমা ফাওবা ইমা বাজিনা তম্বীবা ঙমদ্রি। নৌপ্পানা ঙসি ইচেগীনি হায়দুনা হরাও-হরাও পুজরক্লিবা ইন্নফীসি থম্ফম লৈতে। মোন মখাদা থমগনি নৎত্রা ইচে ?

চাউবী ইবুংঙো !

খোমৈ নঙগী হকচাংনা অসি য়ৌনা শোকচিনখ্রিবসি করিগীনো ইচে ? ইচে নঙ চরা হেল্লমগনি। ঙসিগী চাক চারমগনি থাজদে। অথাপ্পদা ঐগী মঙদা ইচে নঙ ভীক্ষা নিবা লাক্লম্মী। অদুবু কনাগী থোঙনো হাংদোকখিদবদো ! ঐ খঙই ইচে -

চাউবী ইচেগী ইবুংঙো !

*তাঙ্কক লোইবগী যন্ত্র সঙ্গীত*

# অহুমশুবা তাঙ্কক

মপা নঙ তামোচাবু চৎথোকখিব্রনে ইচাতোম্বী ?

তোম্বী চৎথোকউবনি, হৃনজিল্লকএ বাজি।

মমা কবি হায়গে ঙাইহাক্তা পোত্থাজসনু।

মপা চুম্লদা শুম হংবনিদা। ইচাতোম্বী, বাজিগী চে কলম পীয়ু। ঐ লৈকোন্দা ঙাইহাক পোত্থাগে। ইচাশিংসে নিঙাই- শাংদানহনগনু থরোশংবী।

তোম্বী চে কলম লৈরে বাজি। ফককা মোনগদি ?

মপা য়াবনি য়ারনি, বাজি পুরগে।

মমা ইমাসু কৈথেল ফাওবদা চৎলুখিগে তোম্বী। নুমিদাংগী শীং- যেন্দু খরা য়েংশিল্লম্মু।

তোম্বী খবা ঙন্না হনবীরকউ ইমা।

মমা নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা হল্লকনিদা। ননে ইবেতোন্না কৌরকঅদি ইমা খবা থুবে হাযযু।

তোম্বী থোঙ্গাললোমদা চঙঙকইসি ইচে নৎত্রো?

মমা মানিনে। করিনো মানা ফরক্তা অমুক লাকইসিনা ? ইবেম্মা। ইমা কৈথেল ঙাইহাক য়ৌরুখিগে লৈরম্মু ।

চাউবী খোমৈতোনবু চত্থোকখিব্রো ?

মমা পোত্থারিবনি। নচিন-নৌপ্বা ৱারী শারম্মু।

চাউবী পোত্থাজরসনু ঐসু থোরকঅগে ইমা। থোঙ্গালদা ঙাইহাক্তা ঙাইবীরমখো।

মমা ইহে, খরা থুরকউ, খরা থুরকউ ।

চাউবী তোম্বী, সি থমজিল্লুসে ।

তোম্বী করি করিনো সিবো ইচে ?

চাউবী আলুগা য়োংচাক্কনি। ঙারী খরসু য়াওবনি ।

তোম্বী নহান নোংমা ঐনা ইরোনবা চাখিদবগী নুংঙাইতা লৈরীনি । ঙসিদি চাথ্রসিদনা ইচে।

চাউবী নোংমা জ্ঞান তানা চাসিদা ইবেম্মা। নঙ তামোগা তামোচাগদি খৎনদেদনা ?

খোমৈ ইচে নৎত্রো ?

চাউবী মান্নে। ঐ ইরোন্নবা মচন খবা থিল্লকঅম্বনে। ইমাসু ঙাইহৌরী ইচে অমুক চৎলগে।

খোমৈ ঙাইখোও ইচে। ঐদি ইকাউবু কাউথোকউই। লুপা চহুমসি পায়খোসে।

চাউবী    করিগীনোনে অদুক য়াম্বদুবো?

খোমৈ    অচিনবা য়াম্না লৈরীনিদা। ঐ খঙইসে পায়শিল্লু।

চাউবী    চিনবগী ব্রাবুদি করিনোনে ইবুংঙো।

খোমৈ    ঐ খরা লৈরগা অমুক চখোরক্কে ইচে। ইবায়দুসু ব্রা খরা ঙাঙনদৌ লৈরবনি।

চাউবী    খরদা নত্তে য়াম লৈরবনি। অদুদি ইচে অমুক চৎলে।

খোমৈ    ফরে ফরে, ইচে য়ৌবীরো।

থোইবা    *(কার মনূংদগী)* কদায় চৎতোইবা ইমা?

মমা    ইমা কৈথেল চৎকে। নঙবু কদায় চৎলুবনো?

থোইবা    গ্যাস লৌবীরম্বনি। থিল্লম্মুরো?

মমা    ইকায়জৈদা ইবুংঙো! চেঙ কে জি অনী অহুম ব্রানবা চৎপগীবু কারদা চৎপা হৌনদেদা। নচে ঙাইবনি, তু আদা থোরকএ।

থোইবা    ও! *(কার থৌজিনখি)*

খোমৈ    তোম্বী।

তোম্বী    খঙঙে চা থক্লীংইনিয়ে। চিনী লৈতেয়ে।

খোমৈ    ইস! খঙইদা নঙনা খঙবসে!

তোম্বী    খঙইনা।

খোমৈ    খঙসু খঙদনা! চিনী য়াওদবা চানে ঐনা য়াম পাম্মীসে।

তোম্বী    তামোগা ব্রারী শানি হায়দো হল্লকখ্রবনি।

খোমৈ    অওইরনে?

তোম্বী    হৌজিক্তা গাডী থৌজিনখিদু তাহৌদ্রো?

ঙঙখোমৈ ঐ ও ঙহায়নে। তাখিগুম তৌইনে।

তোম্বী    ঐ চা লোল্লুখিগে তামোচা।

খোমৈ    লোল্লুবনুদা তোম্বী।

তোম্বী    তামোগা ব্রাবী শারুনুদা। অশুক শাউগনবা অসিবু!

খোমৈ    ঐনা শুকশাউ হেক শাউবীদ্রগা লোইরেদনা।

তোম্বী    য়ারকওই হেক্তা শাউনীংঙক্কনিনে।

খোমৈ    ঐদি শাউরোইয়ে। ইমাগা বাজিগনা ঐখোয়দা শাউবা তম্বীব্রনে? এ! কনানোনে?

তোম্বী    ইনম্মনি। ঐ ঈশিং অমুক্তা শোকউখিগে তামোচা।

খোমৈ    শোকউরো শোকউরো।

গুনি    নখোয তামোচা থোরকএ হায়বু লৈব্রা তোম্বী?

তোম্বী    লৈরমগনি। *(চৎখি)*

গুনি    খোমৈতোন।

খোমৈ ঐ সিদা লৈয়ে ইতৈমা।

গুনি আদগী থোরকঅগা তুমীন লৈরদি কৈদৌরবা ? নঙনা মরক্তা থোরকইবু করিগীনো ?

খোমৈ ইতৈমনা ঙকইদুনা হেন্না ঙকখ্রেনে !

গুনি খোমৈতোন !

খোমৈ অহল ওইরবা ইমা বাজিবু তামোনা অসুম্না লংশেত্তুনা থম্বদা ইতৈমনা য়াবীরম্বসিদি থম্মোয় পানবা মীওইবগী করিনি হায়সিগে ?

গুনি ফজেনে ইবুংঙো ! ইনাউনুপানা মীরমদগী থোক্লকপদা ইতৈমগীদমক তম্লকপা খূদোলসিদি ফজেবো।

খোমৈ করি খূদোল অমুক পাম্মীগেনে ইতৈমা !ইচিন-ইনাও নুংশিনদবগী যুম্ফমদা সনা-লুপা, অরং-অরাক করিবু ব্লাৎলিবগে ? অদুনসু পেন্দ্রগনা করিনো হেক্তা তাকপীয়ু।

গুনি ইবুংঙো !

খোমৈ লৈরকই ঐ। ইতৈমদা পকচগনি খন্দুনা বেনারস মুগাগী ফি- রোল ঐ লৈরকএ ! অদুবু অসুম্না তৌরমগনি খঙদবনা লৈরকপনি।

গুনি ইবুংঙো। ইতৈমদি লম্লানবীনি। নখোয় পূম্নমক্কী নিন্দা তৌফম ওইরগা ইতৈমদি লেমজরিবনি। খাঙবা ঙম্বা খাঙগে, মসে ঐগী লাইবক্কনি।

খোমৈ ঐ লোইনা খঙই ইতৈমা !

গুনি লোইনা খঙঙমগনি। অচুম্বা হায়সিসু ভাবনা লোইনা শাবত্রনে ইবুংঙো -

খোমৈ ইতৈমা !

গুনি পেন্দবগী ঙাঙনীংবা য়াম্না লৈরমগনি। অদুবু খরসু খাঙবা তমগদবনি খোমৈ। য়েংঙু, নতৈমগী তৎলিবা চিম্বানসি উবরা ? নঙগী পৈশা থাখিনবা ঙাঙনবদা -

খোমৈ ইতৈমা !

গুনি সনা-লুপা পাম্বী নতৈমনি চুম্মী। অদুবু, ঐগী নাদা পক্লম্বা সনা মচেত্তু কায়থোক্লগা নঙগী পৈশা থাখিবা নহানখক্তা ঙায়রী !

খোমৈ করিনোনে হায়রীসিবো ?

গুনি সে, শেল থাখিবগী চেনীংসি য়েংঙু। নঙনা শেলফম অসি ফংদ্রিঙৈ থোরক্লবনিনা মাঙদনবা করি তৌসিগে তান্নবা লাকইনিনে। চেনীংদো নঙ অদুম থমজিল্লোকো। ইতৈমা অমুক থোকখ্রগে !

খোমৈ অমুক্তা ঙাইহীখো ইতৈমা !

গুনি নঙগী বেনারসকী মুগাফী খূদোল হায়দুরনে ! ইতৈমা কল্লক মীহৌবসি খরা থাদোকপা তম্মগেদা। নীংথিনা থমজিল্লু, হয়েংব্রাই চন্নফম মরাইনা লাকচনি !

খোমৈ চৎলব্রো ইতৈমা ? *(ঙাইহাক লেপ্লী)* অস ! করিনোনে ঐনা ঙাঙ্ঙুরী ময়ামসিবো ! হুং, ঐ লানখ্রে হায়রক্ফম থোকইনা ! ফিসিদি ! মসিসু ঐনা থিল্লুফম থোকইনে! *(ঙাইহাক সরক)* ইতৈমা। ইতৈমা !

থোইবা খোমৈতোনলা ? চঙঙকউদনা।

খোমৈ তামো।

থোইবা ফম্মু। নঙ থোরকপা য়াম্না ফরে খোমৈ। য়ূম অমম্মম তোঙান-তোঙান্না লৈনরবনিনা পঙয়েৎ য়েৎশিন্নদনা জ্ঞান তানা অমুক্তা হিংনসি। চয়েৎনবসি ঐসু তশেংনা ব্বারে।

খোমৈ তামোনা তোঙান চাবীরিসি খরদি থুমনবনি।

থোইবা মসিগী মতাংসি য়াম য়েৎনগুমসি, চারদি চারে লোইরেনে। হৌজিক অমুক পুনশিন্নদৌ লৈত্রে হায়বা।

খোমৈ মসিদি তামোখক্কী অপাম্বদু পাঙথোকপীবনি।

থোইবা করি ?

খোমৈ ঐগীসি তামোগী চীম্বক্তা খুমজবা নত্তে, তপ্না শুম -

থোইবা নঙ্গা পাম্মীসি করিনো য়াম্না শম্না অমুক্তা হায়য়ুসে ?

খোমৈ তামো। ঐখোয় ইমূংগী ফীভমসি তামোগী লাইবিক তম্বা, লুহোংবা অদুদগী থবক তৌনবা হোৎনবদা খরা হেন্না শোকচিনখি হায়বসিদি য়াবীনীংঙমগনি।

থোইবা ঐ যাই। মদুদি মপা-মমানা মচাগীদমক্তা হোৎনফম থোকপা থৌদাং ঙাক্তনিনে।

খোমৈ মদু চুম্মী তামো। অদুবু মচা ওইবা ঐখোয়নসু ইমা-ইপাগীদমক তৌফম থোকপা থৌদাং লৈ হাযবসিসু শেংই।

থোইবা হোযনে, নঙনা খঙবদু অদুম তৌ কায়দেনে !

খোমৈ মসিদি তামোসু খঙফম থোকপনি।

থোইবা নঙগীদুবু ঐঙোন্দা তাকইবা হায়দুরো ?

খোমৈ তাকফম থোক্তে খঙজেয়ে। অদুবু তামোনা তাকপীখিবা মমা-মপানা মচাগী তৌফম থোকপা হায়বদু তামোগী নত্তনা অতৈগীদি তৌবীবা ঙমদ্রিদনা ?

থোইবা করিনো নঙগী তৌবীদ্রি হায়দু ইমাগা বাজিগদা হায়রোদনা ?

খোমৈ ঐগী ব্রা ঙাক নত্তে তামো। ইচননুপী তোম্বী মেত্রিক পাস তৌরগা মখা তমথহনবা ঙমদ্রে। ইচেগীসু করিমত্তা তম্বীবা ঙমদ্রি।

থোইবা ঙমদবদুদি ঙমদ্রেদনা। নঙ য়াম্না অখঙ-অহৈ শারক্কনু খোমৈতোন।

খোমৈ তামোনা মীবমদা লাইরিক তম্মীঙৈ, ত্রেনিং চৎলিঙৈ ইমা বাজিগী অব্রাবদু মীত্ত শঙ-শঙ উখিবদি ঐখোয়নি।

থোইবা কান্নদবা ব্রাবীসি য়াম্না হৌদোরকখ্রে। নত্তে, নঙনা পাম্মীসিবু করিনো ইবুংঙো ?

খোমৈ ঐনা হাযজবিবসি মদুনি। মীরমদগী ইহৈ তন্না লোইদনা থোরকপগী নুংঙাইতবা ঐ কবিমত্তা খল্লবোই। ঐনা মরুওইনা তামোগা ব্রাফম অমদি তান্নজনীংই।

থোইবা করি মতাঙনো হায়ুনে।

খোমৈ ইচেগী লৈবিবা ফিভমসি য়াম্না নুংঙাইতে তামো। ইচিন-ইনাওনা অঙম্বা খরদং -

খোইবা এহ্! মদুদি খন্নদবা য়াবা ৱানিদা!

খোমৈ মসি তরাইনা লৌবীনু তামো। মসিমদি ইচিন-ইনাওদা তোন্দুনা লৈরবা লমননি। মসিম ওং লোইশিনখ্রগদি ইমা বাজিগী ৱাখলসু খরদং নুংঙাইগনি খল্লি।

খোইবা মদু নঙনা ঙমজবা খরা ইচেগী তমখিবদা ইয়াম্বা কৈসু হায়দে। ঐগীদি খরা ৱারি। হৌজিক হৌজিক মদুগী খল্লুবা ঙমদ্রি। ঐনা নঙোন্দা হঙনীংবদি, নঙগী লাইয়েকফম ষ্টুদিও অমা ইখোল মনুংসিদা শারনি হায়বগুম্বা অমা তায়।

খোমৈ মদু ঐ খল্লি তামো। থবকসু খরা থুনা হৌরগে খাল্লি।

খোইবা মদু কয়া নুংঙাইরোইদা।

খোমৈ *(ঙক্না)* করিবো ?

খোইবা ইখোল মনুংসিদা মী তিনবা, ইরাঙ লাঙবদু নুংঙাইরোই হায়বনি ঐনা হায়রিবসে।

খোমৈ অদুগীদি ঐ ইমাগা বাজিগদা তান্নরী।

খোইবা ইমাগা বাজিগনা য়ারগসু ঐনা য়াদে হায়রীসিনি খোমৈ!

খোমৈ কৈশু কায়রোইদা তামো।

খোইবা কায়বা কায়দবা ঐনা য়াদে হায়রদি য়াদ্রে। ৱা য়াম্না ঙাঙনগুমসি।

খোমৈ ইখোলসিবু ঐগী করিমত্তা য়াওদব্রা তামো ?

খোইবা হৌজিকমক্কীদি মাগী মাগী অতাবী খঙনদ্রিদনা !

খোমৈ অদুগা তামোনা যূম শাবীরিবা শরুকসিদি ?

খোইবা যূমদি নঙসু শাউনা।

খোমৈ যূমনি ঐনা শাদৌরীসে ।

খোইবা যূমদি হৌজিক লৈরিবা যূমসি শিদোকঅগা যূম্ফম অসিমক্তদা শাবা তাবা। ভাব তারব্রা?

খোমৈ তামোনা লোইনা শীনবীরো। ঐবু করি তৌ হায়বনো ?

খোইবা অং! হৌজিক্তি হংঙরিনিনে! ঐনা চৎলু হায়বা ত্রেন্নিংদুবু নঙনা য়াখিব্রো ?

খোমৈ শিনফমদি ইশানা খঞ্জগদবনি তামো।

খোইবা অদুগা করিগী ঐঙোন্দা হংঙিবা ?

খোমৈ ইশানা পামজবা শিনফমদা তামোনা য়েৎপীবদুগী ৱানি। ঐগীসি য়াম্না চরাঙ খোইরাঙনগদবসু নত্তে।

খোইবা ঐনা খঙদৌখৈ খঙঙগা য়ারোই তৌনু হায়রিসিনি।

খোমৈ ঐদি হয়েংমক যাত্রা হুন্নবা থৌরাং লোইরবনি।

খোইবা অদু য়াদ্রে হায়রদি, তোক্তারেদনা।

খোমৈ ইমাগা বাজিগনা য়াবনিনা ঐসু অদুম য়ারে।

খোইবা নঙগীসিবু ঐঙোন্দা উশিৎত্রিবা হায়দুরো ?

খোমৈ মদুমক্তি খঞ্জদেদা তামো ।

থোইবা নঙক্তু য়াম্না হাইগৎকনুকো ।

খোমৈ পোকমিন্নবা ইচিন-ইনাওবু অসুম্না ঙাঙনবা হৌনদেদা তামো। ঐদি কৈগু কায়খিদ্রি।

থোইবা নঙ ব্রা ঙাঙবা য়াম্না হৈরে ইবুংঙো। নঙনা য়াম্না অখঙ-অহৈ শারগসু ঐনা নব্রা লৌদৌ লৈতে খঙঙব্রা ? শু ব্রাইদা নঙনা ষ্টুদিও শাবা হায়দুমা নমঙদা ফাওবা মঙঙুরনু। ঐনা য়াদ্রে হায়রদি লোইরে !

খোমৈ অদুদি শুঙশোই শোইদনা শারে তামো।

থোইবা করি, শারে হায়দি ! বদমাসসিদি ! *(খুবাক্লা থাই)*

খোমৈ তামো !

থোইবা য়ু ব্লদি নোনসেন্স ! *(পোৎ লংখাইবগী মখোল)*

খোমৈ অমুক্তা তপথবীখো তামো ! অস -

থোইবা খুমখোনে নচীন্দো ! নচীন্দো থীখোবা ?

তোম্বী *(মপান্দগী)* তামোচা, তামোচা।

খোমৈ কৈদৌরে তোম্বী ?

তোম্বী তামোচা উন্নবা মী লাকএ।

খোমৈ ও! য়ারে য়ারে। লাকও, চৎসি লাকও ।

তোম্বী তামোগা খৎনরিরো ?

খোমৈ খৎনদেদা ।

তোম্বী চিনবান্দু খরা তৎলে, ঈ থোকএ তামোচা ।

খোমৈ কদায়নোনে। হেরা কৈসু তৌদেদা। সি পায়শিল্লুসে ।

তোম্বী সিবু করিনো ?

খোমৈ ফিনি থমজিল্লুরো। হাই সোভা, ফমদ্রবো ?

সোভা অশুব্রাইফাওদং কোয়থোকউসি লাউনে।

খোমৈ য়াই কোয়থোকউসি। থোকঅসি হায়রীরো ?

সোভা থোকঅসি নুমিৎ তাদৌরেনে।

খোমৈ *(গাড়ী তোংখৎলি)* য়ারে ভায়, চৎসি। *(স্বর শাংনা হোল্লি, কার থৌখি ঃ নুংশিবা ঈশৈ অমা তপ্না য়াম্না লাপ্না খোংবা তাই।)*

সোভা টেপ তাসি।

খোমৈ কদোমদনো চৎলিসিবো ?

সোভা পাৎ মপান্দনি। নুমিদাংব্রাইরমগী দৃশ্য য়েংনীংদ্রো ?

খোমৈ য়াই, য়েংসি।

সোভা কৈদৌবা য়াওগেনে ?

খোমৈ   করিবো ?

সোভা   য়াম্না নুংশুক-নুংঙাননা উবা !

খোমৈ   কৈগু তৌদেদা। সিতার থিল্লুরেকো।

সোভা   ও য়েস, হ্বাই নোট ! মানা কয়াম হরাওজে ?

খোমৈ   করি হায়রকইবা ?

সোভা   মাগী মতম কুইনা মাঙলুরবা পুন্সি অমুক হন্না ফংজরে হায়রকই ।

খোমৈ   নঙগী থম্মোয়বুনিনে মানা হায়রীবদো !

সোভা   ঐসু খঙইদা। মহাক মতম পূম্নমক্তা ঐঙোন্দা শৈরেং ওইনা ঙাঙই। ঐনা মনাক্তগী হৌগৎলগা চৎলগে তৌবদা *ঙাইহাক্তং ঙাইখোদনা* হায়রকই। তানিংদ্রবো ?

খোমৈ   ইস ! খৌরাংহল্লিবা হায়দুরো ?

সোভা   মতাঙদুগী ব্রানি। ঐসু য়াম্না চীং-লেম্না ফমথরে। সিতারদু তপ্না পায়খৎলগা মানা ঈশৈগী শুর অমত্তং ঙংলকপদুদি থম্মোয়সি পানা ঈচেল ওইনা চেন্থখিবগী ব্রানিসে!

খোমৈ   ঈপাক থেংনরবদি ঈরাক্লবৈ ব্রানিনে ?

সোভা   মাগী শুরদু লেপখ্রবা মতমদা ঐগী ইচাই চাইরুবা ব্রাখলদু খোমজিনবা কয়াম ব্রাখি !

খোমৈ   নুংশিবসি কল্পনা ওইমল্লবসু ব্রানিদা !

সোভা   অং ! ফজবা আইদিয়ানি। ঐ মঙোন্দা মতাঙ চানা পনগে। মাদি পুন্সিগী মরমদা নৈনবা য়াম্না পাম্মী। ঐনা মদুদা হৈনীংদবা উৎপসি মহাক য়াম্না শাউই। ঐসিবু মাগী ব্রাখলগী চাংয়েংফমনি হায়নে।

খোমৈ   অদুদা নঙনা করি খুম্মীবা ?

সোভা   *লাইবক ফবনি* হায়রম্মেদনা ! *(নোকমিন্নে)* অদুবু কনানা জ্ঞান তাদোইনো। ভায় নঙগা অমুক্তা ঙাঙনদবা য়াদ্রে।

খোমৈ   এহ ! অদুবু চৎন-ব্রারনে ? নঙগী ইচম চম্বা নতৌদুদা মানা কেকু-লোৎলিবা?

সোভা   অদুনে ! ইথন্ত চৎলগা য়াম ফরক তাই। হৌজিক ঙাইহাক্তা য়ৌমিন্নরুসি।

খোমৈ   এহ ! মদু নুংঙাইবা হৌনদেদা।

সোভা   চুম্না শুম চৎমিন্নরুবু কৈদৌগে ?

খোমৈ   মদুমা ঐ খুরুমজরগে। কদায়ব্রাইদনো ফম্মগা ঐ অদুম ঙাইজরমগে।

সোভা   এ ! আদ নাইতোম লৈরীবা শঙ অসি উব্রা ?

খোমৈ   ঐ ঙসাইদগী য়েংঙম্মীনি। যূম্না অসিবো ?

সোভা   নত্তেদা। লৈকায়সিগী ক্লব হাউস ওইনা ময়াম অঙম্বা দান তৌনরগা শাখিবনি। মথক মখানি। উবাক্কী ফম্পাকমক ওইরগসু য়াম্না লিংনা হাবনি। নঙগী ষ্টুদিওদু অনৌবা অমুক শাদ্রগসু সিদা ওইবদি ? অমুক্তা খল্লুনে।

খোমৈ ক্লবকী অঙাংশিংদা য়েৎশিনবীবদি নুংঙাইরোইদা।

সোভা ক্লব বিল্ডিংবুদি হন্দক ঐনা সরকারগী সেঙ্কসন ওরদর অমা তান্নবীরগা তুরিষ্ট হোম মনাক্তা ফজনা শারে। নঙনবু পাম্মগদি অসিগীদি ঐ শীল্লক্কেনে।

খোমৈ অদুদি অমুক্তা য়েংখিসিনে।

সোভা য়েংসি য়াই। গাড়ীসি মফম চানা খাম্মগে। *(খাম্মী)*

খোমৈ মসিদি লাইনা থাবা মফমনিনে।

সোভা ফজবগীদি পাং মপান হায়রেদনা। অকোয়বসিসু অঙাংশিংনা লৈ ফজনা থারবনে। খরা মতাই ওইবসিদা ঙাইহাক লৈতনা ক্লবকী অঙাংশিংনা পুনবগীদি সেন্তরদু ওইফাৎত্রবনি। হৌজিকপুদি খুন ময়াদা অমা লিংনা শাবীরবনিনা অঙাংশিংনা হরাওজরে। য়াম্না এক্টিভিটি লৈজবা ক্লবনি।

খোমৈ সিসু য়াম্না চাউরীনে।

সোভা চাউবনে। ফুত *কুল্লানি শাংইসে, পাকপনা ফুত তরামরি ওইরমালে।* অদুগা অমুকসু মথক মখানিদনা।

খোমৈ মসিদি সোভা, ঐ য়াম পাম্মেবো ! মরু ওইনা অকোয়বসে ব্রাখল য়াম্না থোক্কনি।

সোভা সেটিংগীবুদি থোঙনাও পর্দা ব্রাংমদা পাংকী লোইবা নাইদ্রবা ঈথক্লীদনা। অথাপ্পদা অমঙবা নোং। তাম্না উজ্রিবা চীংয়া-তময়া। অপীকপা খুঙ্গং ! এহ্ ! ব্রা অমা হায়গে। আদগী অব্রাং পাংনা লৈরীবা নাইতোম খুঙ্গং অসি য়েংঙু।

খোমৈ ও ! উরেনে। অসিদরো ?

সোভা পঙথেঙসু থেঙদ্রি ঙাইহাক্তা য়ৌশিল্লুসেমি। সিগীদি করিমত্তা ব্রারুনু, হয়েংমক ঐ নখূৎতা শো শিন্নগেসে।

খোমৈ তঙায়ফদ্রগনা ঐ সিদ শুম ঙাইরম্মগেনে।

সোভা অঙাং মচাদৌনা ঙাঙনবদি ঐসু পামদেদা। মখোয় মবেনপোক্কী শামতুগী ইন্নফি অমখক্তা থিনবীরুগে তৌবনি। লৈবীরম্মো।

খোমৈ নথন্তা নুংঙাইত্রগনা চৎমিন্নরুরসিনে।

সোভা নঙগী নুংঙাইনবা খল্লুদা। ঐ য়াম্না থুনা হল্লক্কে। *( গাড়ী থৌখি)*

বৃন্দা *( সিতার খোংনা খোংনা ঈশৈ ঙংই ) নোংচ্পা চীংয়াগী / ঙচ্রোন্নবা মঙালসিনা/ হংলি থাবল খোঙচৎসিদা/মীনুংশি লৈবরা/নঙগী থম্মোয় লৈকারক্তা*

সোভা বৃন্দা। *(থোঙ থীল্লি)* বৃন্দা।

বৃন্দা সোভা,সোভা নৎত্রা ?

সোভা মানে, অবোকতি ?

বৃন্দা অবোক হৌদোকখিসিরা? নঙ লাকঅদি হৌদোরকউ হায়রম্মী।

সোভা হৌদোক্লগুমসি পোখারসনু। সে, অবোক্কী ইন্নফি হায়দুনি।

বৃন্দা ইস ! সিদি মমল য়াম্মমগনি ?

সোভা  বৃন্দানবু মমল খঙবা করি লৈগেনে ?

বৃন্দা  ব্রারৌববু অদুক ফোংবা ! বৃন্দানা পোৎকী মমল খঙদ্রগসু থম্মোয়গী মমলবুদি খঙই়দা।

সোভা  অতিথিবু মপান্দা থল্লিবসিরা ?

বৃন্দা  মতম চাদনা থোঙ হাংবসিবু নঙনা য়ানীংব্রনে ?

সোভা  সিতারদু শীজিন্নবা নুংঙাইরেকো ?

বৃন্দা  ব্রাখল লৈবা নঙনা লৈরকপনিনা ঈশৈময়েক অমত্তং ইবীরকউ হায়নীংবা।

সোভা  অমুক হনখ্রগে।

বৃন্দা  ঙাইহৌবা য়াওব্রনে ?

সোভা  থোঙনাওসি লোনশিল্লো, ঐ চৎলে। *(গাড়ী থৌখি)*

বৃন্দা  *(মথন্তা)* থোঙনাও ! ঙাইহাক্তং হাংদোকখিগেদা। অথাপ্পদগী য়েংলকপা থোক্লবদি উদ্রগা নুংঙাইবা হৌনদে। *(সিতার খোংই)*

খোমৈ  সোভা, কদোমদনো মীৎ কুপ্তনা য়েংইসিবো?

সোভা  তু আদা। খুঙ্গংগী লোইশিল্লকপা শরুক্তা লৈরীবা য়ুমদোনপোকসি উবরা ?

খোমৈ  উইনে। হাংদোক্লবা থোঙনাওদগী মঙাল অমা উরিবসি নৎত্রা ?

সোভা  মানি। মসিদা নঙগী সিতারনা পুক্লীংগী ব্রা ফোঙদোকহৌই।

খোমৈ  করিনোনে ! ঐগী সিতার হায়সিবো ? নহাক্কীনিনে।

সোভা  য়েংবীয়ু। থোঙনাওসি লোনশিনখ্রে। নহাক্কী পাউখুমদু য়ানীংদে তাকপনি।

খোমৈ  সোভা ! হল্লসিরা ?

*তাক্কক লোইবগী যন্ত্র সঙ্গীত*

# মরিশুবা তাঙ্কক

খোমৈ ইচে লাকপা ফরেদা। ৱারী অমত্তা চীক্লা শাসি ইচে।

চাউবী কদায়দনো নঙনা লাই য়েকপা হৌরে হায়দুনা ?

খোমৈ পাৎ মপান্দনি ইচে। সিদগী কিলোমিতর মঙামুক্তনি।

চাউবী মীগী য়ুমদরা কদায়দনো নঙনা য়েকইবো ?

খোমৈ খুল্লক্তা নত্তেদা ইচে । পাৎ মপানমক্তদা তোঙান্না লৈবা শঙনি। ইচেসু নোংমা য়েংসি।

চাউবী নঙবু চৎলগে হায়রীরো ?

খোমৈ খরা ঙন্না চৎকে ইচে। মীগী লাই খরা য়েক্কদবা লৈ। ঐনা ৱারী শানীংবদি ঐখোয় তোম্বীগী মতাঙদনি।

চাউবী তোম্বী কৈদৌরগেনে ?

খোমৈ ঐনা শুম চিংনরকপনিদা। অঙাং মচাদৌনা মনা লৈরগা ৱারকউবসু য়াপোৎ নৎত্রে। ইচেনা স্তান তানা ৱারী খিত্তা শাবীরম্মু। হৌজিক হোরেন য়ুম পানবা য়াপোৎ নৎত্রি। মাগী মওংসি অমুক্তা খঙদোকসি ইচে।

চাউবী খঙঙে খঙঙে, ইচে ভাব তারে। নঙগী নথৌ হায়দু থেঙপ্লনি। ইচেগসু ৱা অমত্তা তান্ননীংবনি, কোন্না তান্নরসি।

খোমৈ ঐ নোংমা তানচাবা অমদা চঙঙক্কে ইচে। চৎলুখিগে।

চাউবী চৎলো চৎলো। তোম্বী, মদুনা কদায়দা চৎখ্রে ।

খোমৈ পূম্রীরোমদা থোকখিবনি ইচে ।

চাউবী ও, আদ লৈরে ।

মমা ইবেম্মা, সিদা লাকখোও ।

চাউবী লাক্কে ইমা। তোম্বীদা ৱা অমত্তা হায়রমখিগে। তোম্বী ।

তোম্বী কৈদৌবগে ইচে।

চাউবী নঙ ঐগা ৱারী শাদৌ লৈ, চখোকখিনু ।

তোম্বী করি ৱারীনো ? ঐ অরুবা থবক অমা লৈয়ে ইচে।

চাউবী অং ! নঙগী অরুবা থবক্তুগী মরমদনি শাদৌরীবা ৱারীসে। অমুক্তা চখোকখিহৈনু ।

তোম্বী *(মথন্তা)* করিনোনে হায়রীসিবো ?

মমা ইচা লাকই ঙাইহাক্তং পোথাসিদনা।

মপা উম, কোমলা পাম্বী অনীসিদা থারমখিগে। নমা-নচা ফম্মীন্নরম্মো। হৈনৌ মখোঙদুদা ফম্বা নুংঙাইবনি।

মমা সিদা লাকও ইবেম্মা। নঙ বাজিগী লাইবিক ইফমসিদা ঙাইহাক্তং পোথাসি।

চাউবী হৈকোল শেংদোকইরো ইমা ?

মমা মতেকসি শোঙমনখ্রে হায়দুনা তৌবনিদা। ফম্মো।

চাউবী ঐখোয় থোইবগা খোমৈতোনগসিবু ব্বারী অমুক্তা শান্নদব্রা ইমা ?

মমা নহান নোংমা খৎনৈ হায়নে। নঙগী অউনপোৎ খরা তম্বীসি হায়রুব্রা কৈনো !

চাউবী অদুদা থোইবনা শাউরকইবা ?

মমা শাউবদা নত্তে ফুবীরকই হায়নে ইবেম্মা ।

চাউবী ঐখোয় থোইবনা খল্লিসিবু করিনো খঙদ্রেনে !

মমা খঙদে খঙদে ইবেম্মা, ব্বা ঙাঙনবা শুকয়া য়াদে।

মপা নমা-নচানা ঙাঙনরীবু করিনোনে ?

মমা থোইবগী ব্বানিদা। মচেগী করিনো খরা তম্বীদৌদু অমুক্তা খন্ননীংবা।

মপা অং। ঐসু খল্লম্বনি। য়াম্না কুইথখ্রগসু মীমাঙদা ফজবা থবক নত্তেদো।

চাউবী ফমুং অমা, উপু অমা, ফী-রোল খরা। কোন-লীক ফাওবা য়াওদবা য়াই। থোইবনা অমদি ঙম্বা য়াইনা। মাগী হোৎনবদা নৎত্রো ঐনা ঙসি ফাওবা ইপামদগী ইন্নফী অমা ফাওবা ইনবা ঙমদ্রিসিবো ?

মপা তপ্না অদুম খন্নসি। লোইনা য়ান্ননিদা ইচাসিদি।

মমা কুইনরবনিনে হায়নরীসে।

মপা হায়নদ্রিদা। নঙবু থোইবদা মসিগী মরমদা ব্বারী শারব্রনে, শারীরোইদা ?

মমা থোইবসি ঐগা কয়া পক্লদেদা। মোয় বাজিগা অমুক্তা খন্নগেরা খন্নবীয়ু।

মপা ইহে, সিবু কয়াম লুবা ব্বারীনোনে। নমা-নচা চঙঙগা হৌজিক অদুম খন্নরুবা ময়াইদা।

মমা ইবেম্মা, য়ূমদা চঙশিল্লসি লাকও।

মপা চঙঙো চঙঙো। বাজি ঙাইহাক্তং শুহৌখিগে।

চাউবী ঐদি তোম্বীগা ব্বারী শারমগে ইমা।

মমা চঙঙম্মো চঙঙম্মো। ঐ পৃম্বীদা খৃৎ-শা অমুক্তা চামথোরক্কে।

*( ঙাইহাক সরক সি )*

চাউবী তোম্বী।

তোম্বী করি ব্বারীনো শাসি হায়বো ?

চাউবী করি ওইবমদৌ মাল্লি ?

তোম্বী  খঙদে।

চাউবী  নঙগী ঝাসি নঙনা খঙজদ্রবা ?

তোম্বী  ঐ কৈদৌরবা ?

চাউবী  *(মতৌ তপ্পী) ঐ কৈদৌরবা !* ঙকশিন্নরগা কৈশু তৌদবা মাল্লেহে। মতম চাদ্রি ঙাওশিন্ননুকো।

তোম্বী  ও! অদুই ওইরে। ঐখোয় তামোচানা হায়রকই ওইরিনি।

চাউবী  নঙদি তামোচাদা করম হায়না উহল্লুরিবা ?

তোম্বী  ঐনা মীগী স্কুটর মনীংদা ফম্বা ! তামোচানা মীগী কার মনুংদা তোংবা ! অদুদা হেক থৈনবনিদনা !

চাউবী  কনানোনে নঙগী মীদুবো ?

তোম্বী  কোন্না মরাই খঙঙক্কনি ইচে।

মমা  ইবেম্মা লাকওদনা।

চাউবী  অদুবু ঐ য়াওনা শাগদ্রনে ইমা ?

মমা  নঙ শুম লৈরমগে হায়ব্রো ?

চাউবী  ইমা চঙবীরুরো। ঐসু হল্লদৌনি।

মমা  ফরে অদুদি। কোন্না মরোল অমা খঙনরসি। ইমা ওইনা হেক লাকঅগে।

চাউবী  য়াইয়ে ইমা। *(ঙাইহাক সরক শি)* তোম্বী, যূম পানবা হাযসি ফাগী নত্তে। ইচেগা ঝারী য়াম্না শাদৌ লৈরীকো নঙ। ঝাখল খনবা অমুক্তা তমখো।

তোম্বী  ঐ কৈশু খন্দেদা ইচে।

চাউবী  খন্দবদুনি শোয়দৌরীসে। অমুক্তা খনবা তমখোবা।

তোম্বী  ইচে নঙবু ঙসিসি কৈদৌরকঅগে ?

চাউবী  অদুনি ঐনা খল্লু হায়রীসে। ইচেগী ঙসি ওইরীবা ফীভমসি নঙ উরেদনা ? লৈরীবা ইমূংগী মওংসিদা হৌজিক য়ূম পানবা য়াদ্রি তোম্বী, য়াদ্রিকো।

তোম্বী  হোয়বা ইচে। অসিবু তন্দমাল্লে।

চাউবী  সিবু হায়দবা য়ারীব্রো? ইচে অমুক চৎলগে। কান্নদবদা পুন্সিদু খুদি থীহনগনুকো।

তোম্বী  ইমা ঙাইররোইদ্রো ?

চাউবী  ঐ ইমা ঙাইররোই চৎলগে।

*(ঙাইহাক সরক সি)*

মমা  গুনি।

গুনি  ইমা। চঙবীরকও ।

মমা  থোইববু চখোকখিব্রনে ?

গুনি  হল্লকঅনি ইমা। হোতেলদা চা থকপা থোকখিবনি।

মমা  মচেগী করিনো খিত্তা তম্বীনীংবা। অম্বারী অমত্তদি ঙম্নবা খন্নৌদনা।

গুনি — তঙায়ফদবনি ইমা। ঙমদবা য়াব্রনে ? নচানুপাগী মরমদা ঐ ব্রা অমা তমগে ইমা।

মমা — করি ব্রানো ?

গুনি — মাদি মীগী শেঙ্গা-থুমজা য়াম্না য়াওরে ইমা !

মমা — করিনোনে হায়রীসিবো ! ঐখোয় থোইববো ?

গুনি — ঙকপীনু ইমা। ঐনা হায়রীসে শোয়দ্রবনি। থবক মচা মশু খরদি মানা হাপ্লা ঙম্মাল্লে। ব্রানোম্বসু য়াম্না লাকই। শেলগী ব্রাদনি ঙাঙনরীবা। থবকপূদি অদুম হাপ্পীমাল্লে।

মমা — অদুবু করিগীনোমি মানা অরেম্বা পৈশা শুকয়াম পাম্মীসিবো ! শিফম নাফম খঙঙরোইকো মসে।

গুনি — ঐনদি ফনা য়াম্না হায়জবনি, কান্নদে ইমা।

মমা — মতাঙ চানা অমুক্তা হায়রকউ। শেল পীনরীঙৈদা ইমাদা অমুক্তা তাক্লকউ।

গুনি — নচানুপা চঙঙকএ তু! ঐ চা লোল্লক্কে ইমা। ব্রাফমসি ঐনা পাউ তম্মী খঙহনবীনুকো।

মমা — কৈশু হায়রোইদা। ঐনা হেন্না খঙই। *(ঙাইহাক লৈরগা)* থোইবা।

থোইবা — ইমারো ?

মমা — অমুক্তা ফম্মু। নচেগীসি কমদৌসি হায়বা। অমুক্তা খন্নসি।

থোইবা — ইমাখোয়না ঙম্বদু অদুম তৌবীয়ুদা। মতম খরদি ঐ করিমত্তা ঙমদৌ মান্দ্রে।

মমা — ব্রারসু ব্রানা নচেগী সিমত্তংদি লোইশিনখ্রসি ইবুংঙো। নখোয় ময়ামগী হোৎনরকপদা অঙাং ওইরিঙৈদগী মপাঙ্গল শোল্লক্লবী নচেনি। নখোয়না হৌজিক নমান্ন-মরক তিঞ্জরবা মতমসিদা নচেবু অসুম্না থম্বীবা হৌনদেদা থোইবা।

থোইবা — ঐসু ইচাশিং মী ওইনবা হোৎনরীবনি ইমা। ইমান্নবগুম দলান মথোল অহুম মরী শাগৎপদি নৎত্রিদনা ঐসু।

মমা — ফীভম খরা ফরিবা নঙনা নথস্তগী শুম খল্লগদি ময়ামসিদি কনানা য়েংশিনবীগনি ইবুংঙো ? নঙবু মী ওইনবা হোৎনবদা ইচা অতৈগীদি করিমত্তসু খাকহৌদে।

থোইবা — ইমা, পুন্সি হায়বসি মতমগী ঙমখৈ লৈবা পোৎনি। ঐসু মী অমা ওইনা পোক্লবনিনা মতম চারীঙৈ ইশাগী ফীভম শেমহৌবা তাবনি।

মমা — হোয়নে। ঐখোয়সু মতম চারীঙৈ ইচা কোইহল লাইহন ওইরিবা নঙবু শেমহৌইনে।

থোইবা — ব্রাফমসি কান্নদবদা য়াম্না হঞ্জিল্লে ইমা।

মমা — হঞ্জিল্লগুমসি। নচেগীসে নঙনা উপুরা কাংথোল্লা অমত্তংদি থৌরাং তৌরোকো।

থোইবা — ঐ ঙমদে ইমা। ঐগীসে অরেপ্পনি।

মমা — করি ! অরেপ্পনি হায়বা। নঙ ঙস্মী। ঙস্মগসু নচেগীনি হায়বা নঙ করিমত্তা খাইনীংদ্রে?

থোইবা — করিনো ইমানা অদুক নিন্দা তৌনা য়েংবীরিসিবো?

মমা — করিনো নঙনা খল্লিসিবো? নঙবু পাঙ্গল শোল্লবী নচে অসিগী মনঙ্গলদা

চাউরকপনিদকো ইবুংঙো ! নঙবু করিমত্তা নীংশিংদ্রবরা?

থোইবা মদু ব্রারেমনিদা ইমা।

মমা ইস ! য়েংঙুনেসে ! ইচা চাউরকপগী পিনিনে ।

থোইবা ঐবু অদুক হাক্লা দোষ তৌবীনুদা ইমা।

মমা ইমা কনাবুসু দোষ তৌদে ইবুংঙো। ইশানা ইশাবু দোষ তৌজবনি। ইমা লান্দেনে। ইমানা ঙসি নঙগী থোঙজিন্দা লেপ্পরীবসে নঙনা ইচা ওইরম্বগীনিনে। কনাগুম্বগী থোঙজিন্দা ওইরম্লবদি ইমায় অসি থম্ফম লৈরম্লোইদো। অদুবু ঙসিদি ! নঙগী থোঙজিল অসিদসু ইমাগী মায়সি থম্ফম লৈত্রেদো ইবুংঙো !

গুনি ইমা। চা থকসি।

মমা ইমা চা থকঅরোই ইবেম্মা। থোকখ্রগে।

গুনি অমুক্তা ঙাইবীখোও ইমা। *(তপ্না)* তামো।

থোইবা ঐ থবক চৎনবা থৌরাং অমুক্তা তৌগে।

গুনি ইমানা য়াম্না নুংঙাইতনা চৎখ্রিবসিবু করিগীনো ?

থোইবা করিনো অমুক হংঙিসিনা? নঙগী নঙক কনবীদু অমুক হৌরকঅগেরা?

গুনি অহনশিংসি য়াম্না ব্রারৌহনবসু চুম্মোইকো।

থোইবা হুং ! নঙ মঙাইরেহে ইবেম্মা থম্মোয় চাউরিসে ?

*(ঙাইহাক শরক শি )*

মপা করিনো, প্রপ প্রপ লাকঅগা সিদা চপ লেপ্পরীসিনা ?

মমা ঐবু ইচাগী থোঙজিন্দা ভিক্ষারী কয়ারক ওইহনখিগদগে ?

মপা করি অমুক হায়রকঅগেনে ?

মমা ঐখোয়না মঙোন্দা হায়জরুবসে ব্রাখঙদবা তারবনি। অসুক য়াম্না মমা-মপাগী অব্রাবদা শরুক য়াবা ঙমদবসিবু ইচা ওইবগী করি ধর্ম্মনো ?

মপা ওম্থোকপনিদা নঙসিদি ! অদুক খাঙবা ব্রারগদি মমা ওইবগী মগুণবু কদায়নো ?

মমা খাঙবা ব্রাবা নত্তে। ঐদি খাঙবা ঙমদ্রে।

মপা থরো -

মমা মাগী মতৌসিদনি খাঙবা ঙমদদনা মনাওনুপাদুনা আ অথাপ্পদা পাৎ মপান্দা চীক্লা মতম লেল্লীসে।

*(পাৎ মপানঃ উচেক ব্রায়াগী খোঞ্জেল)*

খোমৈ *(মথক্তা)* ও ! সোভা লাকএদনা। মনীং তম্না শান্নজরিবা পাৎকী উচেক ব্রায়াশিংসি লোইনা তানখাইবীরনি !

সোভা ( *কার থাম্মী)* য়াম্না পূব্রীং লূপ্না তুরি পায়বীরিঙৈ অমুক য়ৌরকএনে ঐ !

খোমৈ লেঙশিনবীরকউ। অয়েকপা লাইশিংসিগা লোইবা নাইদনা ব্রারী শাবসিসু ব্রায়। নোংমগী অমুক্তা ওইরসু লেঙবীরকত্রবদি কমদৌনি ? ফমসে ।

সোভা হায়গুম্মদনা লাইশিংসি ব্রাহং য়াম্না হংবা মাল্লি।

খোমৈ অদুবুদি ঙাইবনিদনা ! অয়েকপা লাইশিং অসিগী পান্দমনি - ঙাইবা। হিংবা ঙাইবা, নীংবা কাইবা লোইখিবা ঙাইবা, অদুগা মসিনা শিবা ঙাইবা।

সোভা অদুগা নঙনা ঙাইরিবনা -

খোমৈ ঐনা নুমিৎচুপ্পা ঙাইজরিবা সোভাদি লাক্লগা ইনাক্তা ফম্বীররেদনা।

সোভা ও য়েস । *(নোকমিন্নে)* ঐ নুংঙাইবা পাউ পুরকই।

খোমৈ ব্রাহৈদুনি ঐনা ঙাইজরিসে।

সোভা ভায় নঙ সরকারগী লাইয়েকপা ওইরগেরা? থাদা লুপা লীশিং ৩/৪দগী হৌগনি।

খোমৈ মদুমা ঐনা ঙাইবা পোৎ নৎত্রে। ঐ সরকারগী থবক্তি তৌগে খন্দ্রেদা।

সোভা অং ঐসু খল্লিনে। অঙাং খরা থবক শুবা লাকঅম্মীদনা ?

খোমৈ লাকঅম্মী। থোঙ-থোঙনাও রং তৌবগা ইলেক্ট্রিক ফিটিং তৌবগদি লোইবীরম্মে। য়াম্না ফৈনে অঙাংশিংদো।

সোভা ঐনা খঙনা থাখিবনি। য়াম্না নুংঙাইবা পাউ অমা তম্মগে।

খোমৈ লৈরবদি তমথোকঅগা য়াংবনি, তম্মোনে।

সোভা শঙসি নঙগী মিংদা পাল্লবনি। প্লোট মফমসিসু য়াওনা নঙগী ওইরে। চেসি থমজিল্লু।

খোমৈ এহ ! শেনফমসিদি ?

সোভা ঐনা ক্লবকী ফণ্ড ওইজনবা পীবর্ম্বনিদা। মসি থওইনা শাবা তাবগদি লুপা লীশিং য়াঙ্খেনসু য়ারোইনে।

খোমৈ কদাযদগী? লাক্ষ ময়া চঙগনি ভায়। ঐ খরদি য়াম্না থুনা হঞ্জিল্লক্কে সোভা।

সোভা মদুমা য়াররোই। ঐবু সিতারগী মমল পীহনখিব্রো ?

খোমৈ মদুনা তোঙানবা ব্রানিদা।

সোভা মসিদা তোঙানবা ব্রা য়াওদে খোমৈতোন। থম্মোয়গী ওইবা থবক ঙাক্তনি ।

খোমৈ অদুবুদি চুম্লা। অদুদা -

সোভা চুম্মগদি অচুম্বা ব্রাসি থৈদোক্লবা ব্রাহৈনা করুবা ব্রাখল অমুক শুংঙুরনুসে। নঙনা খূদোল তম্বীরকপা সিতারদু মমল নাইদ্রেনে ঐঙোন্দা হৌজিক্তি।

খোমৈ *(চীং-লেম্না)* সোভা !

সোভা কৈদৌরে অমুক ! করিনো ঐঙোন্দা অদুক মুন্না য়েংইদুবো ?

খোমৈ ঙসিদি ঐ ! পুক্লীংসে, করিগীনো খঙদে হায়ফম খঙদনা কপ্পাংই ।

সোভা করিগী পিনোনে ভায় ! নঙ য়াম্না ব্রানা হিংই হায়বা ঐ খঙই কৈদৌরগে ? ঐ নঙগীদমক লেপ্পীসিদি ! নঙগী থম্মোয় ঐ খঙইনা !

খোমৈ অশুক কুইবসে, লন্নাই য়েংনবগী থম্মোয় য়াওদ্রবা অখূবা মীৎয়েংনা চৈথেং পীদুনতা লাক্লি। লৈত-লাইরগী তৌফম খঙদবা কয়ানা মপোক অসিবু কয়াদি ঙমখৈ নাইগল্লে! তম্বা ঙমদ্রবা হিদেন অমদগী মীনুংশি খঙদ্রবা ঈথক-ঈপোম্না

**পুন্সি অসে কয়াদি তাথিনা ইথোকপীরক্নে। ঐবু নুংশিবীবা কনাসু তাইবঙপালসিদা লৈত্রে খল্লুই!**

সোভা খোমৈ -

খোমৈ অদুবু সোভা! নঙনা ঙসি পীরিবা মীনুংশিগী চৈনা অসে অমুক হন্না মায়োক্লুরে।

সোভা হিংমিন্নরীঙৈগী অন্না-অনা থম্মোয় য়াওনা শরুক য়ামিন্নবা ঙমদ্রগদি মরূপ-মপাং ওইনা তিন্নরুবগী অর্থবু করিনো ?

খোমৈ মাঙখ্রে খল্লুরবা মীওইবগী থম্মোয়গী গুণ অমা নঙনা ঐঙোন্দা উৎলবনিনা ঐদি করিনা লমন শিংগনি ?

সোভা ঐদি খনবু খল্লুদে। সিবু লমনগীরনে ?

খোমৈ করিনো অমত্তদি হায়বীয়ু। ঐনা পীবা ঙমগনি খনবা, নৎত্রগা ঐঙোন্দগী নঙনা আশা তৌবা করিনো অপাম্বা অমত্তদি হায়বীয়ু সোভা। ঐ নঙগীদমক করিগুম্বা মশক থোকপা থবক অমত্তদি তৌহনবীয়ু।

সোভা খোমৈতোন! নঙনা ঐবু অশেঙবা মরূপ অমনি খনবা মীকুপসিদা নঙগী হায়ফম খঙদ্রবা পূক্নীংগী ফীভম, ঐনা লোইনা উরে। ঐদি হান্ননা ফাওখ্রবনি। ঐনা নঙবু মরূপ অমনি খনখিবা কুইরে। ঐনা নঙোন্দগী পাম্বদি অসিখক্তনিঃ নঙ-ঐগী মরূপ ওইবগী মতৌ অসি পুন্সি চুপ্পা কায়হন্দবা সিখক্তনি ঐগী লাইনীং। অতৈদি অরায়বনি।

খোমৈ কদায়! খূৎতু অমুক্তা শোক্নে। সোভা -

সোভা খোমৈ। মরূপ হায়বসে পুন্সিদা য়াম্না চাউবা ব্রাহৈনি।

খোমৈ ঙসি শোক্লরীবা খূৎসিনা সাক্ষী ওইরবনি। ঐ নঙগী পুন্সি মরূপ্নী। মরূপ হায়বা ব্রাহৈসি ঐগী শিংলীদা ঈ মরীক অমত্তং চেল্লিমখৈদি লৈখা তাহল্লম্মোই।

সোভা থাজবীয়ু। ব্রাশক অদু ঐসু লৌরবনি। পুন্সিসিদা অমনা অমবু নমথাক তৌনদনা থম্মোয় শেংনা তিন্নবা মরূপ অমা ফংলবদবু করি ব্রানীংঙাই লৈবগে ?

খোমৈ করিসু ব্রানীংঙাই লৈতে। মদুগী খূদম ঐ ঙসি ফংলে।

সোভা নঙগী পোত্থাফম তাংদাংবা অমা খঙবসি য়াম্না নুংঙাইরে। মখা তাবা থৌরাংদি করি?

খোমৈ ঐনা হৈজবা বিদ্যাসি মীয়ামগী সেবাদা কৎকনি। চিত্রকলাবু পামজবা থব্রায় য়াওজবা অঙাংশিংবুসু ঐনা হৈজবা তাকপী-তম্বীগে খল্লি। হৌজিক্তি মৈসু ফংলবনিনা অহীং-নুংথিল নাইদনা লাই য়েক্নে খল্লে।

সোভা এ ভেরি গুদ আইদিয়া। আর্ট সেন্টর অমা ওইবকপা য়াবগী ওইথোকপা লৈরে। মাসু নোংমদি মফমসিদা সিতার খোংলবা য়াইনা।

খোমৈ নঙ প্রোগ্রেসিভ থিঙ্কিং লৈবা মীশকনি সোভা। ঐ নঙগী ব্রাখলসি থাগৎনীংই।

সোভা ব্রাখলবুদি ব্রাংজবা। অদুবু করিনো ইথোকপদি শুংফ-ফজৌ য়াদবা। সি অমুক্তা য়েংবীয়ুনে, শুর পানবা য়াগদ্রা সিবো?

খোমৈ যমা ফজনা উইদা। পরেং খরদং পারকউ তাসিনে।

সোভা **পারক্কে, ফজদ্রদি ফজৈ হায়রক্কনুকো।**

খোমৈ **পারকওনে।**

সোভ্র *(পায়) নঙগী পিরাংদা ঈরাক্লরী / ঐগী পুন্সিগী আশা পৃম্বা / করি খল্লিবা ঈথক নঙনা / তেংথাখোল তাদুনা / নীংঙাইবা লৈতনা !* য়াব্রা ?

খোমৈ অদুদি নঙগী ব্রাখলদু হেক্তা ফোঙদোকএনে !

সোভা হোয়নে। অদু ফোঙদোকওইদৌরো?

খোমৈ য়াবুদি য়াই। অদুদা মানা করি খনখিদগে খঙদবা।

সোভা মসিসু ইশাদা থোকঅদি জ্ঞান অদুম মাঙইদা। অদু ঐনা অমত্তা ইবীয়ু হায়জবদুদি কাউরব্রো"

খোমৈ অমবুদি ইরে। কদায়দনোনে -

সোভা অদু পায়শিল্লগেনে। কদায়নো ?

খোমৈ সে। য়াম্না ফজবদি নত্তেদা। মাবু য়েংহল্লো।

সোভা অং। পীবদি ময়েক অনীমক পীরগে। ঐগীসিসু অহীং তুমদমখৈ ওম্লোক্লা ব্রানা ইরকখ্রপোৎনি। ঙাইহাক চৎলুসি হায়দি য়ারকওইনে ?

খোমৈ ময়েক পীববুরো ?

সোভা ময়েকসু পীরুনি। সিতারসু ঙাইহাক তারক্কনি।

খোমৈ ব্রাখলসিদা লোইনা উরে। মহাক্লা সিতাব খোংলগা নঙনা মনাক্তা ফমদুনা তাবদো ঐ কল্পনা তৌরগা য়েক্কে।

সোভা এহ ! অমুক্তসু উখিদ্রিবা মহাকপু কবম্না য়েক্তৌরীবা ?

খোমৈ ঐগী কল্পনাদা তারকপা মমিদুনিদা।

সোভা ও আই সী। মদু ঐ মঙোন্দা শোয়দনা উৎকনি। অদুদি যেকপীরম্মো ঐ চৎলুখিগে।

খোমৈ ও কে, গুদ লক !

সোভা *থেঙ্কস ! (কার থৌখি )*

*( সিতার তাম্না তারকই )*

বৃন্দা ঐদি মহাক ব্রারৌখ্রমাল্লে খল্লুরে।

সোভা কনানা ব্রারৌদে হায়খ্রবগে নঙোন্দা ?

বৃন্দা করিগী ব্রাবৌরিবা ?

সোভা মদুদি নঙসু খঙইদুদি ?

বৃন্দা সোভা !

সোভা **ব্রাখলনি হায়দুনসু পঙঙাঙদা ঙাঙথোকপীগনু বৃন্দা। নঙগী ব্রাহৈ অমদনি ঐগী পূক্লীংগী হৈনীংবা নৎত্রগা নীংবা কায়বা পোকহল্লিবসে ! করিগুস্বদা লাক্লীংই ননাক্তা, থাজে ব্রাখল নুংঙাইগনি। করিগুস্বদসু চিংনবা পোকই, করিবু হায়রক্কবা ! লেপ্তুনা খল্লিঃ করি হায়বগা নহাক্লা হরাওগবা ! করিবু হায়দোকখ্রগা নহাক্লা ব্রারৌখিগদবা! মীওইবগী ব্রাহৈসে কয়াদা লুরমখ্রবা !**

বৃন্দা সোভা। নঙনা ঐগী পুন্সিবু অদুক য়াম্না মরু ওইনা লৌরীবা করিগীনো?

সোভা নথন্তগী পুক্লীংদা হংঙুঃ মীওইববু চেংনা পূনশিল্লিবা শকউদবা লংলাদুবু করিনো ?

বৃন্দা নুংশিবা হায়দুরো ?

সোভা পাউখুম খঙনা খঙনা ব্রাহং হংদুনা অমুক শান্নরিবা !

বৃন্দা সিতার তানীংব্রা ?

সোভা অর্থ খঙদ্রবা শুরদুনা করিনো ঐগী পুক্লীংদা হায়দৌরীসে ?

বৃন্দা মদু মকসু য়াম্না ফজবা ঈশৈগী ময়েক্লী ।

সোভা ঐনা লাক্লিবসি করিগীনো খঙলব্রা ?

বৃন্দা ঐগী পুক্লীংগী অশেংবা অমা খঙবা পান্নক্কনুদা সোভা !

সোভা বৃন্দা !

বৃন্দা ঈশৈ ময়েক ইরকপ্রা ?

সোভা সে। ময়েক অনীনি।

বৃন্দা ময়েক অনী। অহানবগীসিনা- *(পায়)ঃ*

*নঙগী পিরাংদা ঈরাক্লরী / ঐগী পুন্সিগী আশা পুম্বা / করি খল্লিবা ঈথক নঙনা / তেংথাখোল তাদুনা নিঙাইবা লৈতনা।* মসিদি নহাক্কী ব্রাখলনিদনা। অমসিদি - *(পায়)ঃ লৈকারক্তা থম্মোয়গী / হাইদোক্লুনা য়েংগেরা/ কনায় খোঙ্গুল তাবিবা/ কনায় মিংলেন ইবিবা ।* -ও মসিনা ঐগী ব্রাখলবু ফোঙদোকপীরে। মসি ওইনা শুর পাল্লগে। মসিনা পায়বীরো।

সোভা কবম্বনো ?

বৃন্দা মসি থমজিনবীরো। অদুগা মসিমদি সিতারসি লৈরকপা খূৎনি হায়বদা মতীক চায়। খূইদি মান্নদেনে।

সোভা ঐ চৎলগে।

বৃন্দা শুর পানবা তাররোইদবা ! ময়েকসি য়াম্না ফজে।

সোভা শুরদু নথন্তা চীক্লা পালহৌরো। ময়েক্তু ঐনা ইবা নত্তে।

বৃন্দা কনানা ইরীবা ?

সোভা সিতারদু লৈরকপা মীশক্তুনা। ঐ চৎলে। ( *গাড়ী থৌখি)*

বৃন্দা ফাগী অমুক তৌরম্লিবা ! *(শুর পাল্লিঃ ঈশৈ ঙংই)*

*হুং হুং হুং... হা হা হা... লৈকারক্তা থম্মোয়গী / হাইদোক্লুনা য়েংগেবা/ কনায় খোঙ্গুল তারিবা/ কনায় মিংলেন ইরিবা*

*তাঙ্কক লোইবগী যন্ত্র সঙ্গীত*

## মঙাশুবা তাক্কক

| | |
|---|---|
| তোম্বী | তামোচৌ ওফিস হল্লকঅরা ইনম্মা ? |
| গুনি | হল্লকঅবনি। পোত্থারমগনি চঙঙো। |
| তোম্বী | তোলোপ ফংঙে হায়ব্রো? |
| গুনি | অং ফংঙবনি। নঙগী করি লৈগে হায়রীনো ? |
| তোম্বী | লৈনীংবদি য়াম্মীদা ইনম্মা। |
| গুনি | অদু চঙঙগা হেক্তা হায়ু কৈদৌরগে। |
| তোম্বী | চৈরক্কদ্রা খঙদেদা। |
| গুনি | কিরগনা তোকএদনা কমদৌনি ! চঙঙুনে তোম্বী। |
| তোম্বী | হোয়দা। হেক্তা হংঙগা লোইরে। *(তপ্পা)* তামোচৌ ! |
| থোইবা | কৈদৌরে ? |
| তোম্বী | তোলোপ ফংঙবা নৎত্রো ? |
| থোইবা | তোলোপ ফংবা ফংদবা নঙনা হায়দৌদু করিনো হায়ুনে তোম্বী। |
| তোম্বী | লুপা চনী চহুমদা পীয়ো। |
| থোইবা | এহ ! কোন্না খন্নরসি। ঙাইহাক্তা চীক্লা পোত্থাখিগে তোম্বী। |
| তোম্বী | কোন্না য়াদ্রে। হৌজিক অরৈবা খরা পীয়ো। |
| থোইবা | *(শাউগৎলকই)* করিনো ঙাইহাক লৈতনা পীয়ো পীয়ো। নখোয়বু মকু ওল্লব্রো ? |
| তোম্বী | ঙাইহাক লৈতনা পীয়ু হায়রবসু পীদি অমুক্তা পীদে। ঙসিদি খিত্ত পীয়ো তামোচৌ। |
| থোইবা | ঐ ঙাইহাক্তা পোত্থাগেমী তোম্বী। লৈমীন্নরীবা নঙগী তামোচাদুদা হায়ুদনা। |
| তোম্বী | তামোচানবুদি ঙসাই অয়ুক লুপা চনী পীরম্মে। |
| থোইবা | অদুদি য়ারেদনা। |
| তোম্বী | ফীরোল খিত্ত লৈনীংঙে। লুপা চামঙা শুদ্রদি য়াদ্রেবা। অদু খিত্তদি হাপ্পীয়ু তামোচৌ। |
| থোইবা | ওস্থোক্লা তানীংখিদ্রেদা তোম্বী। |
| তোম্বী | লুপা চামদা ওইরবসু পীয়োবা। |
| থোইবা | শুংপী হেক পীরোই। লৈরসু পীরোই চৎলো। য়াম্না থুনা অমুক্তা থোকখ্রো তোম্বী। |
| তোম্বী | অদু ঙসাইনা হায়বদি কৈদৌই ! ঐ চৎলে তামোচৌ ! |
| থোইবা | খিত্তং হায়রগা খঙদবা অঙাংসিবু কৈনো খঙদেনে ! |

*(ঙাইহাক শবক শি)*

মপা ইচাতোম্বী নুমিদাংগী চাক য়াম্না থোংজনগনু। ইপাদি ইচা চানীংদে। নঙগী তামোচাবু হল্লক্কনি হায়রম্রো ?

তোম্বী হল্লকওই বাজি।

মপা নমাখোয়দি য়ূমদা লৈব্রা? করিনো নঙনা লাকঅগা সিদা চপ লেপ্পরীসিবো? ইচাগী করি ব্রাৎলগেনে ?

তোম্বী বাজি ! ঐনা তমোচৌদা ফীরোল লৈনবা পৈশা খিত্ত হাপ্পীয়ু হায়দুনা ওইনজববু ওম্থোক্লা থীনা চৈবীরকখ্রেদা !

মপা করিগী হায়রুরিবনো তোম্বী ?

তোম্বী পোকমিন্নবা ইবুংনি হায়দুনা ওইনজরুবনি, ঐবু লাল্লব্রনে ?

মপা ইপাগী মাঙদা পি তানা কপকনুনে ইচাতোম্বী !

তোম্বী ঐদি ওম্থোক্লা ইকায়খ্রেদা বাজি। *(হিক হিক কপ্পী)*

মপা কপকনু ইচাতোম্বী ! নঙগী তামোদসু ব্রারৌরুনু। পুন্সিসিদি য়াম্না চম্না হিংগদবনিনে। নশুং-নমান্নবীনা সনা-লুপা, ফজবা ফিরোল শেৎ-চাবা উরগা কল্লক-মীহৌবা খক ফাওগনু। নাদ-য়েত্তুগা লোইরেকো ইচাসিদি। চঙঙো চঙঙো, নমাগা নুংদাংগী করিনো চানবা শীল্লুরো।

তোম্বী ঙসিদি ঐসু করিমত্তা চাররোই বাজি।

মপা করিগীনোনে তোম্বী ? নখোয়সিদি ওম্থোকপনিদা ! নঙগী লৈনীংবদু করিনো নঙ তামোচা লাকঅগা বাজি হায়গেনে।

তোম্বী তামোচানদি লুপা চনী পীরে বাজি। ঐনা হায়রুবসু নত্তে। শেৎপা চাবা মীমান্নদে খঙদুনা ঐবু হরাওনবা পীবনি। অদুদা ঐসু ইন্নফি অমত্তা লৈনীংবদগী হায়রুবনি।

মপা ইপা খঙঙে তোম্বী। নঙগী ফিদো হয়েং-হংচিৎ নঙগী তামোচাবু লৈহল্লগেসে।

তোম্বী করিমত্তা লৈররোইদা বাজি। *(চংখি)*

মপা ওম্থোকপনিদা ঐগী ইচাশিংসে।

*(ঙাইহাক শরক শি)*

গুনি *(নারোলদা)* শোমদা অমুক্তা থুনা লাকপীখো ইমা।

মমা কৈদৌরগেনে গুনি ?

গুনি ব্রানোম্বা লাকপা অহল অমনা শেল ময়াম অমা থনম্মে !

মমা থোইবগা হৌজিক থোকখিবা অহলদুরো ?

গুনি মানে ইমা। থোঙ্গাল ফাওবা থিন্দোকখিবনি। য়াম্না থুনা হঞ্জিল্লক্কনিয়ে। তু, তেবল মথক্তা লৈরিসিনে !

মমা ইস ! সিদি লুপা কয়ানো ?

গুনি মশীং খঙদে ইমা। লোয়না পুশিনবীখ্রো।

মমা অং ইমা পুখ্রগে । নঙনা কদায়দা লৈদৌরী ?

গুনি ঐ পৃথ্বীরোমদা লৈগে। খরা থুনা য়ূমলোমদা চৎপীখ্রো ইমা। চঙঙকপনা হাল্লনি।

মমা য়ারে য়ারে ইমা চৎলে।

গুনি *(মথন্তা)* ই্‌... ! মীৱাদি খবা তানিসে। পৃথ্বীরোমদা চৎহৌরগে ঐ। হোয়দা, খরসু থেংনবা তাবনি।

তোম্বী হোবে হোবে অমুক কদায়দনো ইমা ?

মমা ইমা কৈথেল ঙাইহাক য়ৌগে। করিনো থোংনবা তৌরম্মু।

তোম্বী খরা থুনা হল্লকও ইমা।

মমা ইমা ঙন্না হল্লক্কনি তোম্বী।

থোইবা *(ঈশৈ ঙংনা চঙলকই)* এহ্‌ ! য়াম্না থুনা থমজিল্লিদা মসিগী নুপীসে। কুইরকঅবনিনা ঈরাংসি খঙইনে মা। *(কৌই)* গুনি, গুনিলৈমা।

গুনি *(থাপ্লপ্লা)* করি হায়গে ?

থোইবা য়াম্না থুনা অমুক্তা লাকখোনহে। *(মথন্তা)* অং, লুপা লীশিং কুম্থ্রা। হোয়দা পীওন অমা হাপ্পগীবু কয়াম মন্তিক্ক্রুগবনো ? হন্দক্কীসিনা করি তৌবা! য়ূম মথকসি শাগৎপা।

গুনি পৃথ্বী মপান্দা কোন-লীক থম্মম্মী। করি হায়গে ?

থোইবা এ! হৌজিক্কীদু অমুক্তা পুথোরকখোনহে !

গুনি *(ঙক্লা)* হৌজিক্কীদু হায়দি -

থোইবা হৌজিক্কীদু হায়দি সিদা থনম্বদু তারেদনা।

গুনি ঐবু -, সিদা করি ?

থোইবা অমুক্তা ঙাওশিন্ননু পুথোকরকউসে।

গুনি করিনোমী ঐনা পুথোকতোইসিবো ?

থোইবা *(কল্লপ)* য়াম নুংঙাইখিদ্রেদা গুনি। পুথোরকও হায়রদি কোক হেক পুথোরকউবা।

গুনি *(ঈংথনা)* নত্তে। করিনো পুথোরকতোইসিবো ? সিদা করি থম্মমগে হায়বা ?

থোইবা গুনি নঙগীসি শেংনা খঙদবরা ?

গুনি *(কল্লপ)* ঙসাইদগী পৃথ্বীদা লৈবা ঐঙোন্দা করিনোমি হায়রিসিবো ?

থোইবা *(ঈংথনা)* কন্না ঙাঙগনু, অমুক্তা ফম্মু গুনি।

গুনি করিনো শেংনা অমুক্তা হায়য়োমি।

থোইবা লুপা লিশীং কুম্থ্রানি হৌজিক্তা থিল্লকঅম্বনে গুনি। পীওন অমা হাপ্পগী ঙসি অথেঙবদা ওর্দর থোক্কদবা। মিংদুসু হাপ্পম্মবনি। সিদা মীতোপ কনাসু চঙঙক্তেনা ?

গুনি কনাসু উদেনা, কনা লাকখিগেনে ? লাক্তেদা।

থোইবা গুনি নঙ শেংনদি হায়য়ুকো। কোইথি থিরগা য়ূমসিদা লৈরম্মদি নঙ কয়া ফজরোইকো।

গুনি ঐবু থাজদ্রগনা থিরোদনা।

থোইবা তোম্বীদু অমুক্তা কৌরকউ। য়াম থুনা চৎলু।

গুনি অস ! অঙাংদুদা করম হায়না হংদোইনো ?

থোইবা কৌদ-কৌরকউবা গুনি।

গুনি ওম্বোক্লা হৈনখিদ্রে ঐদি ! *(থোকখি)*

থোইবা নঙগা লাকমিন্নদৌনিকো। *(মথন্তা)* করিনোনে তৌরিসেবো ! মিনিট মঙাখক্তং থোঙ হাংদোকঅগা থাদোকপা য়াদবা য়ুমসিবু লৈবা য়ারীব্রবা ! থাদি থাজদেদা ! গুনিসিবু ! হেরা উশিৎমনখিদ্রেদা। অং, লাকখিসনু, লৌরম্বা মীদুমদি নুংঙাইনিদনা!

গুনি তোম্বী লৈহৌদে।

থোইবা *(কল্লপ)* কদায় চৎখি হায় ?

গুনি থোঙ্গাললোমদা শুম থোকখিবা ওইরমাল্লে।

থোইবা উম ! ইচেহোয়দা শোয়দনা চৎলম্মনি। ঐ য়াম থুনা অমুক্তা চৎকে। মীকুপ-নাহুম শিংঙু। তোম্বীদু হল্লকপ্রা য়েংঙুকো ! স্কুটর সোদুনা কদায়দনোনে ?

গুনি খুৎনা পায়রীদু নৎত্রো ?

থোইবা মানি, সিনি ঐনা ঙসাইদগী থিরিসে। মফম-মরাং অমত্তা খঙদ্রে ঐ। লাই খুৎশাংবী খরগা লৈমীন্নদনা !

গুনি অদুবু তহা তহা অমুক চৎত্রসু হোরেন হঞ্জিল্লকঅগা তপ্পা হংবীবা য়াদ্রো ?

থোইবা হে নঙনা খঙপোৎনত্তে ! আদা লৌতুনবিঙৈদা কিৎ নম্মগা ফাদৌনি খঙব্রা ?
*(স্কুটর থৌদোকখি)*

গুনি ইস ! করম থোকঅগবা !

মপা *(মথন্তা)* করি গাড়ী খুৎথৌনোনে ? গুনিলৈমা।

গুনি করি হায়গে বাজি ?

মপা কদায়দনোনে অমসিনা চৎখ্রিসিবো ?

গুনি ঙাওরিনিদা বাজি।

মপা কৈদৌবা যাওগে হায়বা ?

গুনি কৈশু তৌদেদা বাজি।

*(স্কুটর থৌরক্লগা খাম্মী)*

থোইবা *(ফিংলপ)* ইচে ! ইচে লৈত্রো ?

চাউবী কনানো? থোইবা মাল্লিদা !

থোইবা ঐনে ইচে।

চাউবী চঙঙকউদনা। য়াচংবসিদা ইফিং ফিংনা লাকইসিবু কৈদৌবা য়াওগেনে থোইবা ?

থোইবা তোম্বীদি ?

চাউবী তোম্বী লাক্তে কৈদৌরগে ? অমুক্তা ফম্মুনে, করিনো নঙনা কোইয়েং য়েংইসিবো ?

থোইবা লোৎপিদবদি ফৈদা ইচে !

চাউবী করিনোনে ইবুংঙো, ইচেগী ইহাঙ হাঙবা য়ূমসিদা করিবু লোৎফম লৈগেনে?

থোইবা তোম্বীসি লাক্ত লাক্তবা অশেংবনিকো ইচে।

চাউবী ঐবু কয়ারক খুমসিগেনে থোইবা ?

থোইবা ফরে ইচে অদুদি ঐ অমুক য়ৌরগে।

চাউবী কৈদৌবা য়াওরগেমি ইবুংঙো ? ইচেগীদা লাকথোক্তনা লাকপবু ফম্মরোইদ্রো ?

থোইবা ঐ খরা থুরে ইচে। ( *স্কুটর থৌখি)*

মমা *(ফিংনা)* গুনি। গুনিলৈমা !

গুনি ইমা ঐ সিদা লৈয়ে।

মমা কমদৌরগে নঙবো ?

গুনি ঐদি উচিন-নাচিন্না হিংহৌরে ইমা। তোম্বী কোয়থি থিরিবনি।

মমা য়ারে য়ারে। অদুদা খঙগে তৌবনি । *(ঙাইহাক লৈরগা)*

মপা কদায় য়ৌরুরবা নঙনা ?

মমা আ কৈথেল ঙাইহাক য়ৌরুরে। তোম্বীনা কদায় চৎখ্রে ?

মপা তোম্বীদুনিনে ঐনা হংগে তৌরিসে। মনম্মনসু হংঙম্মী, থোইবনসু অমুক হংঙম্মে। ঐসু থোঙ্গাল ফাওবা থোকউবনি। হল্লকপা উদেনে।

মমা করিগীনোনে থোইবনা হংইদুবো ?

মপা মচনদুনা শেল খিত্ত পীয়ু ওইনজমাল্লে। পীখিদবদুদা নুংঙাইজদদুনা হংঙি ওইরিনিদা।

মমা ইহে, পোদোনসিদি থাউ অমত্তা য়াওদ্রেদনা । *(স্কুটর থৌজিল্লকই)*

মপা কনানো ! থোইবা নৎত্রনে ?

থোইবা *(ফিংনা)* ইমা।

মমা লাউনেহে থোইবা নঙবো। ঐ ঙসাইদগী নঙবু থিবনি। নচন্নুপীদু হঞ্জিল্লক্কেনে।

থোইবা *হৌজিকফাও হঞ্জিল্লক্ত্রিবা ?*

মমা *হোয়নে অদুনিনে ঐনা হায়রিসে।*

থোইবা অং, শোয়দ্রেদনা !

মমা নঙনা খঙবা করি লৈগে? অদুবু কনাগীদা ওইরমগদগে অমুক্তা খল্লোমি ইবুংঙো !

থোইবা অতৈ লায়রিয়ে ইমা। হৌজিকপু মানা লুপা লীশিং কুম্ত্রা হুরাল্লগা পুখ্রিসিবু-

মপা করি হায়বা থোইবা !

মমা করিনোনে হায়রিসিবো !

থোইবা তোম্বীনা ঐগী লুপা লিশীং কুম্ত্রা হুরাল্লগা পুখ্রে বাজি।

মপা ইচাতোম্বীনবো ?

থোইবা *(কল্লপ)* হোয় নচা তোম্বীদুনা।

মমা নঙগী শেললনে হায়রিসিবো থোইবা ?

থোইবা ঐগী হায়বু তেবল মথক্তা থম্বা শেনফমনিনে ইমা। কয়াদা ঙমখ্রবা অঙাংনো য়েংঙু।

মপা অদুবু উহৌরগদি মফমদুদা ফাবা য়াদব্রা নঙবো ?

থোইবা হ্রানবনবু মপু উহন্নব্রনে। ঐ খঙই, মা নত্তনা শেনফমসি লৌবীনিঙাই কনাসু লৈতে।

মপা উহৌদ্রগদি ইপা ব্রা হায়গে থোইবা। নঙগী শেলসি ইচা তোম্বীনদি লৌরোইকো।

মমা হোয়নে। অদুক য়াম্বা শেনফমদুবু তোম্বীনা লৌবা মতীক্লনে !

থোইবা হৌজিক মশা ফংদ্রিসিদা ভাব অদুম তাবীরো ইমা ? লোৎলগা ফনি খল্লিনে মা।

মমা অদুদি ব্রা য়াম্নদনা কান্নদে। নচম্দু হান্না অমুক্তা ফংনবা থিসিদনা !

থোইবা থিবা হায়বু ঙসি তুম্মোইয়ে। লৈকায়গী মমান্নবীশিংগী য়ুমদা হান্না অমুক্তা চৎকে।

মপা খোমৈতোম্দু হান্না অমুক্তা লৌবীরুদনা।

থোইবা খোমৈতোন্না কৈদৌবা ঙমদোইনো বাজি ?

মপা ইহে ! মচননুপী হঞ্জিল্লকত্রিসি মঙোম্দসু পাউ অমা পীরুফম থোকইদনা ?

থোইবা পাউবুদি ঐনা থোকপা য়ৌহনখ্রগে।

মপা করিনোনে হায়রিসিবো ?

মমা ঙাইখোদা। অঙাংদু অমুক্তা ফংনবা থিরুখিসনু। *(স্ক্রুটর থৌখি)*

*(যন্ত্র ঈশৈ তেল্লগ্রা)*

বৃন্দা য়াম্না পুক্নীং লুপ্নদি য়েকপীরি অদুবু -

খোমৈ কনানো ? ঐ থোকচরক্কে।

বৃন্দা য়েক্লিবদু অমুক্তা য়েংজনীংইবা।

খোমৈ ও ! য়ানি লেঙশিনবীরকউ। সিদা হেক্তা ফমথবীয়ু।

বৃন্দা অশুম্না অহীং-নুংথিল নাইদনা অদুম য়েকপীব্রা ?

খোমৈ *মৈশু লাকপা অদুগা থাবলসু ফবসিদা তঙাইফদনা মরূপ অমগী অয়েকপা সিমত্তং লোইশিন্নীংবনি। অদুবু য়াররোই। য়ুমগী অরুবা পাউ অমখক ফংই। হৌজিকমক হন্দবা য়াদ্রে। করি -*

বৃন্দা *নঙগী মরূপকী অনীংবদি অয়েকপা লাইসিদসু মমি ফজনা তারে। সিতার* পায়রীবীসিনা খল্লিবসি করিনো ?

খোমৈ মহাক্কী ব্রাখলদি পুক্সি ব্রাংমগীনি। য়েকপা লোয়শিল্লবা মতুংদা অমুক য়েংমিন্নসি।

বৃন্দা বৃন্দাগী ব্রাখলবুদি অদুক শেংনা করম্না খঙবীবগে ?

খোমৈ অয়েকপসি বৃন্দা কৌই হায়বদি করম্না খঙবীরিবা ?

বৃন্দা ঐ বৃন্দানি।

খোমৈ ও! সোম ?

বৃন্দা মানি। চিত্রকারনা শকউদনা য়েকপীরিবা মহাক্তু ঐনি।

খোমৈ অদুদি কদায়, সোভাদি -

বৃন্দা মহাক মপান্দা লৈরে।

খোমৈ ও! অদুদি থোকমিন্নরসি। সি থমজিঞ্জরমগে ?

বৃন্দা য়ারে থোকঅসি।

সোভা অরুবা লৈত্রদি অয়েকপাসি লোইশিনবীবা পামজৈদা !

খোমৈ থোঙজিন্দা মীগী অশোয়বা ঙাইরীদুবু কনানো? *(নোকমিন্নে)* অশুক থেঙনা কদোমদগীনো তৌরকইসিবো?

সোভা ড্রামা চেরিটি সো অমখক য়েংঙুবনি। শুম লাকপদা মৈ থানবা উবদুদা হেক চঙঙকপনিদনা।

খোমৈ তান য়াম চারবনিনে। ঐবুসু খরা থিনবীরমদবা য়াদ্রে।

সোভা বৃন্দা হান্না দ্রোপ তৌবীরুবসি। অদুগা হনমীন্নরকপা য়ারেদনা। য়ুম খঙদবা য়াররোইয়ে।

*( নোকমিন্নেঃ কার থৌখি )*

মপা থরোশংবী।

মমা কদায়দা অমুক চত্থোকপিরুবনো ?

মপা তোববান্দা ঙাইহাক ফম্মুবনি। ইচাশিংসি অমত্তা হল্লক্তেনে। ইচাতোম্বীসিবু। নঙনা খঙবা করি লৈগেনে ?

মমা ঐদি করি খঙঙুনি। অঙাং ওইনা ইঙাও ঙাওনা পংলৈ লৈজবদুদা করিমত্তা খল্লুদেদা।

মপা ইস ! ওস্থোক্লা মনীং থুংখিদেদা। মবুংশিংসিনা পূকচেল খোইজেল তিন্ননা মচনসিমক্তং লুহোংবীবদু য়েংনীংঙম্বনি ! ব্রাখল থেল্লিদা ঐগী ইচাসে !

মমা হৌজিকপু থোইবনা ইরাঙ - লাঙদৌরিসিনিনে।

মপা থোইবনা হায়রিদু ঐ ব্রা ওইনা তাদে থরো। মানা লাউনীঙবদো মনীঙ থুংনবা লাউজসনু। পূম্নমক্কী ব্রা তাবা ঙম্বপোৎ নৎত্রেকো।

খোমৈ ইমা।

মমা খোমৈতোন।

খোমৈ ঐ য়ৌরকএ ইমা।

মমা কদায়? উরিব্রা য়েংঙু। পোদোনসি পুশিল্লকউরো ?

খোমৈ য়াবনি ইমা, কেন্দল খরা লৈরকএ। পাউদি য়াম্না কন্না চেল্লকই। কৈদৌবা য়াওগেনে?

মপা নঙ হল্লকপা ফরে। ব্রারী অমত্তা চীক্লা খন্নসি।

খোমৈ — করি মতাঙগীনো বাজি ?

মপা — নচনদু হৌজিক ফাওবা হল্লক্তবা।

খোমৈ — ঐখোয় তোম্বীরো ?

মপা — হোয়নে। ঙসাইদগী থিনবনি মফম খঙদেনে।

খোমৈ — ইমানা কদায়দা চখোকপীরুবা ?

মমা — ইমাসু চত্তবা য়াদবনা থবক অমখক চখোকউরেনে। শুমহাইনা তৌনিদি খঙদেদো।

খোমৈ — ওম্থোক্লা ৱাখল থেনখ্রেদা মসিগী অঙাংসে !

মপা — অং! ইপাসু অতোন-অতাংনি লুহোংবীগে খনবনি। তাল্লকসি ওম্থোক্লা চাখিদ্রেদা।

খোমৈ — অদুগীদি ফীভম য়েংবা হায়দুনি বাজি।

মমা — মচেগী করিনো অঙম্বা খিত্ত লাংবীনবা পি খক খক তাবমখৈ হোৎনরীঙৈ চৈরকসিদা ফরকনিনে মানা তৌরিসে !

থোইবা — ইমা।

মমা — কনানো ! থোইবা ।

থোইবা — কমদৌসি হায়বা ইমা ?

মমা — হান্না অমুক্তা ফমথখোনে ইবুংঙো।

থোইবা — *(শাউনা)* ঐ ফম্বা য়াদ্রি ইমা। ইমাখোয়বু র্কাব খনবীরিগে ?

মপা — ইবুংঙো নঙবু চখোকউবগী করি পাউ লৈগে হান্না অমুক্তা তমখোনে।

থোইবা — পাউ হায়বু তোম্বীদু চেনখ্রে কৈদৌরগে ?

মমা — অদুবু কনাগী ইমুংদনো নঙবু খঙঙকঅব্রা হায়মি ?

থোইবা — নাউরেম লৈকাইদনি ইমা।

মমা — করি ! নাউরেম লৈকাইদা !

থোইবা — হোয়নে, শুৱাইদা মরক মরক্তা গাড়ী মচা অমগা হেরো শাবা অঙাংদুনিনে। মমীংনা বসন্তা হায়ব্রা কৈনো ?

মপা — কনাগী ইমুং-মনুংনোনে ?

থোইবা — মদু হয়েং পাউ হনবা লাকপদা লোইনা খঙঙনি বাজি। অঙাংদু হৌজিক নোংঙান্দ্রি ফাওবগী মনুংদা থিল্লকউ হায়রম্বনি। হৌজিক মা য়ৌরকঅগা ঙাঙনদৌসি করিনো?

মমা — ইচাতোম্বীদি ৱারসু ৱানা লুহোংবীনি।

থোইবা — *(কন্না)* লুহোংবা লুহোংদবগী ৱা নত্তেয়ে ইমা ঐনা হংঙিসে।

মপা — হোয়নে। মদুসু হয়েং পাউ হল্লকঅবা মতুংদা তপ্লা খন্নগদবা ৱাফমনিনে।

থোইবা — হৌজিক-হৌজিক লুপা লীশিং কুম্থা হুরগা পুখ্রিসি কমদৌসিগে হায়বা !

খোমৈ — কনাগী লীশিং কুম্থা ?

| | |
|---|---|
| থোইবা | খোমৈতোন নঙ বাফমসি তান্ত্রিবরা ? |
| খোমৈ | তান্ত্রিয়ে তামো। কনাননো শেল হুখি হায়রিসিবো ? |
| থোইবা | ইমাগা বাজিগনসু ঙসাইদগী তমদবা ? |
| মপা | থোইবা ! |
| থোইবা | *(কন্না)* ঐ ভাব তারে বাজি। ঐগী ৱাফমসি ইমাগা বাজিগনা করিসু লৈতনা খল্লি। ঐবু ৱাখল য়াওদবা অঙাংমচাদৌনা থৌশাবীদ্রবনিনা মতুঙদি ঐবু ফত্তে হায়বীনুকো! |
| খোমৈ | অমুক্তা শাউবীহৈনু তামো। |
| থোইবা | য়ারে খোমৈ। ৱারী তেনশিল্লসি। মসিদি ঐনা থোকপা অমা তৌরগা লোইরে। |
| খোমৈ | অদুবু করিনো খন্নবা য়ারদি খন্ননিদনা। |
| মপা | খন্নবা য়াবা ৱাফম নত্তেদা খোমৈতোন। |
| থোইবা | ঐ বাজিগী অনীংবা লোইনা খঙঙে। হোরেন ঐনা থোকপা তৌবদা কনামত্তা ৱা ঙাঙবা য়ারোইকো। |
| খোমৈ | করিনোনে তামোনা থোকপা তৌবা হায়রিসিবো ? |
| থোইবা | নঙনা কৈশু খঙপোৎ নত্তে, ৱা ঙাঙগনু খোমৈ। |
| খোমৈ | *(কল্লপ)* তোম্বীনা কৈদৌখ্রে হায়বনো ইমা ? |
| মমা | কৈশু তৌদেনা ! |
| থোইবা | তোম্বীনা ঐগী লুপা লিশীং কুন্থ্রা হুবাল্লগা পুখ্রে হায়বসিবু ঐনা নঙোন্দা হাযখিদ্রিবরা খোমৈ? |
| খোমৈ | তামোনা উবীহৌরব্রা হায়রিসে ? |
| থোইবা | করিনো নঙনা অমুক তকখৎলকইসিনা ? |
| খোমৈ | উবীহৌদ্রগদি মদুদি হায়বা য়াম্লা লুবা ৱানিনা ! |
| থোইবা | উহৌবা উহৌদবা ঐনা খঙঙদি য়ারবা নৎত্রো ? |
| খোমৈ | ৱাফমসি ভাবনা শাবা য়াবা ৱা নত্তেদা তামো। |
| থোইবা | হোয়নে। ভাবনা শাব্রা শাদব্রা হায়দু খিত্ত ঙায়রেনে খঙগদবা। মরু কোকথোকঅগা শুনু-য়াইঙং তৈবা মতমদদি মা অচুম্বদু হায়রক্কনিদনা। |
| খোমৈ | তোম্বীদরা হায়রিসে ? |
| থোইবা | হুরানবীদুদা নৎত্রদি কনাদা ওইনি ? |
| মপা | থোইবা ! |
| থোইবা | মসি খন্নবগুমসি বাজি। ঐনা থোকপা তৌজরগে। |
| মপা | ঐদি ঙসাইনা খন্নরগুসি হায়রেনা। অদুগা নঙনা থোকপা তৌবসু য়ারোই। |
| থোইবা | করিনো বাজিনা পাম্বীরিসে ? |
| মপা | নঙনা খরা খন্থবদু ইপানা পাম্মী। ইচাতোম্বীনা নঙগী শেনফম অসি লৌরৌয়নে। |

থোইবা নচা হুরানবীদুগী মীচঙ চঙঙিরো ?

মপা *(কল্লপ)* ঐগী ইচা কনাসু হুরানদে থোইবা ! ঐনা মপা অমা ওইবগী মতীক চাজদ্রবসু ঐগী ইচাশিংদা মতম পুম্নমক্তা হায়দুনতা লাকই ঃ হুরানগনু, কল্লক-মীহৌগনু, মীগী মপোৎ পামগনু! চাদ-থক্তবনা যৌগঙনদুনা শিবা তারবা ফাওবদা মীগী মপোৎতি হুরাল্লমগনু হায়দব্রনে ঐবো ইচাশিংদা ?

থোইবা কান্নদে বাজি, ঐগী শেনফমসিদি -

মপা *(মরক থৎনা)* ঐনা অমুক্কসু হন্না হায়রি থোইবা, ঐগী ইচা কনাসু হুরানদে। হুরানবা য়াওরগসু হুরানগনু। ব্রাহ্মেসিমদি ঐনা সংসারসিদা ঐগী লৈবা পাঙ্গল অমত্তা থাক্তনা লাউরি, *(কন্না)* ঐগী ইচা কনাসু হুরানদে। ঐগী ইচা অমত্তা হুরানবা য়াওদে ! *(জ্ঞান মাঙথরকই)* কদায় ঐগী হুরানবা ইচা ! *(স্বর শাংনা)*

মমা *(পাখৎনা)* মোয় বাজি ! *(কল্লপ)* মোয় বাজি।

খোমৈ বাজি কৈদৌরে ইমা, বাজি, বাজি -

মমা ঈশিং খিত্তা পুরকউ ইবুংঙো ! মোয় বাজি -

খোমৈ সে ইমা। ঈশিং লৈরে। বাজি !

মমা তপ্না, তপ্না থারকউ! অমুক্তা কৌরুখিনু।

মপা *(ব্রানা)* হা ! *(স্বর শাংনা হোন্থে)*

*তাঙ্কক লোইবগী যন্ত্র সঙ্গীত*

# তরুকশুবা তাক্কক

সোভা  য়েংঙু বৃন্দা, মাগী ষ্টুদিওসি ঙসিদি থোঙ হাংদ্রে।

বৃন্দা  ও, মহাক ঙসি লাকত্রবা !

সোভা  মচননুপী লুহোংবগী ৱা তান্নরম্মনি। মথৌদা পুক্লীং য়াম্না চঙবনি। করি অরুবা লৈরবনো খঙদে। ঙাইহাক্তা ওইরবসু লাক্কদ্রা খল্লম্বনি।

বৃন্দা  অদুদি ! ঐখোয়গী অয়েকপা লাইদুদি ঙসিসু লোইদ্রেনে !

সোভা  য়েকত্রবনিনা লোয়দ্রেদনা। অদুদি নঙগী ডোক্টরদা হায়দু চথোকউরসিরা?

বৃন্দা  য়ারে চৎলসি । *(কার থৌখি)* অরুবা লৈরমগনি চিংনরগা ঙাইহাক্তুং য়ৌরুবনা ফব্রা?

সোভা  কদায়দবো ?

বৃন্দা  নঙগী মরূপকীদবু হায়বা।

সোভা  নঙনা মদু হায়রক্কনি হায়বসি ঐ ঙসাইনা খঙঙবনি।

বৃন্দা  ইচম চম্না য়ূমসু খঙনীংইদনা।

সোভা  খঙনীঙগনি ঐ খঙঙে। ডোক্টরগীদা চৎত্রবসু য়াই। লাইয়েকপা মরূপতুদি উন্নদবা য়াদে নৎত্রা ?

বৃন্দা  নঙগী ৱাহংদুবু করিনো ?

সোভা  নঙগী ৱাখলদুগী ৱানি ।

বৃন্দা  নঙগী ৱাখলদি নত্তবা ?

সোভা  য়ারে। থৌ তাকপিবা মায়কৈদুনি ঐনা ড্রাইভর ওইনা থৌজরিসে। য়াম্না ৱারৌরদ্রা?

বৃন্দা  অঙাং মচা মাল্লক্কনুদা। নঙমক্না পূকচেল মল্লগদি ঐনা নহাক্কী গাড়ীদা তোংলিবসিমক অউবা কনানা পূকচেল শেংনা খনবীরমগনি ?

সোভা  ফরে ফরে। ফাগী তৌরুবা ঐনা ইকাইজবা হায়দুনি।

বৃন্দা  ঐ খঙই, নহাক্কীদু ফাগী নঙে। শেংদবা পুক্লীংদা লৈবা চিংনবনি।

সোভা  ঐনা চিংনরোইদবসি করিনো? ফাগী পামদবা বৃন্দানা অশেংবা পুক্লীংগী ৱাবু ফোঙদোকপীব্রনে?

বৃন্দা  ও! মদুদি ডোক্টর চৎপা খোঙচৎকী ৱাহং মানশিল্লক্লে।

সোভা  নঙ -ঐদা ঙায়রবা মতমসিদা ঐখোয় অনীগী ৱারী শাবসিবু করি কায়গেনে?

বৃন্দা মদু আদা পাৎ মপান্দা হংবীগদবনি। মীয়াম্না চৎনরিবা লম্বীসি খরা ব্যবহার থমসি।

সোভা মদু য়াম্না পূকচেল শেংবী নুপী অমগী ব্রাঙাং নত্তে। নুংশিবা হায়বসিমক পূকচেল শেংনা উবা ঙমদ্রগদি নুংশিবগী মগুণদি সমাজসিদা হস্থরক্কনি।

বৃন্দা সোভা!

সোভা অদোমগী ড্রাইভরদা তাকপীনীংবদু তাকপীয়ু। থোঙ্গালদুদি ঐ খঙজে। য়ৌরবা কা দা হেক্তা খামজগে।

বৃন্দা শাউরব্রো?

সোভা অদুম্না করেম্নবীবসু ফত্তেদা।

বৃন্দা ঐনা লাঞ্জরগে।

সোভা নঙদি লান্দেনা। নুংশিবা ঙমদবা মহাক্কী মফমদদি তাথিবসু ঙম্বা হৌনশানি।

বৃন্দা নঙনা ঐবু তাথিরোইকো।

সোভা ওন্ন-তৈননা লৌগনবা মীসু অদুম লৈদা। য়ৌরে থোঙ্গালসিনি। লেঙশিনবীবা য়ারনি।

বৃন্দা ও! সিরা? অদুদি চঙশিল্লসিদনা।

সোভা মীয়াম চৎনবিবা থোঙ্গালনি। চঙমিন্নবদু মীনা উরগা ফজদেদা।

বৃন্দা হৌজিক্তা খঙঙকইবোইরে!

সোভা খঙঙগা কৈদৌবৈ চঙমিন্নসি হায়রিবা ?

বৃন্দা ঐ শুম লৈরম্মগে চঙবীরুরো।

সোভা ফনি ঐ কৌথোকচরক্কে। *(ঙাইহাক শরক শি)* ইমা।

মমা হাইমা! ইবুংঙো কাখৎলকউ য়াইনে। সিদা হেক্তো ফমসিসে।

সোভা য়াজরে ইমা। পাবুংখোয়দি?

মমা নঙ পাবুংদো ঙরাং নহান্দগী হকচাং নুংঙাইতে হায়না ফমুংদা হিপ্পিয়ে। খোমৈতোন।

খোমৈ *(ইমুংদগী)* করি হায়গে ইমা?

মমা ইচা সোভা লাকই থোরকউদনা। *(সোভাদা)* ওস্তোকপা থবক অমা থোক্তনা ইমাখোয় মথা য়াম শারেদা।

সোভা ঐসু তাজরে ইমা। করিনো হৌজিক্তা হৌগৎলিব্রা তৌরিসিবো ?

খোমৈ মথা শারেদা, ষ্টুদিওকা চৎলুবা ঙমদ্রে ঙসিদি।

মমা ইচাশা ব্রারী শাউকো। ইমা চা লোল্লক্কে।

সোভা লোনবীরুবনুদা ইমা! ঐখোয় অথুবা অমখক লৈরে।

মমা থুবা য়াররোই চা থকখিদৌনি।

খোমৈ ঐসু নখোযরোমদা চথোরক্কে খল্লম্বনি।

সোভা অদুনি। উন্ননীংলবদি ফমুংদগী হেন্দোকওইদৌনি। মরাইনা লাকচনি কৈনো?

খোমৈ    মথা শাবা থবক অমখক থোকএনে ভায়।

সোভা    কৈদৌবৈ শাদোইবা? থোঙ্গালদা কনানো অমখক লৈহৌবনি অমুক্তা কৌশিনবীরুচোসে।

খোমৈ    বৃন্দারো ?

সোভা    অদুদি থোকঅগা হংঙুরোদনা। ইচন তোম্বীদু ইমুংদা লৈবা নৎত্রো?

খোমৈ    *(তল্লপ)* লৈবনি ভায়।

সোভা    মাদুম অমুক্তা মচিন হংগেনে।

খোমৈ    হেক্তা চঙশিনবীয়ু য়াই কৈদৌগে।

সোভা    অদো অমদো।

খোমৈ    হোয় খঙঙেবা।

*(ঙাইহাক শরক শি)*

সোভা    পাউ তাবদগী নচিন হংবা লাকইনিনে। নশানা য়ারবা নৎত্রো ?

তোম্বী    *(নোকফেৎ)* খঙদেদা তামো !

সোভা    হে শেংনা খুম্মুহে ! য়াদ্রগদি অমদু থানা য়ৌদোইনি।

তোম্বী    ঐদুম য়ৌব্রা খঙদ্রি তামো।

সোভা    ইচনদি কৈদৌবৈ য়ৌদোইবা?

তোম্বী    তামোগী পৈশা মাঙই হায়ব্রা কৈনো। অদুদা ঐবু চিংনৈ সিনিদনা। ঙরাং অহীংদগী পঙঙাংদা ঙাঙনৈ।

সোভা    ওইরোই পারোইদবা অদুগুম্বা ৱাদু তম্মক্কনু তানীংদে তোম্বী। ঙাঙনীংবা ঙাঙসনু, চৈনীংবা চৈজসনু। ঐখোয়না লাল্লুদ্রগা লোইরে ইচনসিদি।

তোম্বী    কৈগুবুদি খন্দেদা তামো।

মমা    ইবুংঙো চা থকসি। খোমৈদি থোঙ্গাল্লোমদা থোকখিমাল্লে।

সোভা    অং। চঙঙকত্রিবা ইমা ?

মমা    ইমা য়েংঙুখিগে। *(থোকখি)*

তোম্বী    চা থকপীয়ু তামো।

সোভা    অং খরা শারি। অদু ৱা শমজিনসি। করিনো অপাম্বা অমা হায়রোদনা।

তোম্বী    থোইদোকপা লৈতেদা তামো। লুহোংবীদৌসু মান্দে। হোঙবীয়ু হায়গেসু খন্দেদা।

সোভা    কবিগী হোঙদনি। ইচনগী করি ৱাৎতনা; ঐখোয় খ্বাই লৈরিসিদি ! য়াম চাউনা হোঙদৌরিপোৎনি ।

তোম্বী    চাদু চিনী ৱাৎপ্রা তামো ?

সোভা    য়াম্না থুম্মে। ইমানা ওন্থোক্রা পীথক্লীংনা লোল্লকখ্রপোৎনি। অদুদি ! কোন্না অমুক লাকঅগেনে।

তোম্বী    ফবে তামো। ঐ সুম লৈজহৌরগে।

সোভা    লৈহৌবো লৈহৌরো। করিমত্তা খল্লুনু ইচনসিদি।

খোমৈ থোকঅদ্রো ?

সোভা য়ারেনে। আই ! অমদুদি ?

খোমৈ থোকঅসি ভায়।

সোভা ইমাখোয়দি ?

খোমৈ অশোমদা তামোনা কৌখিবনি। য়ারে থোকঅসি।

সোভা চঙঙকউ য়াদ্রিরো ?

খোমৈ চঙঙকউ য়াদবা নত্তে; ঙাইখো য়াদে, চৎপ্রেনে।

সোভা কৈনোনে হায়রিসিবো ?

খোমৈ য়াদে রিক্সো অমদা চৎখ্রে হায়রানি ভায়।

সোভা নঙগা থেংনহৌবা নৎত্রনে ?

খোমৈ থেংনৈয়ে। য়ূম খঙবা নুংঙাইরে, চৎলগে হায়না শিখাং খাঙবমখৈ য়াদবৈ রানিসে।

সোভা চৎপ্রদি ফরে কৈনো।

খোমৈ করি হায়রুরগেনে ?

সোভা এহ ! মায় রাবু। কান্নরা নত্তে ভায়, য়ৌখ্রগে।

খোমৈ ফরেনে অদুদি। ঐ সুম লৈহৌরে।

চাউবী খোমৈতোন।

খোমৈ য়ৌরকপদা ঙাইরিব্রা ইচে ?

চাউবী হৌজিক য়ৌবকইসিনি। ঙরাং অদুম খাইদোক্লরে হায়বা ?

খোমৈ অং ! ঐ রা ঙাঙনীংদেদা ইচে।

চাউবী ইচে লোইনা উইদা ইবুংঙো। মাবু ইমূংদা লৈবা নৎত্রো ?

খোমৈ লৈবনি ঙাঙভুরনু ইচে। হৌজিক রারকউদনা করিবু কান্নরুগবনো ?

চাউবী তোম্বী। ইমা-বাজিগী য়ূম্ফমসি নঙ-ঐগী পি তাফম অদুম ওইহৌবা তারেনেকো ? নঙনা ইচেবু নুংশি, ঐগী খল্লি হায়দি কদায় ? ঐগী পুন্সিসি নঙ উরবা নৎত্রো ? কৈদৌই ইচেবু নোংমতসু নোকহল্লুনা ?

তোম্বী ইচে ! *(কপ্পি)*

মমা *(মপান্দগী)* থোইবা নঙ অমুক্তা ঙাইখো।

থোইবা কদায়দা লৈখ্রে মদুই অঙাংদো ? তোম্বী লৈব্রা ইচে ?

চাউবী লৈয়ে। করিনো নঙনা ইফিং-ফিংইসিবো থোইবা ?

থোইবা ঐ রা হংগে তোম্বী। নঙনা ঐগী কাদগী পুখিবা শেনফমসি কনাদা শিন্নরম্মী ? য়ামশেংনা খুম্মু। *(কন্না)* শেংনা খুমদ্রগদিনে নঙ ঙসি মথোঙ চারোই।

খোমৈ রাফমসি তামো -

থোইবা *(মরক থৎনা)* খোমৈ নঙ ঙাইখোবা !

মমা নঙগী বাজিসু হকচাং নুংঙাইতে। ঈংনা-তপ্পা অমুক্তা খন্নসিবা থোইবা।

থোইবা ৱাসি য়াম্না ঙাঙনগুমসি ইমা। ঐনা তোম্বীদা হংইসে তোম্বীনা অমুক্তা খুমসনু কৈদৌরগে? *(কল্লপ)* তোম্বী নঙোন্দনি ঐনা হংঙিসে !

তোম্বী ঐদি কৈশু খঙদেয়ে তামোচৌ !

থোইবা *(কন্না)* খঙদে হায়বদি কৈনো ? নঙ ঐগী শেলদু কদায়দা থম্মুগে হায়বনে ঐনা হংঙিসে।

তোম্বী ঐদি লৌদে হায়বনে তামোচৌ !

থোইবা করি লৌদবা চিম্থিবী। নঙ হিংগনি খল্লিব্রো ?

মপা *থোইবা !*

থোইবা মসিগী হুরানবীসি মরু কোকথোক্কে।

ময়াম *(খাম্মী)* অমুক্তা ঙাইখোনে থোইবা।

থোইবা *(মশম পায়)* মরু কোকথোকঅগা শুনু-য়াইঙং তৈদৌনি।

তোম্বী অস ! তামোচৌ ! শমসি অমুক্তা থাদোকপীয়ু।

মমা ইমাগী ইচাতোম্বী !

মচে থোইবা নঙবু অমুক্তা ঙাইখোনে, থোইবা।

থোইবা শেংনা খুম্মুনহে তৌঙম্বী হুরানবী নঙবো !

তোম্বী তামোচৌ! শম থাদোকও তামোচৌ ! *(কপ্পী)*

খোমৈ তামোচৌ !

মপা থোইবা নঙ হেনমল্লেকো !

থোইবা সি নুংঙাইব্রা য়েংঙুসে, নশমসি খুবাম অমা ফোইরে।

মপা *(কন্না)* থোইবা !

তোম্বী *(কপ্লা)* য়ারে তামোচৌ ! করিমত্তা থাকপীরনু।

মমা ইস ! ঐদি মাঙঙেদনা তৌরিসিদি !

মপা নখোয় তুমিন্না অমুক্তা লৈখো! ইচাতোম্বী, কপকনু। *(তোম্বী হিক্লা হিক্লা কপ্পী)* কদায়, নতৈমা কৌরকউ খোমৈতোন। য়াম্না থুনা লাক্কদবনি। অমুক্তা ফমথখোনে ইচা চাউবী। *(ময়াম তুমীন লৈনৈ)*

তোম্বী ঐ খঙই। ঐ অঙাংনি, নুপী ওইনা পোক্লবা মপোক্লী। ঐগী ইথক থোংবা ইচে অমদি ইবুংশিংগী মফমদা নাউথি শাজরকই। অৱাংপা অমত্তং লৈবদা ওইনজরকই। চানীংবা মিতাজবা অমত্তং হেক লৈবগা লোইবা নাইদনা ৱাকচরকই। মদু হেক পীবীদ্রিবা ফাওবা ইবুংশিংগী মখূৎ য়ান্নজরকপা মচনদুনি ঐ ! ইবুংশিংনা চেনবদা কোইতান তান্নবা ফংনবা ফনেক কৌনা শেৎলগা কোইচেল চেন্দুনা লাক্ল ফানা শান্নরম্বী নচনদুনি ঐ। অদুবু ঙসিদি ঐ ! পম্খে অমা লাল্লে। ইবুংশিংগী ঙকশম কোল্লবা শগোল তোংবী শান্নবগী মতম লোইরে খঙ্গদুনা। ইকোক খুমদুনা ইকাইনা লোৎচবী ঐবু! শম ফোয়দুনা মীমাঙদা থোকহনবীবা অসিমক্তি নচনতোম্বীগী পুক্লীং করম্না থেমজিনবীগনি। বাজিনা শেংনা বিচার তৌবীয়ু।

মপা নখোয় শুরেদনা! লৈকায় মমাঙদা ফজদে। ইপা হংগে নখোয় অমম্মমতা ওইনা শেংনা খুম্মুকো। করিগুম্বা শেংদনা খুম্বা য়াওরক্লবা! ইচা তোম্বীনা শিম্থখিবা

পিরাংদো নথক্তা তাবা ওইয়ু! থোইবা, নঙ হান্না ঙাঙনীংঙমগনি। ইপাসু খঙনীংই। নঙগী শেনফম অমা হায়রিবসিবু কনাদগীনো শেংনা হায়ু।

থোইবা ঐ শেংনা লীজগে বাজি। হন্দকসি ঐখোয় ওফিসকী পিওন অনীখক হাপ্লী। অসিগুম্বা থবক মচা-মশু খরসিদি ইথক থোংবা মন্ত্রি নৎত্রগা ওফিসারশিংনা ঐগী অমা থিজরকউ হায়বনচিংবা নুংশিবীবা কয়া লৈ। হন্দক্কীসিদা ঐনা আ মমাঙ লৈকায়গী ইপন গৌরসিংহগী মচানুপা অতোনবদু হাপ্লীবনি। মদুগীদমক ইপনদুনা লুপা লীশিং কুন্থ্রাসি থিল্লকপা। শেলফমসি ঐগী তেবল মথক্তা থমম্মগা ঐনা ইপনসি থোঙ্গাল ফাওবদং থিন্দোকউরগা হঞ্জিল্লকপদা হেক্তা লৈরমদবগী ৱানি।

মপা মদু নঙনা তোম্বীনা লৌবনি হায়বসিনা কমদৌবা? অশেং-অশেংবদুদি লোৎশিন্নবা য়াদ্রে। হৌজিক ঈং-তপ্পা খন্নরিঙৈসিদা মসি লৈখাই তাসিকো ইচাশা। হায়যু হায়যু।

থোইবা পৈশাসি থিল্লকত্রিঙৈ পুঙমুক্কী মমাঙদা তোম্বীনা ঐঙোন্দা লুপা চহুম পীয়ু হায়দুনা ঙংঙম্মী। শেলদু ঐ পীখিদে। মসিদা মানা ঐবু ৱারৌখি হায়বসি ঐ খঙই। মদুগী মতুংদা শেলসি হেক্তা মাঙবগা তোম্বীসু অদুম মাঙঙে; শুৱাইদা লৈত্রে থিবা অদুম ফংদ্রে; তোম্বী চেল্লম্মে। মসিদবু বাজি-

মপা *(মরক থৎনা)* য়ারে থোইবা, ইপা ভাব তারে। ইপাগীসে চিংনবগী হংবনি হায়নসু খনগনু। ইমুং-মনুং ঙাক্তনি। মীতোপসু অমত্তা য়াওদেদনা ? অদুনা ইপানা মথংদা হংগে খল্লিসিনা নক্লনা লৈবনিনা ইমৌনা করি খঙবা উবা লৈবগে হায়বদো শেংনা অমুক্তা তম্মু।

মমা অশেংবদু হায়দোকউ গুনি। করিমত্তা খল্লুনু ইচাসিদি।

গুনি বাজিগা ইমাগনা তাকপীরবনিনা অশেংবদু ঐ হায়দোকচগে। ইপুরোইবনা মমাঙদা শেঞ্জা-থুমজাগী থবক খরদা চৈন্নে হায়বসি ফোঙদোকপীখ্রে। মসি মহাক্কী সহধর্ম্মীনি অমা ওইনা খ্বাইদগী পামজদবা লোনচৎনি। ঐনা ঐগী ইপুরোইবদা কয়ারক হন্না হায়জে, অসিগুম্বা হুমাংমলগা মরী লৈনদবা পাপকী শেলফমসিনা ইয়ুম মন্দির শাগুমসি। ইচা শেমগুমসি হায়না।

থোইবা নঙগী ৱাদু কোইথোকমনখ্রে শমজিল্লু গুনি।

চাউবী ঙাঙনীংবমখৈ নখৌ পোংনা ঙাঙভু ইবেম্মা।

মপা *(কল্লপ)* ওথ্োকপনিদকো ইচাশা! অশুক ফজনা খন্নরিসি থুগায়রগে হায়ৱো ? অহন অমা ফম্মী হায়বগী বব্যাহারসু থমদে। মখা তাউ ইবেম্মা।

গুনি ঐগী ৱাফমসিদা ৱাবা য়াওবীরগসু ঙসিদি খরা খাঙবীবা তারে। ঐখোয়দি পুক্নীংগী হনবা নাইদ্রবা থৌনা অমগা লোয়নননা থেংনগে খন্না থোরক্লবনি, থেংনবা হৌরবনি। মসিদা নুপীনি হায়দুনা ঐখোয়না নীংহন্নদুনা মায় লৈগদবা করিসু লৈতে।

মমা খুবাকতুম খুন্নীংই ইমৌগী ৱাসিদি। হায়ু হায়ু-

গুনি ঐগী ইপুরোইবনা তৌরিবা মওংসি ইথন্তনা চুমথোকচবা ঙমদদুনা ঐনা ইমাদা ৱাকৎচৈ। মদুদা ইমানা তাঞ্জা চাবা মতমদা ফাসি তাকপীখি। মদুদা ঐনা শেনফম অসিনা তেবল মথক্তা লৈরিঙৈ মতমদা ইমাদা তাকখি।

থোইবা ও-বদমাশ নঙনা ওইরে! *(চেনশিন্দুনা খুপাক্লা থাই)*

ময়াম *(খাম্না নংহৌদে)* করিনো তৌরিসিবো অমুক্তা ঙাইখো।

গুনি অস! অমুকসু হন্না থাবীয়ু। মদুনবু মায় পাকপা শক্লবদি অমুক্তা হন্না থাবীয়ুসে।

মপা *(খাঙডমদনা)* থোইবা নঙবু করম তৌসিগেনে ইবুংঙো।

থোইবা ঐ খঙঙে বাজি। পূন্নমকসে থোইচৎ-ব্রাংচৎনবী ঐগী নুপীসিনা থোকহনবা ঙাক্তনি।

গুনি শীবিরিবা ইরালদু হরাওনা য়াজরি। ফংজরিবা অসিগুম্বা চৈনা অসিসু লীশিং লীশিং ফংজবা লাইনীংনি। অদুবু মরাল লৈজদ্রবী চমজরবী তোম্বীদা পীবীখিবা ইকাইবা অদুদি করম্না শেংদোকপীগদগে?

থোইবা পূন্নমকসিগী দায়ত্বসে নঙনে!

গুনি খম্থবীগদবা মীশক্তুবু কনানো?

মপা ব্রারীসি লোইদ্রি, অমুক্তা ঙাইখোনে ইচাশা। হৌজিকপু শেনফমসি কনাগী মফমদা লৈরবগে?

থোইবা ইমানা পায়শিল্লেদনা। গুনিনা ঙসাইনা হায়খ্রে, শেনফমদু তেবল মথক্তা লৈরিঙৈদা ইমাদা শিন্নখ্রে। ইমাসু য়াওরিয়ে।

মপা থরোশংবী!

মমা শেলফমদু গুনিনা ঐঙোন্দা শিন্নবা নত্তে। মাদি মদু হঙ্গোইজবনা মখুৎনা শোকচবা নত্তে। মানা ঐবু কৌবদুসু লৌতুনবা নত্তে; শেন্দু তুমীন্না পুখ্রো হায়বসু লৈতে। নচা ব্রারকউ তাকপনি হায়না লৌই। থোইবা ঐগী ইচানি, ঐসে মমানি। মমানা মচাগী য়াইফনবা করিগুম্বা খরা তৌফম থোকপা লাক্লগদি কনাদসু তান্নরমদবা য়াই হায়বসি ঐগী থাজবনি। গুনিনা হায়রিবসি চুম্মী, শেলফমদু ঐনা পুই।

মপা কদায়, অদুদি ব্রাফমসি লোইশিনবা অমা নাইসি। শেলফমদু হৌজিক পুথোরকওদনা।

মমা থোইবা নঙ শেলফমদুগী খল্লুরনুদা। ইমানা মফম চানা শীজিন্নখ্রে।

থোইবা করিনোনে ইমানা হায়রিদুবো?

মপা ব্রাসি নুংঙাইখিদ্রেদা থরোশংবী!

মমা মখোয় বাজিসু অমুক্তা ঙাইবীখো, ইমা ইচা অমুক্তা ঙাঙনখিগে।

থোইবা ঙাঙনবগা য়ারোইয়ে পুথোরকও ইমা।

খোমৈ ইমানা শীজিন্নখ্রিসিবু কদায়দনো?

মমা অং ব্রাহং অদুনি ইমানা ঙাইরিবসে। ইমা য়াম্না শম্না খুমগে; শেলফমদো ইমানা মপুদা পীথোকখ্রে!

থোইবা করি হায়বা ইমা!

গুনি *(চেনশিল্লকুনা)* নখোঙ শোক্লা খুরুমজরি ইমা! নঙনা জয় ওইরে। অচুম্বনা মায় পাক্লে ইমা!

মমা হৌগৎলু গুনি, নঙসু মমানিনে। মমা ওইবীগী গুণনা লৈতেংবী ইমৌ গুনিলৈমনি। ঙসিদি ইমা পেল্লে।

থোইবা অমুক্তা ঙাইবীখোদা ইমা। ইমানা হায়রিসিবু শেলফমদু ইপন গৌরসিংহদা হ্
দাকখ্রে সিরো?

মমা মপুদা হন্দোকপ্লে হায়বনে। শেলফমদুদি নঙগীসু নত্তে; ইতে ইবুংঙো গৌরসিংহগীসু নত্তে।

থোইবা অদুদি কনাদা পীখ্রিবা। মপু হায়রিবু কনানো?

মমা ৱারীদু ইমা লীরগে। ইতে ইবুংঙো গৌরসিংহনা শেলফমদু থমম্মগা নঙনা থোঙ্গাল ফাওবা থিন্দোকখিবদু ইমানা উহৌই। গুনিনা তাক্লরবা তুংদা ঐনা শেলফমদু পুরগা ইমুং ফাওবা চঙঙমদনা ইতে ইবুংঙোদুগী য়ুমদা রিক্লো তোংঙগা চৎলি। শেলফমদু ইতে ইবুংঙো গৌরসিংহগী ওইরমদ্রে; ইখ্োল মচেৎ অমা য়োম্হোক্লগা পীবা শেলফম ওইরম্মে। নুমিৎতুমক্তদা ইখ্োলদু হন্দোকচরে। শেলফমদুসু মপু য়ৌখ্রে। অঙাংদুসু থবক ফংজরে হায়বা তারে। লোইনমক্কী অফবা হায়দুবু সি নৎত্রনে থোইবা?

থোইবা মদু ওইবা শুকয়া য়ারোই ইমা।

মমা য়ারোই হায়সিবু করিনো?

থোইবা য়ারোই হায়দি শেলদু ঐঙোন্দা পীরক্তবা য়ারোই হায়বা!

মমা নঙগীসু নত্তনা! শেলদুদি মপু য়ৌখ্রে।

থোইবা মদু য়াম নুংঙাইরোইদা ইমা!

মমা অতৈদি খঙদে ইমাদি য়াম্না নুংঙাইরে।

থোইবা *(কন্না)* ইমা!

মমা *(ঈংথনা)* কেদৌরে থোইবা! মিংগৌদুবু অদুম্না কৌনব্রনে? করিনো মীৎতু ঈ কাবমখৈ য়েংইবদি?

থোইবা ঐ! ঙসিনে...

মমা শীংজঙ পুথোরকউ তোম্বী, নবুংদা শিন্নৌ। নঙ ইমাদা খূৎ থাবা ঙমগনি নৎত্রা? করিগী নমায় লৈথোক্লি? পকচৈ নমীৎতু শংত্রিক য়েংঙুনে নঙবু পোকপী নমা ঐঙোন্দা!

থোইবা ফৈ! ঐ হৌজিকমক ইপন গৌরসিংহগীদা চৎকনি।

মপা অমুক্তা ঙাইখো থোইবা।

মমা চৎখিসনু খাম্বীরন্নু। থানা কৌরুগেরা, খবরদা ফোঙদোক্লেরা, করিনো মানা ঙম্বা মতীক য়েংসি। কল্লক মিহৌবনা তোল্ল-তারবশিংগী ঈ শুম্মগা মহাকখক্তা নুংঙাইনা হিংগনি খল্লিবা মহা পাপীসে ঐগী ইচানিনে।

মপা থরোশংবী!

মযাম ইমা!

মমা মাগী ঈরেমখাক্লা শাবা মনাওদা, মচনদা খূৎ থাবা ঙম্বা! নুপীগী থম্মোয়বু খাঙবা ঙমহন্দনা ওৎপা! মপা ওইরিবা শোল্লবা থম্মোয়সিবু লাক্লবা! মমা ওইবীগী থম্মোয়বু পুক্লীং নুংশিনা কপহনবা! মচা ওইবগী করি ধর্ম্মনো সিবো? মহাক

পোক্লস্বনা মরম ওইদুনা সংসারসিদা মী ওইনা অমুক হন্না পোক্লীংদ্রে ঐদি!

ময়াম ইমা!

খোমৈ য়ারে ইমা! ঙাইহাক্তা পোখানবা তৌসি।

মমা ইমা পোখারোই। ইমা পোখারক্তবা কুইরে, ইমাগী লাইবক্লনি। ইমা পোখাবা হৈররোই খোমৈ!

খোমৈ ইমা!

মমা ইমা! কয়াদা নুংশিখ্রবা মিংগৌনো? অদুবু মিংগৌ অদুগী মতীক চাবা পাউখুমদি ইমানা পীবা ঙমদ্রি। ইচাশিংগী মফমদা চপ মান্ননা ফীজেৎ-ফীথুং য়েনবীবা ঙমদ্রি। নখোয় পূম্নমকপু ইচা ওইনা উবা ফংজবদা ইমানা কয়াম নুংঙাই! অদুগা নখোয়না মীমান্নবা ঙমদবগী পিদি ইমানা ঙসিসু কংহনবা ঙমদ্রি। ঙমগদবসু মান্দ্রেনে! মতম লৈশিল্লক্তে!

মপা অমুক্তা ঈংনা পোখাখোনে নঙবো।

চাউবী ফমুংদা অমুক্তা তপ্না হিপথবীয়ু ইমা!

মমা কদায়! ইমৌ গুনিলৈমদি?

গুনি ঐ চৎতেয়ে ইমা। অমুক্তা ঈংনা পোখাবীয়ু।

খোমৈ থোঙ্গাল্লোমদা অহল খরা চঙলকপা উই, বাজি।

মপা করি! কনা লাকই হায়বা!

খোমৈ অহল খরা লাকইয়ে বাজি।

চাউবী পাউ হনবা লাকপা ওইরমগনি বাজি।

মপা ইহে! ঐদি ব্রাখল অমা তৌরুরেদনা।

চাউবী ফকসি মপান্দা অমুক্তা পুথোকসি গুনি।

গুনি য়ানি ইনম্মা, ঐ থাজরুগে।

চাউবী *(তপ্না)* ইমা!

মমা *(শোম্থাংননা)* হাউনে! অশুক কুইবসে। ইচা পোকপগী নুংঙাইবা আশাদনিনে ইমানা খাঙঙকপা! ঙসিদি ঐ, ইচা পোকপগী অব্রাবা খঙঙে! *(স্বর শাংন* থোইবদি?

চাউবী মাদি ইমা-

মমা ও! *(শোম্থাংননা)* হল্লকত্রিবরা?

*তাঙ্কক লোইবগী যন্ত্র সঙ্গীত*

# তরেৎশুবা তাঙ্কক

বৃন্দা ঐবু কৌথোবক্লিবা করিগীনো?

সোভা নঙ ঐ অশুম্না ঙাইহাক ফম্মীন্নবা। অদুগুম্বা ৱাহংদো হংলক্তনবা! লাকমিন্নরগা করিগী তাক্লমদনা হল্লিবা?

বৃন্দা ঐনা ডোক্তবগী মনাক্তা খরা চৎপীযু হাযজবদা খোমৈনা য়াবীরবা। ঈ চাংয়েংগী ফলদু পুবগা মানা ডোক্তরগা উন্নবীরুরে।

সোভা অদুবু ঐগা চৎসি হায়নবা নৎত্রনে? নঙনা ঐঙোন্দা থল্লিবা থাজবসি করিনো?

বৃন্দা নঙ ঐঙোন্দা ৱাবৌদুনতা লৈবা মাল্লি।

সোভা ৱারৌদে। অদুবু নঙনা ঐঙোন্দা অৱাবা অমদি পীবগুম ফাওবক্লে।

বৃন্দা কবিগী? ঐনবু কবি হায়খ্রগেনে?

সোভা ৱাহং হংলগনু বৃন্দা।

বৃন্দা নঙ ঙসিদি ঐঙোন্দা কবিগুম্বা অমা হাযগদবা মাল্লি।

সোভা নহাক্লসু শোযদনা তাবীগদবা মাল্লি।

বৃন্দা যাম্না শম্না হাযগেরা?

সোভা শিদগী হেন্না শম্নীংঙাই লৈত্রে। ঐ, যূম পান্দবা য়াদ্রে বৃন্দা। নঙসু খঙইদনা ইমা শোনজিল্লক্লে। করিগুম্বদা ইমানা খঙহৌদনা লৈখিদবা থোক্লবদি ঐ পূন্সি চুপ্পা নীংবা কায়বা মীশক অমা ওইরগনি বৃন্দা। অতৈদি ঐ কৈশু খন্দেদা। ইমাগীদমক ঐ থোইদোক্লা ৱায়। ৱাফমসি ঐ ইতিং তিংনা, লৈশি-লৈথোল অমত্তা য়াওদনা ফোঙদোক্লবনি বৃন্দা। নঙনসু ঐগীদমক খন্থবীরি হায়বসি ঐগী থাজবনি। নহাক্লা যাবীরবদি - নঙ ঐ ...

বৃন্দা কৈদৌববা?

সোভা পূন্না হিংমিন্নবা পাম্মী। *(ঙাইহাক শবক শি)* বৃন্দা!

বৃন্দা ঙাইহাক্তং ফমহৌখিগদ্রা?

সোভা ঙাইহাক্তং ফমখিসিদনা? য়েংঙু, তাবমদাইগী স্নঙ্কপ্পা মচুসে নিপালনি পানবগী থাজনা ঙাইবী। কায়নবা থুংনবা অনীগী উন্নফমদা মঙলানগা আশাগা তত্তনা লৈপূন শেম্লী। দৃশ্যসি ঙাইহাক্তং লাংতক্লা যেংমিন্নসি। মসিবু উবগা নঙগী সিতারগী পূক্লীংদো নুংওল্লোইদ্রা?

বৃন্দা শোযদনা নুংওনগনি। ঙাইহাক্তসু তপথবা ঙল্লোই। নোংমা ঐ ঈশৈ অমা শক্লে।

সোভা নঙ ঐগী ৱাহংগী পাউখুম পীখ্রবরা? ৱাহং অমা হংখ্রে।

বৃন্দা ঐ নোংমা ঈশৈ অমা শক্কে। ব্রাহং হংলিবা নঙগী পূল্লীং অতিয়াসি ফজে। ঐগী সিতারনা পাউখুম পীবা ঙমগনি থাজদে।

সোভা অশুম্না ঙাঙনবসি ওষ্লোক্লা হায়চৎনদ্রা? ঐদি বৃন্দাগী অশেংবদু খঙবা পাম্বনি।

বৃন্দা অদুবু করিগী হায়রীবনো?

সোভা ঐনা নঙবু শেংনা নুংশিজবা।

বৃন্দা মদুমকসু ব্রাহৈনা ফোঙদোকপীদবনা ফজে খল্লি।

সোভা শেংনা ফোঙদোকচবা ব্রাহৈদা খম্বীদ্রবদি ব্রাহৈগী চন্নফমবু কদায়দনো?

বৃন্দা সোভা!

সোভা হায়বীয়ু। নঙগী পাউখুমদো ঐ ব্রানা ঙাইরী।

বৃন্দা পাউখুমসি পীদবদা নহাক য়াম্না ব্রানা হিংগদ্রা?

সোভা মদুগী অর্থদি?

বৃন্দা নঙগী ব্রাহংসে য়াম্না ফজে। কনাগুম্বী অমগী মফমদা হংলগদি শোয়দনা পাউখুম ফংগনি। ঐদি! নহাকপু অমুক পম্থহন্নীংদ্রে।

সোভা মদুনা লোইরব্রা? মখাদি?

বৃন্দা নুমিৎ তাখ্রে। ঐ লৈজহৌরগে।

সোভা বৃন্দা।

বৃন্দা নহাক্লা বৃন্দাবু ঙাকপিয়ু সোভা। করিগুম্বদা বৃন্দানা নহাক্কী পুল্লীংবু শোকহনবা থোক্লবদি; মরাল লৈরবী বৃন্দাবু ঙাকপীয়ু।

সোভা ঐ চৎলগে।

বৃন্দা ফরে, ঐ ঙাইহাক্তং চীক্লা ফমহৌখিগে। *(গাড়ী থৌখি)*

সোভা *(মথন্তা)* বৃন্দাগী ব্রাখলসিবু করিনো? খোমৈতোন্না মহাক্কীদমক ডোক্তর চৎলি হায়বা! মদুবু মখোয় অনী চৎমিন্নরমগদ্রা? খোমৈনদি ঐঙোন্দা নমথাক তৌরোইনা! ঐ মঙোন্দা করি লানখিবা লৈ? লানখিদেনা। বৃন্দাগী মফমদু ঐ লানখিদ্রগসু মীনাঐঙোন্দা লানবদি ওইথোক্লা?

খোমৈ হাই! সোভা! এ এ সোভা!

সোভা *(মথন্তা)* কনানো? অং খোমৈ! *(গাড়ী খাম্মী)*

খোমৈ কনাগী ব্রাখলদনো ঐবু হন্না ফাওবা য়েংবীরমদবসিবো?

সোভা হৌজিকপু কদোমদনো?

খোমৈ য়ারে চৎমিন্নরসি; য়ূমলোমদা হল্লবনে।

সোভা চৎমিন্নদবসু য়াইদা।

খোমৈ অতৈ করি থবক লৈগেনে?

সোভা লৈতে। অদুবু ঙসিদি তোঙান-তোঙান চৎনরসি।

খোমৈ কৈদৌরগে নঙবো, হেল্লোই ওক্লরক্লব্রো?

সোভা নঙ নোংমা ডোক্তরদা চৎলুব্রা?

খোমৈ ডোক্তরদা! ও ও - চৎলুই।

সোভা অদুগা ঐঙোন্দদি হায়দোক্তবা !

খোমৈ হৌজিক হায়রীসিনি কৈদৌরগে; চপ মান্নদ্রো ?

সোভা মান্নবা মান্নদবা য়েংবা তারেদনা!

খোমৈ ঐ ! ব্রারী খরসু শানীংবা লৈবনিনে।

সোভা য়াগনি। ব্রারক্লবা মতমদা হেক্তা নীশিংবীরকউ।

খোমৈ *(ঙক্লা)* সোভা !

সোভা ঐ চৎলে ! *(গাড়ী থৌখি)*

*(মরক্তী যন্ত্র ঈশৈ)*

মপা পোদোনদু মৈরী খরা চাউহল্লু থরোশংবী।

মমা য়ানি য়ানি ঐ শেমগে।

মপা খোমৈতোন্দুবু হল্লক্কনি হায়রম্বনিদা।

মমা মাবুদি হল্লক্কনিদা। চাউবীদু ময়ূম থাদোকপা য়ারম্মরোইনে। ঐনবুদি ঙাইহাক্তা ওইরবসু লাক্তবা য়াদে হায়খিবনি।

মপা থোইবদি?

মমা হনজিল্লক্ত্রিমালে। গুনিদি লাকঅনি।

মপা থোইবদুবু মী খৎনরমগদবা মানগ্রেদা।

মমা খৎনববসু কৈসু কান্নররোইদা। মখোয়না খুমগদবা ব্রাফমদু ঐনা লোইনা শিন্নরম্মবনি।

চাউবী *(চঙলকুনা)* ইমা।

মমা চাউবীরা ? চঙলকউ, চঙলকউ।

মপা ইচা লাকপা নুঙাইরেদা।

চাউবী মখোয়বু করি হায়রমগে বাজি?

মপা নুপামচাদু মথন্তা পোকপা ওইরমালে। মখোয়গীদি চাউনা লুহোংনীংই সিনিদনা।

মমা য়াম্না ইনাক-কৈরাক খূনবা ইমূংনি হায়নৈনে।

চাউবী বাজিনবু করি খুম্বীব্রগে?

মপা ইচাশিংগা অমুক্তা তান্নখিগে, য়ূমজকৈশা নুমিত্তা লৈখাই তান্নরসি হায়খিবনি। লুহোংবদি হোঙবা তারগসু চাউবদি ঙম্মোইদা। পামসু পামদে।

গুনি *(চঙলকই)* ইনম্মসু লাকঅম্মেদনা ?

চাউবী অং য়ৌরকপদা ঙায়রী। থোইবদুবু শাউবা ফরব্রো?

গুনি হঞ্জিল্লকহৌদ্রি। হেক য়ৌরকপগা ব্রা অমত্তা ঈং-তপ্পা খন্নবা য়ারোইদৌনি। ফনা য়াম্নসু ঙাঙনৈ, করিমত্তসু কান্নদেদা ইনম্মা।

চাউবী নবু জ্ঞান তারবদি তোম্বীগী লুহোংবসি কনামত্তা মাথা শাহন্দবা য়াবনি।

মমা মানবু খন্থবীরদি করিসু ৱানিঙাই লৈতেসে। ইমূং-মনুং মনা-মনিন নাইহল্লিসে মানা ভাব তাদবদগী থোকইবা ঙাক্তনি।

মপা ঙাইখোদা নঙসু!

মমা তু, ঐনবু হায়রকঅদি মোয়-বাজি খুম্মকঅদৌনি।

মপা নুংঙাইখিদ্রেদা থরো!

মমা ঐনা হেন্না নুংঙাইতেসে।

মপা নঙ নুংঙাইতে খঙইনে। অদুবু খন্নগদবা ৱাফমসি হান্না অমুক্তা খন্নখিসি হায়বা।

থোইবা *(চঙলকই)* বাজি।

মপা এ! থোইবসু লাকএদনা ; অদুদি হেক্তা খন্নবা হৌসি।

থোইবা খন্নবা হায়সি বাজি, ইমানা শেনফমদু থিল্লুই হায়বসি চুম্মে। মদু অমুক হন্না পীয়ু হায়দুনা কন্না তক্লবনি, করিমত্তা কান্নদ্রে। থবকতুসু হাপখ্রবনিনা তোকহনসু ঙমদ্রে। ঐনা য়াম্না শাউনা ধমকা তৌদুনা ঙাঙঙুবদা থবক ফংলিবা মচা-নুপাদুনা মায়সিদা কিন্না থিল্লকপদগী পোম্মীবসি য়েংবীয়ু। ঐ ৱাখলসি আ য়ৌরে। শিনীংবা হায়দু য়ৌরে বাজি। শেনফমদু ইমানা চৎলগা লৌবীরুবনা চুমগনি।

মমা মদুগী ৱাদি ঐখোয় খন্নদ্রে থোইবা' হৌজিক খন্নদৌরিবা ৱাফমসি নচন নুপী লুহোংবগী মতাংদনি।

থোইবা লুহোংবগী খন্নবদুমা ঐ য়াওরোই। শেনফমদুমা ইমানা লৌবীরুদবা নুংঙাইরোই।

চাউবী করিনো থোইবা নঙনা ঙাঙইদুবো?

থোইবা ৱাফমসিগী মতাঙদা ইচেখোয় ৱা ঙাঙবীনুদা।

চাউবী তোম্বীগী ৱাফমনিনে খন্নদোইসে ইবুংঙো।

থোইবা খন্নৌনা। অদুগা ঐগী শেনফমদুদি লৌরুদবা য়ারোইয়ে।

মমা মদুবু নঙগী শেনফমনি হায়রিসিবু; নঙসিদি ওন্থোক্লা ইকায়দেদকো থোইবা!

থোইবা ইমানিনে ঐনা য়াম্না ঙকইদি ! মীগী শেনবু হেক্তা লৌথোকঅগা ইমানা কুশি-রাশি তৌবা য়াব্রো?

মমা য়াবা য়াদবা তৌখ্রে, লোইখ্রে, খন্নরগুমসি। খন্নরসু শেনদু নঙগী নত্তবনিনা নঙনা ফংবা য়াররোইয়ে ইবুংঙো !

থোইবা *(কন্না)* কয়ারকনো ইমানা শুমহায়না হুরানদোইসে ?

মমা করি, হুরানবা ?

থোইবা ইমাবু হুরানদে খল্লিব্রো?

মমা কনানো হুরাল্লিসিবো?

থোইবা ইমানে! ইমানিনে ঐগী শেন হুরাল্লিসে!

খোমৈ করিনোনে তামোনা কোইরাও লাওরিদুবো ?

থোইবা নঙসু হেক য়ৌরকপগা খৎনবা হৌই ইবুংঙো!

খোমৈ তামোনা ঙাঙইদু তাবা য়াদ্রে হায়ৱানি।

থোইবা হুরানববু হুরানবা হায়বনি কৈদৌরগে?

মপা অমুক্তা ঙাইখোনে নখোয়বো!

চাউবী ঐদি য়ুম থাদোকঅম্মী চৎলগে বাজি। অসিগুম্বা ৱাঙাঙ-শঙাঙসি তাবসু ৱায়দা!

মপা চৎখিবা য়াদ্রি ঙাইখোনে।

চাউবী ঐ চৎলগেদা বাজি।

মপা করিনোনে ঐগী ইচাশিংসিবো?

মমা চৎখিহেনু চাউবী। হৌজিক হুরানবী নমা ফারেদনা। মীমাঙদা পুথোএদনা সে।

চাউবী *(কল্লপ)* কনানো হুরাল্লিসিবো? মদু হান্না অমুক্তা খঙদোকখিসে।

থোইবা মদুনি ঐনা পাম্মিসে ইচে।

চাউবী অদুদি হায়রোদনা করিগীনো নঙনা মীগী শেল লৌরুরিদি?

থোইবা মীগী শেল লৌবা হায়দি কৈনো?

চাউবী মীগী শেল হায়দি নঙগী নত্তবদো। নঙনা মীঙোন্দা থবক হাপ্পীগে হায়দুনা লৌরুবা শেনদো।

থোইবা অদুদি কৈশু কায়দেনা। ময়াম লোইনা তৌনরিসিদি?

চাউবী ও! ময়াম হুরান্নে হায়দুনা নঙসু হুরাল্লুবনিদনা!

থোইবা *(কন্না)* ঐদি হুরানদেয়ে ইচে।

চাউবী অদুবু নঙনা হায়রগা হেক্তা য়ারদ্রো?

থোইবা ঐনা কবম হায়না হুরানবা ওইদোইনো?

খোমৈ তামোনা শেঞ্জা-থুমজা তৌইদনা; শেঞ্জা থুমজাসিবু হুরানবা নত্তে হায়না খনবীব্রো?

থোইবা ঐগী ইখা থাবা অঙাংনা ইথক্তা ৱা ঙাঙবসি খাঙবা ৱাখ্রেদা।

খোমৈ এ! ইমাদা হুরানবী হায়বা ঙল্লবা তামোনা মদুদি ফাওবীবোইরে।

থোইবা হুরাল্লদি হুরাল্লি হায়বা তাবনি খোমৈ।

খোমৈ অদুদি তামোসু হুরানবনি হায়দুনা লাউথোকপিরোদনা।

থোইবা ঐগী শেন মাঙবগী ৱাফমনি খন্নরিসে। মসিদা চেন্নরিদি ইমাগা গুনিগনি। হৌজিক শেনফম অসি অমুক হন্না ফংনবা খন্নবদা কান্নদবা অতৈ ৱা পুশিল্লকপগী দরকার লৈতে।

গুনি খন্নরিবসিদা কান্নদবা ৱাদি অমত্তসু য়াওদে। করিগুম্বা ৱাফম অমনা ৱাথোক ওইরকপা তারগদি ৱাফম অদুগী হৌরকফম থিবা তাবনি। হৌজিক শেনফম অদুগী হৌরকফম থিবা মতমদা শেংনা হুরাল্লিবসি ঐগী ইপুরোইবনি হায়বা ময়েক শেংলে।

থোইবা নঙগা ইমাগনা তৌরিবা নমথাক্তিদি?

গুনি ঐখোয়না তৌখিবা নমথাক্তি নহাক্কী নমথাক অদুবুনি। শেঞ্জা থুমজাসি অচৌবা হুরানবগী থৌওংনি হায়বা তাকপনি। মসি মতুংদা অমুক তৌবীদনবা হোৎনজবনি।

থোইবা করিনো ঐনা হুরাল্লিসিবো? শেঞ্জা-থুমজাবু করম্না হুরানবা ওইদৌরিনো?

গুনি শেঙ্গা-থুমজাবু অফবনি হায়না লৌবীব্রা? সমাজনা মসিগী মায়োক্তা হৌরক্লিবসি মসি ফত্তে হায়বা তাকপনি। খ্বাইদগী শেংনা তৌগদবা থর্বাক্তে থবক হাপ্পা হায়বর্সিনি। থবক হাপ্পা হায়বর্সিদি পূজানি, ধর্ম্মান, পুন্সি অমদা উৎপা ব্যবহারনি, সমাজ অসি মাঙলোমদা পুখিনবা দায়ত্ব অমা খুৎশিন্নবনি। পুম্নমকসি খন্দনা মশাগী পূজাদা ঙাওরবা, মীয়ামগী ব্রাখল চেনবা ঈ মবীক অমত্তসু মহাক্কী খম্ভবা ঙম্নবা কোক্তা চেন্দ্রবা, সমাজ অসিগী চূক্লি পায়রিবা মীওই থরখক্তনা চখবিবা মহাপাপকী যৌওংনি শেঙ্গা-থুমজা। মসিদি মৃখুৎতবা য়াদ্রবনি।

থোইবা নঙনা হায়দৌদু লোইরব্রা?

গুনি হুরানবা মশক খঙবীরব্রা ?

থোইবা ব্রাহৈনা হুরানবা থৈদোকপা য়ানি খল্লিব্রো?

গুনি নশাগী নরাল কনাদসু থংজিনবা য়াবোই। নশাগী নরালদা মীৎ তাঙজরগা অতোপ্পদা দোষ তৌবা হায়বসিদি খম্ভবা ব্রাৎপা মীগী হৌনশানি।

থোইবা *(কন্না)* নঙনা হায়রিসি করিনো গুনিলৈমা?

গুনি *(কন্না)* ঐনা হায়রিসি অচুম্বদুনি। করপসন হায়বসে থবক হুরানবনি। অফ-ফত্ত খঙদনা থবক তৌবনি। মীগী মরন-মথুম মৎপনি। সমাজসিদা ইফোং-ফোংনা নুংশিনদবা শাগৎপনি।

থোইবা *(কন্না)* গুনিলৈমা।

গুনি ঐঙোন্দা লাউবনা কান্নরোই, মীয়াম সমাজদা হংবীয়ু! শেঙ্গা-থুমজানা হারবা লৈবাকসিগী প্রজা অমদা হেক্তা হংবীয়ু। নহাক হুরানবনি হায়বসে শোয়দনা পাউখুম ফংবীগনি।

থোইবা হেরা নঙনসু ঐঙোন্দা। বদমাসসিদি! *(খুবাক্তা থাই)*

ময়াম থোইবা !

গুনি থাবিয়ু, মায়সিদা মফম-মরাং খঙদনা পেন্দ্রিফাওবা ফুবীয়ু। অদুবু, খঙবীয়ু হায়জরিবসিদি অচুম্বনি।

থোইবা অশুক থোইচৎনবী নুপীসিবু *(হন্না হন্না থাই)* নুংঙাইব্রা য়েংঙুসে, সে ফরব্রা য়েংঙুসে...

ময়াম অমুক্তা ঙাইখোনে থোইবা নঙবো।

খোমৈ মদু য়ৌশিল্লকঅদি নুংঙাইররোইদা তামো।

থোইবা নখোয় কনামত্তা ব্রা ঙাঙগনু।

মপা থোইবা!

থোইবা বাজিসু ঙসাইমখৈদি তুমীন লৈবদাই?

মপা হোয়নে ইপা তুমীন লৈনে। নুপীদু মীনি। মখোয়সু মনীং-তম্না ঙাঙবগী অধিকার লৈনে।

থোইবা অধিকারনি হায়দুনবু থক-খা খঙদনা পঙাঙদা ঙাঙবা য়াব্রো ?

মপা চহীচা কয়া নমথদুনা থম্বীরকঅবনি। মশাগী মাঙখ্রবা হক অদু কঞ্জনবা অনৌবা

পাঙ্গল চঙই। অচুম্বদুদি অকিবা লৈতনা খরা হেন্না কন্নদুম ঙাঙহন্নীংইনে ইপাদি।

থোইবা বাজিনা ঙাঙহন্নীংবদু ঙাঙবদগী খুবাক চারে, ফরে কৈদৌরগে!

মপা নঙগী খুবাক্তুদা নত্তে। শেঞ্জা-থুমজাগী মায়য়োক্তা অচুম্বা পাম্বা মীয়াম্না হৌরক্লিবসিদি করিগুম্বা শক্তি অমত্তনা থিংঙুবা ঙম্মোইনে। গুনিদা চৈনা করিসু ফাওরোইনে।

থোইবা মথোঙ চাদবা অহনগা ব্রারী শাবা হৌনদে।

চাউবী বাজিবুরনে নঙনা হায়রীদুবো থোইবা ?

থোইবা নৎত্রবদি কনাবু ওইরুনি?

চাউবী ব্রা ঙাঙবদা খরসু য়েংবা ফৈকো ইবুংঙো!

থোইবা মথোঙ চাদববু চাদে হায়বনি কৈদৌরগে!

মমা থোইবা!

মপা হায়জসনুদা থরো! অসিগুম্বা ব্রাঙাঙসিবু করম্বা মীনা হায়রক্লদগে লোইনা খঙনবা নৎত্রনে? মথোঙ চাবা ইচা ফংজবা হায়বসিদি অসিগুম্বসি তোয়না তাবা ফংগনি ঐ খঙইনে।

মমা ইবেম্মা নঙবু থেঙঙে হায়দাই; চৎলগেরো?

মপা ঙাইখো ঙাইখো, ইচাতোম্বীগী মতাঙসি অমুক্তা খন্নখিসি।

থোইবা ঐগী ব্রাফমসিদি অদুম চনৈননা তোকঅদ্রা বাজি?

মপা নঙগী ব্রাফম চনৈনদ্রে। হুরানবা কনানো, কনানা থিগৎলগা কনানা ফাবনো হায়বা পুম্নমক ইফোং-ফোংনা খঙনবে। হুরানবদুনা ময়ামদা ঐ লাল্লে, মতুংদা অসিগুম্বা লৈবাক মাঙবা য়াবা থবকসি অমুক হন্না তৌজররোই; হন্দক্কীদি ঙাকপীয়ু হায়জরগা লোইরে।

থোইবা অদু! হুরানবদু কনানো হায়দোকপীরোদনা!

মপা ইহে! অদু অমুক লাউথোকখিবা তারিব্রা! হুরানবদুগী মমিংদিঃ থোইবা!

চাউবী খুবাক্তুম খুসিহে গুনি। *(খুবাক খুয)*

মপা সি আই দিগী মমিংনা গুনি; নমানা থানা ওইনা ফাগৎপা। ময়াম্না বিচার তৌবে; য়াম্না কৃপ্পা খন্নরে। ইপানা বিচারপতি ওইনা রাই হায়দোকএ। ব্রাফমসি লোইরেকো।

মমা অচুম্বা বিচার হায়বু সিনিদনা!

থোইবা য়াম্না নুংঙাইরে। ঙসিদি ঐ ব্রাফম অমা হায়জরমগে। মতম অমদা ঐ ইমুংসিগী মী অমা ওইরম্মগসু হৌজিক্তী তোঙাম্না লৈরবনি। মানা মানা হোৎনজরুবগী মতুংইন্না ঐখোয় ইচিন ইনাওশিংগী মরক্তা পুন্সিগী থাক খেন্নবা খরা লৈ, ঐ খঙই। মদুগী মতুংইন্নসু মীৎয়েং, ব্রাখল খেৎনবা হৌনশানি। ঐদি মহৌশানা হম্ভনা হিংবসি হৈনদে, কনাদগীসু তোম্ভদনা হিংনীংই। অদুনা ঐনা খরা আশা চাউজবনিনা ময়াম্না ঐবু চিংথনবা হোৎনবসিমা তোকপীয়ু। ঐঙোন্দা কবিগুম্বা মখলগী তেঙবাং অমত্তা হংবীরক্লনু। ঐ তুং হন্না য়েংঙকপা ঙম্মরোই।

মমা হান্নবু কবি তৌখিবা লৈগেনে?

থোইবা হান্নসু তৌখিদে মতুংদসু তৌররোই ইমা। কনামত্তা ঐগী য়ূমদা চঙবীরকঅনু।

মপা ইপা ব্রা হায়গে থোইবা। নঙ নথন্তা নুংঙাইনা হিংগনি খল্লিবদো; নথন্তা নুংঙাইনা *হিংবা য়াবকওইনে।*

থোইবা বাজি! হায়জরগা, নিরগা হিংবগী হৈনবীসি থাদোক্লরসি। মসিদা ব্রা য়াম্না ঙাঙবগী দরকার কৈশু লৈতে। ঐ চৎলে।

মপা ভাব তানা ঙাঙনখিসি অমুক্তা ঙাইখোনে থোইবা!

থোইবা *(চৎনা চৎনা)* ঐবু কৌবীরকঅনু বাজি!

মপা ওস্লোকপা অঙাংনিদা মসে!

মমা চৎকে চৎখিসনুদা।

চাউবী মানা তৌরিবা মওংসে ঐ চপচানা খঙই। তোম্বীগী লুহোংবা য়াওরোইদৌগী তৌরিনি।

মমা নঙগীসু করিমত্তা তমদ্রিদনা?

চাউবী ঐগীদি খনবীরুবনু ইমা। ঐ মঙোন্দগী করিমত্তা পামদ্রে। ঐনা শিবা তারবসু ঐ মঙোন্দগী ঈশিং খূয়া অমা ফাওবা থকখ্ররোই।

মপা ঙাইখোদা ইচাশা। ঐখোয়বু মাগা হেক্তা লোইনা মান্নরদ্রনে?

চাউবী ঊনা-ব্রানাগুম্বা শেন খরা পায়রগা মীশিংসি লৈতৃমদৌনা উরে মা। ঐগীদি ঙসি শেংনা হায়জরিসিনি। ঐ ইপামদগী করিমত্তা লৌজরোই। অদুগী শরুক ঐখোয় ময়াম চঙদুনা তোম্বীগী মনীং থুংনবা হোৎনবীসি।

মমা তোম্বীদসু ব্রারৌরুরনু ইবেম্মা। কমদৌনি থোকখ্রদি থোকখ্রেদনা। নঙগীসু কবিনো অঙম্বা খরা পীনবা অদুম খন্নরি।

তোম্বী ইচেনা ঐবু ব্রারৌরে। ঐ অশেংবা ব্রাফম অমত্তং তমজগে। নীংবা থুংদবা কয়া লৈরগসু ইমা-ইপাগী য়ূমসিদা হিংজবা ফংবা সিদগী হেন্না কল্লকউবা করিসু লৈজদে। নুমিৎতুগী অয়ূক্তা তামোচানা ঐগী ওইজৌ হায়দুনা লুপা চনী পীবী। অব্রাৎপগী অব্রাৎপা ঙাক্তা! অপাম্বগী অপাম্বা ঙাক্তা। করি লৈসিগে পূব্রীংদা মওন মওন খনখি। মমৈদা তামোচৌদগী লুপা চনী চহুমদং হাপ্লীয়ু হায়জগে খনখি। নুমিৎতুগী নুমিদাংদা তামোচৌনা ঐঙোন্দা চৈরকখিবা মীচৈদো! ফাথবা ঙমদবা পূব্রীংনা ব্রানা খাঙখি। ইশা ইতোমতা শিজরগে খনখি। ঙাইহাক্তুদা মহাক লাকখি। ঐগী ব্রাখলদু মহাক্লা চিংনবদগী ঐগী পুন্সিবু খাঙুথক্তা মাঙখিগদ্রা খন্দুনা শেন্নখিবনি।

মমা ইস! ইচা শোয়রমগনিদা!

গুনি ঐসু পাউদু তারে! নঙনা থৌরী অমা পায়রগা থোকপদা নুপামচাদুনা থেংনবনি হায়বসি চুম্মেদনা।

খোমৈ করিগী অদু য়ৌনা খল্লুরিবা? ঐ লৈরিবসিদি! করিগুম্বা নঙনা শিরম্লবদি নঙগী তামোচাদি তাইবঙপালসিদা করি ওইরমগনি নঙ খঙব্রা?

মপা অঙাওবীসিদি! অদুবু করি ব্রাখলনো?

তোম্বী ঐনা হৌজিক হায়জনীংবদি ইচেগী অওং-অউন খরা হান্না তমদনা লুহোংবদি ঐ শুকয়া য়াজরোই।

খোমৈ ইমা-ইপাগী মখাদা ঐ লৈরিনে। পূম্নমক কায়দনবা শীনগনিনে।

মপা খঙদে! নচনসে পোলোয়দংদি শেংহন্নীংই।

খোমৈ তোম্বী পোলোয় শেংহনগনি বাজি।

মমা ইচা পোকচমল নুংঙাইবা হায়দো সিনিদনা ইবুংঙো।

খোমৈ ঙসিদি ঐ য়াম্না নুংঙাই ইমা। ইতৈমাগী নুপী ওইবীগী থৌনা, অশেংবা ফিদম থাগৎতবা ঙমদে। ইতৈমা ননাউনা লানথ্রে ঙাকপীয়ু। ইতৈমানা ননাওগীদমক থাবীখিবা লুপা লিশীং অনী ননাওনা থিগৎচদুনা ঙসি ফংজরে। মসি লৌশিনবীয়ু। অদুগা ঐনা মীরমদগী ইতৈমাগীদমক লৈজরকপা ফি অসিমত্তংগা ঙসিদি লৌশিনবীয়ু।

গুনি ইতৈমা লৌরগে খোমৈতোন। অদুগা লুপা লীশিং অনীসিদি নঙগীদমক ইতৈমনা থম্মোয় শেংনা থাখিবনিনে। মসিনা নঙনা লৌশিল্লো, হৌজিক নঙ পৈশা ৱাৎপা য়াদ্রবনিনে।

খোমৈ ননাওনা চিল্লকপা মতমদা ইতৈমদগী অদুম লৌজগে। হৌজিক্তি ইতৈমনা অমুক্তা থমজিনবীখো। অদুগা ঙসিদি ঐ লুপা চহুম ফংঙি। নুংঙাইরবা নুমিৎসিদা মনা ওইনা য়েম্থোক্লীংই। বাজিগী য়াঙ্খ্রে। ইমা সে, লুপা য়াঙ্খ্রে।

মমা করিনোনে ইবুংঙো নঙনা তৌরিসিবো?

খোমৈ নোক্লা নোক্লা হায়যুবা ইমা। ঐ ঙসিমুক নুংঙাইবা নুমীৎ থেংনখিদ্রি। শিরুবা ইচন হল্লকপা নুমিৎনিনে। সে, ইচেগী লুপা য়াঙ্খ্রে, ইতৈমগীসু য়াঙ্খ্রে। চামসিদি তোম্বী নঙ লোইনা লৌজরগেরা। হুং, ঐসু য়াঙ্খ্রেদংদি ফুরিৎখাও শঙহল্লগে। সে, নঙগীসু য়াঙ্খ্রে।

মপা নঙগী তামোগীদি?

খোমৈ হা, তামোগীবো?

মপা হোয়নে, নঙ তামোগীসু থুংদবা য়াব্রো?

খোমৈ অং! অদুনা চুম্মনি! অদুদি সে ইতৈমা! লুপা য়াঙ্খ্রে, ঐখোয় তামোগী!

*তাঙ্কক লোইবগী যন্ত্র সঙ্গীত*

# নিপালশুবা তাঙ্কক

সোভা য়াম্নদি পুক্নীং লূপ্না যেকপিরি। তুবিদু ঙাইহাক্তুং থাদোকপিবা য়াব্রা?

খোমৈ করিগী য়াদনি। ঐসু উন্ননীংঙম্বনি, লাকপিবা য়াম্না নুংঙাইরে।

সোভা ব্বারীসি য়াম্না কোইথোক্লদনা পূকচেল তিংনা শাবা পাম্মী।

খোমৈ মদুমকসু ঐগী অপাম্বনি।

সোভা ঐনা হায়জরিসিগী অর্থদি খঙইকো।

খোমৈ ব্বারীসি মরূপ-মপাং ওইনা শাসিদা । নঙ ঐবু য়াম্না লান্না লৌরমালে সোভা।

সোভা মদুগী মরমদি খঙবীরবা নৎত্রা?

খোমৈ ঐঙোন্দা খনবীরিবসি করিনো? হান্না অমুক্তা হায়বীয়ুনে।

সোভা ঐনা বৃন্দাবু পুন্সিগী ওইনা খঙ্জে হায়বসি নীংশিংবীরমগনি।

খোমৈ মদু ঐ খঙজে; মীকৃপ অমত্তসু কাউবা লৈতে।

সোভা ব্বাফমসিদা ঐ ওইজবা থিরম্বা য়াই। নখোয় অনীগী মরক্ত ঐগী চিংনবা খরা লৈরে।

খোমৈ চিংনফম থোকপনি। মদু ঐ লাল্লি হায়দে।

সোভা মরূপ খোমৈনা বৃন্দাবু খল্লি ; নৎত্রা?

খোমৈ বৃন্দানা ঐবু নুংশিরকপদো ঐনা ব্যবহার তৌই।

সোভা মদুবু মরূপ অমা ওইবগী আদর্শরা?

খোমৈ মরূপ অমা ওইবগী আর্দশ ঐ য়াম্না ব্বাংনা থম্মী।

সোভা খোমৈতোন!

খোমৈ নঙনা ঐঙোন্দা পেন্দ্রিবসিবু করিনো? হায়য়ুনে, ঐবু নঙোন্দা করি কায়শ্রবগে?

সোভা খঙনা খঙনা অদুগুম্বা ব্বাহংদুবু কয়ারক হন্না হংখিগদগে! ঐনা নুংশিজবী মহাক অদুবু নহাক্লা পুন্সিগী ওইনা খনবা! মসিদা মরূপ ওইবগী অর্থ করি লৈরিবগে? মসিদি খম্বুবা ঙমদবা মীগী লোঞ্চ ৎনি হায়নীংই।

খোমৈ হায়নীংবদুদি হায়বা তাবনি। ঐ করিসু ব্বারৌদে সোভা।

সোভা ঙসি ফাওবদা ঐ বৃন্দাগী মফমদা লানখিবা লৈত্রি। ঐ নুংশিববু ঈথক-ঈরাং ওইনা লৌবা মীশক অমসু নত্তে। নুংশিবগী অশেংবা অর্থদা ঐনা মাবু নুংশিজৈ। মহাক্কী হম্বুবা পুন্সিগী উপায় লৈজদবা মতৌদুদনা হেন্না নুংশিখি। অব্রা-নুংঙাই অনীমক্তা ঐ মাগীদমক লেপখি, পুন্সি চুপ্পসু লেপকে খনখি। অদুবু! ঐনা নখোয অনী শকখঙনহল্লবা তুংদা বৃন্দানা ঐবু তপ্না তপ্না লায়থোকপা হৌরকখি। নঙনা মাগীদমক লেপ্পী। অদুগা মহাক্লা নঙগী পূজাদা ঙাওরী।

খোমৈ সোভা!

সোভা য়েংঙু। নঙগী ষ্টুদিওসিগী কাচিন্দা লৈরে মাগী সিতার! মাগী সিতারগী শৈহেক্তা নঙগী তুরিনা পুন্সিগী অনৌবা মচু কয়াগা লোয়ননা অনৌবা মঙলান কয়া শাগৎলি; নৎত্রা? হায়বীয়ু, সিতারসিনা মফমসিদা লৈরম্বগী মরম করিনো?

খোমৈ সোভা, ঐ নঙোন্দা করিসু লোৎলোই খল্লি। হৌজিক হৌজিকমক তশেং তশেংলবা ৱাফম অমা অরোনবা ওইনা থন্নগসু! নোংমদি ঐ নঙোন্দা অখাকপা অমত্তা লৈতনা ফোঙদোক্কনি।

সোভা ফোঙদোক্নবসু য়ারে; ঐনা খঙদবা করিসু লৈতে। ঐদি মীনি। মীওইবা ওইবগী মতৌ পুন্সি চুপ্পা ঙাক্কনি। ঐদি হৌজিকসু থাদোকপা তাবনি। নখোয় অনীগী য়াইফবনা ঐগী লাইনীং ওইরগে।

খোমৈ আদা লাক্লিবসি বৃন্দা নৎত্রা?

সোভা মহাক য়ৌরকপগী মতম খঙবীরমগনি। ঐদি চৎলগে।

খোমৈ ঙাইহাক্তং ফমখিসি কৈদৌরগে?

সোভা মদু বৃন্দানা পাম্মমদবা য়াই। চৎলগে ভায়।

খোমৈ ঙাইখোনে সোভা। ঐসু য়ুমদা হনগদবনি। মহাক লাকপগী ঙাইহাক্তংদি ফমখিসি কৈদৌরগে?

সোভা ঐ কনাদসু অপনবা পীবা পামদ্রে। *(ঙাইহাক সরক সি)*

বৃন্দা চৎলগদ্রা?

সোভা চৎলগে। লৈহৌখিগদবা নৎত্রা?

বৃন্দা অং৷ সিতার ঙাইহাক খোংগে। নঙগী ঈশৈগী ময়েক্তু শুর পানগে ।

সোভা ঈশৈগী ময়েক্তু ইবদি চিত্রকারসিননি। সিতারদুসু মহাক্তা লৈরকপনি। লেঙশিনবীয়ু।

বৃন্দা নহাক্তি চৎলগদবা?

সোভা ঐ চৎলগে বৃন্দা। লৈহৌরো। *( কার থৌখি)*

বৃন্দা সোভা চৎপ্রে।

খোমৈ ঐ খঙই।

বৃন্দা করি হায়রম্মী?

খোমৈ ঐখোয় অনীগী লৈপূনবু থম্মোয় শেংনা পালন তৌগনি হায়রম্মী। ঙাইহাক্তং সিতারদু পায়খৎলু। ঙসিগী থাবল ইপোমসিদা হৌরক্লিবা ঈথক মচাশিংসি মীৎ কুপ্তনা য়েংমিন্নসি লাও।

বৃন্দা ঙসিদি ঐসু ঈশৈ ময়েক অমগী শুর পানগে। ময়েকসি নহাক্কীনি, নৎত্রা?

খোমৈ ও! নোংমা সোভানা পুখিবা ময়েক্তুরা?

বৃন্দা মানি! মহাক্তা পুরকপা নহাক্কী নপাউনি। *( সিতার তপ্পা)*

খোমৈ থাবলসিদা উরিবা। লিরী হুন্বা মালংনা হৌহল্লকপা লুপাগী ঈথক মচাশিংসি য়েংঙু।

বৃন্দা নহাক্কী পূক্লীংদসু, মপান নাইদ্রবা ঈথক-ইপোম মায়য়োক্লরি৷ নৎত্রনে?

খোমৈ ঙসিগী নুমিদাংসে ! অচিকপনা পোত্থাবা লৈতনা কপ্লি।

বৃন্দা ঐগী সিতারনা। নঙগী পুক্লীংগী অচিকপবু থুগায়রী। ঐগী শেহনা অসিগী পান্দম করিনো খঙলব্রা?

খোমৈ খঙই। অদুবু অমুকসু হন্না তানীংই।

বৃন্দা নহাক্লা ঈশৈ অমগী ময়েক; ঐনা মদুগী শুর। ইহাঙ হাঙবা তাইবঙপালগী অচিকপসে; নঙ ঐগী ঈশৈনা নিলহনগনি। *(ঙাইহাক সরক সি)* করি তৌরে তুমীন লৈরবদি?

খোমৈ নঙনা ঐগী তুরিসে মথৌ শঙলে!

বৃন্দা থোংনাউ ৱাংমদা শন্দোকখিবা ঈপাকসিদা তারিবা থাবলগী অহীংসি। অহীংসি অমুক্তা হন্না য়েংঙু।

খোমৈ ঐ নীংশিংলি, ঈথক ইপোমসে; নঙনা ঐগী পুক্লীংগী শক্তমনি হায়খ্রে।

বৃন্দা ঙসিগী অহীংসিমকসু, কবিতা অমনি।

খোমৈ থাবলসি ফজদ্রা?

বৃন্দা হৌখ্রবা থাবলশিংদুসু লোইনা ফজখি ; অদুবু, ঙসিগী অসিনা অমুক্তা হেন্না ফজৈ।

খোমৈ হৌখ্রবা থাবল! নঙ সোভাবু নীংশিংলক্লে।

বৃন্দা অং নীংশিংলি। ঐগী অরোইবা অহীং ফাওবা কাউখিবা লৈরোই। *(ঙক্লা)* শাউরব্রো?

খোমৈ শাউদে ! তুরিগী কল্পনাদি কায়রে। ঙাইহাক্তং পন্থহৌখিদ্রা?

বৃন্দা অং! ঙাইহাক্তং লৈজহৌখিগে।

খোমৈ সো সিদা লৈরে। রিক্সো থারকউরা?

বৃন্দা থোকমিন্নরসিদা। তাবিনিঙাই লৈত্রবা মফমদা সিতারগী ৱাকৎনা কৈদৌনি?

খোমৈ ইমূং-মনুংগী অৱাবা খরদং লৈরী। মসিদং লোইখ্রগদি, ঐগী তুরিনা নঙগী সিতারগী য়ুম্ফমদা, পুক্সি চুপ্পা লেঞ্জগে খল্লি। অহাঙবা নাপলনি খনবীগনু।

বৃন্দা থোকঅসি। সিতারসি থনমখিগে।

খোমৈ অং! তুরি মনাক্তুদা।

*(তেল্লগ্না যন্ত্র ঈশৈ)*

গুনি বাজিনা অমুক্তা লাকউ হায়বনি।

থোইবা অদুগুম্বা পাউ পুরক্কনু। মখোয়গী লুহোংবগী ৱাদু ঐ য়াওরোই চাম্মরক হায়খ্রবনি। ঐখোয় অনীশু ৱারী অমা শাদৌবা লৈবনি।

গুনি করি ৱারীনো?

থোইবা করি ৱারী ওইরুনি ! ঐখোয়নিবু য়ূম পানমিন্নবা য়াদৌরীব্রো?

গুনি করিগী য়াদনি, পাল্লিসি ঙায়দনা।

থোইবা ঐদি কয়া নুংঙাইদৌ মান্দ্রে। মত তিন্নদনা হিংবদি ঐ পামদে। হন্দক নঙনা ঐগী

মায়য়োক্তা অশিঙননা তৌরিবা থবক পূন্নমকসিনা তাকচরবনি। নঙ ঐ মখা তানা লৈমিন্নবা নুংঙাইহৈরোই গুনি।

গুনি মসি য়ৌনদি ঐ খল্লুদেদা। হোয়, মত তিন্নদবা খরা লৈরম্বদি য়াই। মদুদি তান্নরগা লোইনা য়ান্নগদবা ঙাক্তনি খল্লি।

থোইবা মসিদা য়াম্না শাংনা ব্রারী শাবগী দরকার লৈতে গুনি। য়াম্না কন্নসু ঙাঙনগুমসি। নঙ য়ূমসি থাদোক্তুনা চৎখিবা চুমগনি।

গুনি কদায়দা ?

থোইবা কদায়দা ওইরুনি নপামদনিদনা।

গুনি মদুদি ঐগী ব্রাখলনা লেপকদবনি। ঐ মদুগুম্বা ফিরেপ লৌদ্রি।

থোইবা য়াম্নসু ঙক কন্দবা ফৈ। কুইনা ঙাঙনরগা ফরকওইয়ে।

গুনি অদুগা মসিমসু খঙবীয়ু। মপুরোইবগা খজিক্তং হেক নিঙাই শংদানবগা মপামদা হেক্তা হনগনবী নুপীদুদি ঐ নত্তে। মত খরা খেন্নরে হায়দুনা নপামদা হল্লো হায়বসিসু ফজফম লৈতেদা।

থোইবা ঐগীদি অরেপ্পনি গুনি। নঙনা ফনা য়াম্না ফজবা ব্রা হায়রগসু ঐনা তাগদবা নত্তে। অদুগা মপামদা হন্দৌরবী নুপী অমদা তাথী-তাওইনা চৈ-থাংবসু কান্নদে খল্লি। নঙ য়াম্না লেম্না তুমীন চৎখিবনা ফনি।

গুনি মোয়-তামো। ঐখোয়সি মীনি। মরম চানা খরসু ঙাঙনবা ফৈদা।

থোইবা ঐদি ঙাঙননীংদ্রে। নঙনা ঙাঙবসু ঐদি তানীংদবা কুইরবনি। য়াম্না ফজনসি হায়রগদি ঐবু য়াম্না তমথীবসু তাহনগনু।

মমা *(চঙলক্তুনা)* করিনো অমুক ঙাঙনরিসে! থোইবা, নঙ-বাজিনা ঙাইহাক্তা লাও হায়দুদি কৈদৌরবা ?

থোইবা ইমানা ঐগী য়ূমসিদা চঙবীরকইসিনা কবিগীনো?

মমা নঙগী ব্রাসিবু ওম্থোক্লা কনখ্রেদকো ইবুংঙো।

থোইবা কনবা কন্দবা ঐদি চঙবীরকঅনু হায়জখ্রেনা।

মমা নঙগী য়ূমসিবু নঙ-বাজিগী ইখোলদা শাবা নৎত্রনে?

থোইবা ঐগী ইখোল শকক্তা শাজবনিনা।

মমা ইখোল য়েম্থোকত্রি। কনানা য়েম্থোকখ্রবগে?

থোইবা ঐনা ইশানা খঙনা ঐনা অপাম্বদু লৌরে ইমা!

মমা লৈবাকসিবু মানা মানা থোকপা তৌনবা য়াবরনে থোইবা?

থোইবা য়াবা য়াদবা কুশি তৌরেদনা ইমা।

মমা ঐসু কুশি-রাশিনিনে ইচাগী য়ূমদা চঙকইসে।

থোইবা মসি ফাগী নত্তেয়ে ইমা। ঐগী মাযসিদা মীনা কিন্না থিল্লকপগী অপোম্বসি হৌজিকসু হন্থদ্রি। শুনীংদবা ময়ামগী ব্রাকত্তা ঐগী নাকোংসে শীংজা য়েরে। ইকায়বসি খরসু খঙনসি কৈদৌরগে ইমা।

মমা থোইবা! নঙসিবু কমদৌসিগেনে ইবুংঙো ? নত্তে, নঙসিবু মীওইবা মরক্তা মী ওইনা হিংবা হৈরকখিদ্রা হায়বা?

থোইবা *এহ্! দরকার লৈতে ইমা। বাজিনা কৌরীদুস্ লাকওই হায়বীমু। ঐগী পেন্দবা য়াম্না লৈরিয়ে। তোম্বীগী লুহোংবকা ঐ য়াওবৈ ব্রা লৈতে।*

মমা নঙসিদি ওম্থোপনিদা ইবুংঙো। মীগী পুক্রীং নাহন্দ্রদি নঙ লৈবা ঙমদ্রেনে ? নঙনা ফীভম খরা ফরে হায়দুনা মী খুদিংমকসি নঙোন্দগী নিরক্তৌবোইতা নীঙমালেনে!

থোই বা মদুদি শেংঙবনিনে ইমা।

মমা নঙ কনাদা করিদি পীখ্রে ইবুংঙো?

থোইবা করিমতগু পীদে।

মমা অদু খরা পীবীয়ুদনা।

থোইবা পীরোই, কৈদৌবৈ পীদোইবা ?

মমা পিদোন্না হিংলিবা ময়ামসে, নঙবু নুংশিদ্রনে থোইবা ?

থোইবা মদু ঐঙোন্দা অর্থ অমত্তা থোক্তে ইমা।

মমা নঙনা নুংশিবা ঙমদ্রবা মীয়াম অসিগী থম্মোয়নদি, নঙবু নুংশিরমগদ্রা ইবুংঙো?

থোইবা শেন-থুমগী মরীনা মীওইবগী নুংশিনবগী চাং ওনবা, কেশ-নেক্সসকী ব্রাসি ঐ য়াদে ইমা। ব্রা অমত্তংবু হংহৌগে। হৌজিক বাজিগী মিংদা লৈরিবা লৌফমসি ঐখোয় নীঙোল-পিবা পূন্না চপ মান্ননা য়েন্নবীনি হায়সি চুন্না?

মমা অং! নঙ-বাজিনা অদুম্না খনমালে।

থোইবা মদুবু করম্না য়াদৌরিনো ইমা?

মমা লোইনা য়ানি। য়ারোইদৌসে নঙখক্তনি থোইবা।

থোইবা ব্রাফমদু পুথোকহল্লক্তবা ফৈ ইমা।

মমা নঙ লন-থুমগী অপাম-মিহৌদা পূঙঙাও ঙাওরে থোইবা।

থোইবা ইমানা ঐবু খন্নীংবা মওংদা খনবা য়ানি।

মমা ব্রাঙাঙ-শঙাঙ্গসু ব্যবহার মচেৎ অমত্তা য়াওদে। ঐগী হিংলিবা পুন্সি মরেলসিদা অপোকপা নমা ফাওবা হন্থনা য়েংই, নৎত্রা ?

থোইবা ইমা!

মমা ইমা, অদুবু, মিংগৌ অসিগী অর্থদি নঙ খঙদে। ইমানা শিবা তারবদা; ইমাবু অমুক্তদি কল্লু, ইমাগী থব্রায় কল্লু হায়জবদা নঙদি নাকোংদু মেনশিন্দুনা খাঙগনি, নৎত্রা থোইবা! ঙাইখো, করিগী মায় লৈথোক্তুনা চৎলি ?

গুনি বাজিখোয়না ঙাইরম্মনি, চৎসি ইমা।

মমা চৎসি, চৎসি লাও। নঙ-বাজিনা কৈদৌরগে য়েংঙুচো হায়দুনা লাকপনিনে। করিনো মানা নঙোন্দা ঙা ঙম্মিবা ময়ামদুবো ?

গুনি মথোঙ মরম খঙবা ব্রা নত্তেদা ইমা।

*(ঙাইহাক শরক শি)*

মপা  কদায় থোইবদি?

মমা  ঐনা লাকউ-য়ারোই হায়রে। মা য়াওদ্রসু খন্নরসিসে। খোমৈতোনসু য়ৌরকএদনা ?

খোমৈ  মখোয়রোমগী অহল-লমন্না পাম্মিসিবু করিনো বাজি?

মপা  মখোয়গীদি মথন্তা পোকচবনি; য়াম্না চাউনা হোঙনীংই, সিনিদনা। মদুদি ইপানা পামদবা।

মমা  লুহোংবা চাউবদি ঐখোয়সু পামদেদা।

চাউবী  মখোয়না চাউনা হোংনীংই হায়রিসি অতৈ করিসু নত্তে; অউনপোৎ য়াম্না পাম্মী হায়বনি।

গুনি  ইনম্মনা হায়রিসি চুমগনি। নুপা ময়ূমনা লুহোংবা চাউহনসি হায়বসি য়াম্না লাইবক থীবনি। মখোয়না হায়রিবা ৱাফমদু ঐখোয়না থওইনা তারুদ্রগনা ঐখোয়গী নিঙোলনা লৈরুবদা নুংঙাইরোইদৌরিবনি।

খোমৈ  মসিদি হৌদোকপা খরা দরকার লৈদা ইতৈমা। ঐখোয়গী সমাজদসু অউনপোৎকী চৈথেংসি খরমখৈদি লাকপা হৌরবনি। মসি ঐদি অফবা খূদম নত্তে হায়না খল্লি।

চাউবী  কদায়দৈ ফরদগে? মচানুপাগী অউনপোৎ লৌশিন্নবা হোৎনবা, মচা নিঙোলগী অউনপোৎ অমুক লাঙবা, লুহোংনবা হোৎনবদা ইমূং-মনুং খরদি করিমত্তা শুনদ্রেদনা।

গুনি  ইনাক-কৈরাক খূনবা ইমূংনা কার ফাওবা উনবা থেংনরে। পঙকোমদি কোমদবা ইমূং খরনা তলব মচা অমা চাবগী ইজ্জৎ কন্নবা হোৎনবদা স্কুটর ফাওবা য়াওনরে।

খোমৈ  শেম্ফোক লম্বী লৈজদবশিংনা লৌ-ইঙ্খোল য়োল্লগা লুহোংনরে। লৌ ইঙ্খোলদু কায়নীংদ্রগনা মীগী শেঙ্গাও অমগী শেন্দোয় শেল্লেপ্পা খ্বাঙ কোয়বা। পুন্সি চূপ্পা মীৱা মৈশা লাংবা।

মমা  লুরিবনি ইচাশা। লৌ-ইঙ্খোল মচেৎ অমফাওবা লৈজদবা ইমূংগী মচা নিঙোলশিংদি য়ূম পানবা লুরকপগী ফীভম য়ৌরেনে।

গুনি  অশেংবনি ইমা। নুপী পোকপদা হরাওনদ্রিবসি মসিগসু মরী লৈনরিবনি।

মপা  ইচাশিংনা খন্নরিবসি চুমদ্রেদা। নিঙোল পোকপা ঐখোয়দি চান্নদা মিপাইরবনিনে। নহান তোমালগী মচানুপী লুহোংবদু উরুবদা ইপাদি পৃঙঙাও ঙাওরুরেনে। লুহোংবরা মেলারা, চাউখ্রবা শঙ্গোয়দুমা পুংথন-থন্না থম্মিবা, মখল-মথেল পোৎ-চৈ ময়ামদুবু-অউনপোৎ ঙাক্তা ওইরিগদ্রা? ঐ অহীং তুমদমখৈ খল্লিনে।

মমা  অউনপোৎ ঙাক্তনে, ঐসু চৎলিদনা ?

মপা  হোয়নে, নঙসু চৎলিকো।

মমা  উপূদনা মখল তরেৎনি। সোফা, স্কুটর, রিফ্রিজরেটর, গ্যাস, টিভি...। অদু নত্তবা মচামশু ময়াম অমা, ফক্লাং ঘরী, ফিল্টর, ফেন, কোন-লীক, মগ-প্লেট, তোঙান-তোঙানবা লৈতেঙগী পোৎলম কয়া অমা। ফজখ্রবা ফমুং অনীদুদা থারিবা মোম্পাক, হাপ্পিবা কান্থু, খল্লিবা কাঙ্খুল। ফিয়ানখোক, মাইখল ইমাইপেমা, উপুশিংদো

ফিরোলনা পীক-হেক থনবা। ফি অমদবু লুপা লীশিং অহুম হেন্না তাবা য়াওই হায়নে।

গুনি — য়াওরিবনে ইমা। মদুদা উদবা সনা-লুপানা লুপা লীশিং কুনগী মথক্তনি উল্লিবদো?

মমা — অশুন্না শুম তৌনরদি কমদৌনি! ঐখোয়দি কুম্মৈ ওইনা শুম য়েংবা হায়দু তারেনে? ইচাতোম্বীগী লুহোংবসিনা কমদৌবা? অদুবু খন্নসিনে।

মপা — মীঙোন্দা হংদসু নঙবু করি খল্লিগেনে?

মমা — মাগী তম্বীদৌ খরদি হাপ্পীখ্রনিদনা।

মপা — খর হায়সিবু করি করিনো ময়েক শেংঙুনে।

মমা — ফমুং অমা উপু অমা, কোনলিক খরগা, ফিরোল খরগা, অদু মঙায়দা। টি ভি কাদি মঙগুম্বা ব্রানিদা।

মপা — টি ভি হায়দুবু কয়া পীগেনে?

গুনি — কলর টি ভিদি লুপা লীশিং তরাতরুক্তগী তাদ্রে বাজি।

মপা — লীশিং তরাতরুক! অদুদি হায়নরো হায়নরো ঃ তোম্বীগী লুহোংবসি লুপা কয়ানা শীনবা য়াবা?

মমা — লুপা লীশিং তরামুক্না শীল্লগা অদু মঙায়দা।

চাউবী — অদুদি টিভি অমগী মমলফাও য়ৌদ্রে ইমা।

মপা — য়েংঙো য়েংঙো। লীশিং তরাদুনা করি করিদি লাঙবা য়ারবা?

চাউবী — উপু অমগা কাংথোল অমগদা লুপা লীশিং মঙাদি চঙখ্রনি বাজি। হায়রিসি য়াম্না ফবগা নত্তে।

মপা — অং লীশিং মঙা, মথং মথং হায়রকউ তাগেনে।

চাউবী — স্পোঞ্জ মোম্পাক অমদা লুপা লীশিং অমদগীদি তাদ্রে।

মপা — অং! লীশিং তরুক শুরে।

চাউবী — হৌজিক চৎনরিবা মোরেরোমগী শামতুগী কাম্থুসি লুপা লীশিং অমগা চহুমদগীদি তাদ্রে বাজি।

মপা — লীশিং অমা চহুম। অদুনদি লুপা লীশিং তরেৎ চহুম য়ৌরে।

চাউবী — ফজবা কাঞ্জলদা লুপা লীশিং অমগী মথক্তনি।

মপা — কাঞ্জলগা লুপা লীশিং নিপালগা চহুম।

চাউবী — অদুদগী মোন, মোনখুম, মোম্পাকফীদক্তা লুপা চামঙা চাক্রক্তি শোয়দনা চঙগনি।

মপা — লুপা চামাপল। উপুদুদি কমদৌবা, ইহাঙ হাঙবা য়াদৌরিব্রা?

চাউবী — উপু মনুংদুনি য়াম্না লুরিসে বাজি। হান্নসু করিমত্তা লৈবীদবনিনা হৌজিক লোইনা লৈবা তাবদা ফী-রোলদদা লুপা লীশিং তরেৎ নিপালদি চঙদবা য়ারোই বাজি।

মপা — অদুদি নমানা হায়রিবা লুপা লীশিং তরাসিনদি কোন্নদেনে।

চাউবী — লীশিং তরানদি কদায়দৈনোদা বাজি? পুখম-তেঙ্কোৎ, কোল-লীক খরসু হাপ্পীদবদি

য়ারোই। লুপা লীশিং কুন্নসু শিনবা ব্রানি।

মপা লুপা লীশিং কুন লায়রি, তরাদুবু কদায়দগীনো?

খোমৈ অদুবুদি লম্বী লৈনিদা বাজি। থিবা তাবনি।

মপা থিবা হায়সিবু মীঙোন্দগী পুবা নৎত্রো? মদুগী লম্বীনা ইখোল পট্রা; নৎত্রগা সনা, থা খুদিংগী শেন্দোই কয়াম কুইনা পীবা ঙমদৌরিবা? অদুক য়াম্বা শেনফমদুবু কয়াম থুনা শিংদোকপা ঙমগদগে হায়বা?

মমা লুপা লীশিং তরাদুনা শিনবসু ফজবা নৎত্রিনে হায়রিসে।

গুনি লীশিং তরানদি কদায়দৈনোদা ইমা ? মদুদি লুহোংবা মতুংগী মপাম চাক্কৌবফাও চঙগনি।

মপা ও! মপাম চাক্কৌবা হায়বা অমসু লৈরিকো।

মমা লুহোংলগদি চাক্কৌদবসু য়ারোইনে।

চাউবী মসি খঙবদনি থোইবনা ব্রা তান্নবা য়াও য়াদ্রিসে ।

মপা থোইবা য়াওবা য়াওদবা ব্রাফমসি হৌজিকমক লৈখাই তাথোকসি ইচাশা! খোমৈতোন নঙনা নচনগীসি কবি খল্লিবা?

খোমৈ বাজিগা-ইমাগনা তাকপীবদু ঐদি য়াজরে। তৌবদবু ইচননুপীসি অতোন-অতাংনি, পোলোযদংদি শেংহন্নীংই।

চাউবী পোলোয়খক শেংহনবনা য়াবোইনে খোমৈতোন। ইমা বাজিসু যাওরি, ঙসিদি ইচে ব্রারী অমা লীগে। ঐনা য়ুম পান্দ্রিঙৈগী থৌদোকনি। ঐবু নুংশিবগী মীংদা মীওই কয়া চঙলকখি; মমীংশিংদুদি পল্লরোই। মখোয় খুদিংমক মরম অমা নৎত্রগা অমদা ঐবু থাদোক্লম্মী। মরম অদো ইচেগী শক-চুব্রাৎপগী নত্তে, মখোয়না য়াম্না পান্বা অউনপোৎ, ইচেদগী মখোয়না আশা উদে। মখোয়গী অহল-লমন্না ইমা-বাজিগী পুন্সিগী থাক অসিদা মরী-মতা ওইনীংদে। হৌজিকমকসু ইচে অউনপোৎ ফংদবগী চৈথেঙ কোকত্রি।

মপা পুন্নমক্তো ঐসু খঙইনে ইচাশা। কয়াদা তমথীপ্রবা মতমগী ঈচেলনো! অশেংবা নুংশিবগী ব্রাংমদা মীওই খরদি অউনপোৎকী অপাম-মীহৌদা ঙাওচৎ চৎলেনে। ব্রারীসি তেনশিনবা য়াব্রা য়েংসি। হৌজিক নুপামচাদুগী মপা-মমানা হায়রিসি- লুপা লীশিং য়াংখ্রে পীরক্কে, খর চাউনা হোঙনীংই সিনিনে।

মমা লুপা লীশিং য়াংখ্রে পীরক্কে হায়রিবা ?

মপা শেনফমদু তুমীন্না পুরকঅম্মবনিনে। ঐনা য়াদবদগী অমুক হনখিবৈ ব্রানি। ইশেনদু খরা ব্রারৌখিনে।

খোমৈ মদুমক্তি ঐসু পামদেদা বাজি।

মমা মখোযনা মচা-মমৌগী অব্রাৎ-অপা লৈবীনীংবদুদি আ য়ুমদা অদুম লৈবীবা য়াইনা।

গুনি মখোয়না পাম্মিসিদি মীয়াম মমাঙদা সো তৌবদুদি ইমা।

মমা অদুবু নোংমগী ঈরাংদুনা করিবু কান্নদগেনে ?

মপা করি কান্নকনি? অহাঙবা নাপলদা নুঙাইবিবনিদনা!

মমা মসিদি ঐখোয়না লেপ্তোবা অমা লেপসিদা।

খোমৈ মদুনা ফরেদা ইমা।

মপা ঐগী ফিরেপ হায়রগে ইচাশা। ইচাতোম্বীবু তুমগ্রববা?

চাউবী তোম্বী।

তোম্বী হাও ইচে, ঐ তুমদ্রি।

মপা ইচাতোম্বী, ঐগীদি অতোন-অতাংনি। পোলোয়খক্তংদি শেৎহন্নীংই। পোলোয় অরায়মল লুপা চামঙা, চা-নুং, ক্বা-হৈ খবা লাঙবগী লুপা লীশিংমুক অমা, পূন্না লুপা ক্লিশীং অনীদগী হেন্দনা ইচাগী লুহোংবা শিনগনি। লুহোংবগীনি হায়দুনা নুপা ময়ূমদগী পাই অমফাওবা লৌরোই।

চাউবী অউনপোক্তি বাজি?

মপা অউনপোৎ অমত্তা য়াওদনা হোঙগদবনিনে ঐনা হায়বিসে।

চাউবী মদুমক্তি মীনা নোক্লনিদা বাজি।

মপা উপু অমগা কাংথোল অমগা হাপ্লদুদি মীনা নোক্লবোইদ্রা?

গুনি মদুসু অদুম নোক্লনিদা বাজি।

মপা অদুনবু ঙমদবা ঐখোয়দি অউনপোৎকী ব্রাসি তোকঅসি হায়বা। লুহোংবা হায়বসি ধর্ম্মগী থৌরম অদুবুনি। মসিদি অউনপোৎকা মবী লৈনহন্দবা য়াইনা। ঐদি মদু উৎনীংইনে ইচাতোম্বীগী লুহোংবদা।

মমা ইচাতোম্বীনা করি হায়রিবা ?

তোম্বী বাজিনা হায়রিবসি ঐসু পাম্মী ইমা। অউনপোৎনা লুহোংবগী অশেংবা অর্থদু মাঙহল্লিবা থৌওং অসিবু শিঙনবা ওইনা ঐগী লুহোংবদা অউনপোৎ অমত্তা হাপ্লিগনু। ঐ অউনপোৎ পামদে ইমা। ঐবু লৌবীবগীদমক্তা অউনপোৎ চাউনা পীদবা য়াদে হায়রগদি, ঐ লুহোংবা ঙম্লোই।

*তাক্কক লোইবগী যন্ত্র সঙ্গীত*

# মাপনগুবা তাঙ্কক

সোভা করিনো য়েকইসিদি ?

খোমৈ সোভা, লেঙশিনবিরকউ।

সোভা কনাগী থৌজালনো মীয়াম্না ঙাইনরিসিবো?

খোমৈ সেন্টরদগী কাইরকপা শেনফমদুনি। মসি হকথেংননা য়ৌরকপা অচৌ-অশাং, ফম্নাইবা মন্ত্রী, ওফিসার, ঠিকাদারশিংগী ফুরিৎখাওনা মীয়ামগী পুন্সিদা য়ৌহনদ্রিবা শক্তমসি য়েংবীয়ু। উদমক উবা, য়েংদমক য়েংবা, হায়জবদি ঙমদবা মীয়াম অসিবু চাকথুং-ফীথুংদবা তোল্ল-তারবা লাইরবা হায়বদু ওইহল্লে। ইচাই চাইরবা, পুনশিনবগী শক্তি লৈজদ্রবা মীয়াম, খুঙ্গংগী খাঙপোক য়ৌদবা থৌজাল অমা হায়রগদি সেন্টরদগী কাইথরকপা শেনফমসিনি হায়বদু উৎচবনি।

সোভা ফজবা আইদিয়ানি। ঐখোয়গী অয়েকপদুদি লোইরব্রা?

খোমৈ বৃন্দানা পুখ্রদাইনে ?

সোভা পুখিবা হায়বসি পীখিবগা অমত্তনি।

খোমৈ ঙরাং কদায় চখোকউগে? য়ূমদা লৈহৌদেনা।

সোভা ইমানা তস্মে। কৈদৌবা লাক্লম্বনো?

খোমৈ নঙনা অশুক লুহল্লিসি করিগীনো?

সোভা নঙনা অশুক থাদোকপগী ব্রাখল য়াওদ্রিসিবু করিগীনো?

খোমৈ নঙদি করিমত্তা খঙ্গদে।

সোভা নঙদি মরূপ মশক খঙবা মী নত্তে ।

খোমৈ নঙগীদমক খনবদা ঐ ব্রাদবা ঙমদে।

সোভা নঙগী খুরবা মীয়েংসিনা ঐবু থম্মোয় শোকহল্লি। অহীং কয়া তুমহন্দে ।

খোমৈ সোভা-

সোভা মীওইবগী মরীবু অশুক কায়গনবা! খোমৈ, নঙবু ঙাঙশিনবা মায়থোঙ হায়বদু মশক খঙদ্রবরা?

খোমৈ অদুগুম্বা ব্রাহংদু ঐঙোন্দা লীশিংলক হংবীখ্রে খল্লি।

সোভা অদুবু নহাক্কী পাউখুমদি; ঐ য়াম্না ব্রানা ঙাইরি।

খোমৈ ঐগী অরেপ্পা পাউখুম পীখ্রে, নহাক্না নীংশিংদবগী ব্রানি। অমুক্কা হন্না পীগে; থম্মোয়দা য়েকশিনবা ঙমদ্রগদি, সে চে-সিদা কাউদনবা ইশিনবীয়ু।

সোভা য়ারে, ঐ অমুক হন্না কাউররোই।

খোমৈ  সোভা!  নহাক্না বৃন্দাবু নুংশিবগী মতীক ঐনা মহাকপু নুংশি। ঐ  বৃন্দাবু নীংবা কায়হন্নীংদে।

সোভা  মদুরা?

খোমৈ  অং! ঐগী পাউখুমসি কাউবীগনু। ঐবু অমুক হন্না খুমহল্লনু।

সোভা  ঐদি হৌজিক য়াম্না লুরিবনি।

খোমৈ  ঐ খঙই, ইমানসু হায়রকই। নহাক য়ূম পান্দবা য়াদ্রে।

সোভা  বৃন্দা নত্তবা অতোপ্পা কনাগুম্বী অমগা; ঐবু লুহোংহন্নীংব্রা?

খোমৈ  অংঙ্গ! মদু ঐগী অপাম্বনি।

সোভা  ঐগা বৃন্দাগা থুংনবদি?

খোমৈ  মদুদি পামদে।

সোভা  খোমৈতোন!

খোমৈ  ঐনসু বৃন্দাদা কন্না হায়খ্রে। নখোয় অনী থুংনবদি; ঐ পামদে।

সোভা  নখোয় অনী থুংনবদি?

খোমৈ  ঐনা হায়জখ্রে: বৃন্দাবু নীংবা কায়হনগুমসি। মহাক্না অতোপ্পগা পুন্সি লৈপূন শেম্বদি য়াবা ঙম্লোই।

সোভা  ঐদি নঙসি পুংঙক ঙকই!

খোমৈ  নঙগী অব্রাবদা ঐসু শরুক যারী সোভা! এ! য়েংঙু, আ অথাপ্পদা, মহাক সোমদা লাক্লে।

সোভা  ঐ করিগুম্বা অমত্তা হায়জগে।

খোমৈ  ঐ খঙই। নখোয় অনীগী ব্রারীদা ঐ অপনবা পীরোই। ঐ তুমীন্না নাথেদুনা চৎখ্রগে। সোসি পায়শিনবীয়ু।

সোভা  নহাক্তি কদায়দা লৈনি?

খোমৈ  ঐ ঙাইজররোই। য়ূমদা হল্লগে। ঐ চৎলে।

সোভা  ফরে। কোন্না অমুক উন্নরসি। *(ঙাইহাক সরক সি)* ঐদি! করি তৌদুনা লৈসিগে? অং, তুরিসি পায়রগে। *(ঙাইহাক সরক সি)*

*যন্ত্র তেল্লগ্গা*

বৃন্দা  কৈদৌরল্লিবা ?

সোভা  নহাক্তি কৈদৌবা লাক্লিবা?

বৃন্দা  খোমৈদি?

সোভা  ঐনা য়েক্লিবসিনি। ফম্মু।

সোভা  হুং। ঐ ঙসিদি সিতার খোংলরোই, চৎখ্রগে।

সোভা  ঙাইহাক্তা ফম্বীয়ু। মীনা মীবু করিগী অশুক ব্রাহনগদগে?

বৃন্দা  ঐদি করিসু ব্রাদেনা। তাইবঙপালসিদা ঐগীনি হায়না খন্দুনা করিগুম্বা পোৎশক

অমত্তা ঐদি থমদে। ঐ য়াম্না নুংঙাইনা হিংই। নঙদি য়াম্না ৱানা উইনা?

সোভা ঐসু খল্লিবনি। ঐগী অৱাৎপা করিসু লৈতে। ফজরবা য়ুম-কৈ, সনা-লুপা, পূম্ন মক লৈরে। খল্লম্মী, সংসারসিদা ঐমুক নুংঙাইবা মী লৈফম থোক্তে। অদুবু করিগীনো, হিংবসি অশুক হায়চৎনরিসিবো? মসিগী পাউখুমদি নহাক্না পীবা ঙমগনি খল্লি।

বৃন্দা নঙ ঐঙোন্দা ৱাহং হংবা হৌরে।

সোভা নঙনা ঐবু য়াম্না ৱাহল্লি ।

বৃন্দা নঙনা ঐবু থৱায় য়াওদবা লাইথিবীগুম সনা লুপা অরং অরাক কয়ানা লৈতেংনীংলিবা করিগীনো?

সোভা মদুনা নঙনা ঐবু ইম্থোকপগী মরম্না?

বৃন্দা মদুদি লোইখ্রবা ৱানি। ঐ ! নঙগী লুহোংবগী পাউ ঙাইরকপা কুইরে।

সোভা বৃন্দা!

বৃন্দা ঐগীসু ফিরেপ লৌরে।

সোভা কনাগা ?

বৃন্দা চিংনরীদু চুম্মে।

সোভা অদুবু করম্না লৌখিবা ফিরেপ্নো?

বৃন্দা মহাক্না ঐবু নীংবা কায়হনবা পামদে। পুন্সিসি ৱামনখ্রে। মখা তানা অমুক ৱাবা পামদ্রে।

সোভা ঐনা নঙবু নীংবা কায়হনগনি সিরা?

বৃন্দা নহাকপু ৱাহনগনু হায়। নঙনা নীংবা কায়রগদি ঐসু য়াম্না নুংঙাইরোই। নঙ পুন্সিগী থাক অমা য়েংঙোদা !

সোভা বৃন্দা!

বৃন্দা নীংবা কায়বীগনু। নীংবা কায়বা হায়বসি য়াম্না তমথীবা পূক্নীংগী থৌদোকনি। ঐ নঙবু নীংবা কায়হন্নীংদে।

সোভা নঙ ঐ থুংনদবা হাযবসিদগী হেন্না নীংবা কাযনীংঙাই ওইবা কবিসু সংসাবসিদা লৈতে বৃন্দা।

বৃন্দা ঐবুসু নীংবা কায়হনবীনু। ঐগী ফিরেপ লৈরে। নঙগী লুহোংবা মতুংদা। ঐ মহাক্না লুহোংগনি।

সোভা বৃন্দা! মদুরা নঙগী নুংশিবা? ঙসিদি শেংনা হায়বীয়ু। নঙবু শেংনা নুংশিজবা থম্মোয়সে! করম্বা ফীভমদা থম্বীরমগদগে ?

বৃন্দা ঐ নঙবু নীংবা কায়হন্নিংদে। মহাক্না নঙবু নীংবা কায়হনগনু হায়।

সোভা ৱাহৈশিংদো ঐদি মঙ-হাগুম্না থোক্লে বৃন্দা। নঙগী তায়ওন্নবা ফিরেপ অমনা ঐগী পুন্সিগী অতিয়াবু কাং-খোং চাইহনগনি। নহাক নত্তনা ঐগী পুন্সিদি শোয়দনা লৈখা তাগনি বৃন্দা।

বৃন্দা সোভা !

সোভা — অশেংবনি বৃন্দা! পুন্সিদা অৱাবা লীশিং লাকসনু। মতম মতমগী খাঙঙমদবা চৈথেঙ কয়াসু ফংসনু। ঐ নঙগীদমক অখাঙ কন্না মায়োক্লগনি। ঐগী শিংলীসিদা ঈশ্বরীক অমত্তং চেল্লিবা ফাওবদি নঙগীদমক পান্নোম তিংনা লেপকে খল্লি।

বৃন্দা — ঐ চৎলগে।

সোভা — বৃন্দা!

বৃন্দা — ঐ অমুক চৎখ্রগে।

সোভা — চৎলো। অদুবু তায়ওন্নবা ৱাহৈদি অমত্তা হায়বীরমগনু। ঐ ! য়াম্না ৱায়।

বৃন্দা — ঐবু নীংবা কায়হনবীগনু। মহাকপু নীংবা কায়হন্নীংদে।

সোভা — বৃন্দা !

বৃন্দা — ঐ চৎলে।

সোভা — ঐ ইথন্তা ফমহৌখিগে।

*( মরক্কী যন্ত্র তেল্লগ্না)*

থোইবা — *(কার থাম্মী)* ইচে !

চাউবী — থোইবা, নঙনা থৌরকইসিদি কনাগী কারনো ?

থোইবা — ঐগীনি ইচে হন্দক্তা লৌথোকউবনি।

চাউবী — ফম্মুসে। সিদি লুপা কয়া চঙখ্রবা ?

থোইবা — লাক্ষ অহুমলোম চঙইদা ইচে।

চাউবী — অং। লুপা লাক্ষ মঙা হেন্না চঙবা য়ুম শাবা লোইবতা ঙাইরী। গাড়ীসি অশেংবা হুমাংমলনা নত্তে হায়বদুদি মীয়াম্না খঙইনিদকো !

থোইবা — মসিদি ইচে লৈবাক্কী অঙম-অথৌশিংদুনা তাকপা লম্বীনি। লৈবাক মীয়ামগী নুংঙাই-যাইফনবা কাইরকপা শেনফম পুম্নমক অচৌ-অশাংশিংগী ফুরিৎখাওদা লোয়না চঙই। ইচেখোয়গুম্বা লৈত-লাইব পুন্সিদা লুপা অমা ফাওবা য়ৌরক্তে হায়বদি ঐসু খঙইনা ।

চাউবী — কয়াদা লাইবক থীখ্রবা খুশীন-থৌরাংনো? অশুম্না লিৎশাং শিৎনা কয়াম কুইনা চখবা য়াগদগেনে লৈবাকসিবো ?

থোইবা — মসিদি লোইনা উন্নরবা ঙাক্তনি ইচে। লম্বীগী চিদাইদা মখুৎ তিংথোক্লুনা ভিক্ষা নিরিবশিং অসিগী খুবাক মথক্তা পৈশা তরাফাওবা তাবা উদে। লৈবাক্কী অৱাংবা থাক্তা ফল্লিবশিং অসিনা য়েংথরকপদা শেংনা উই ইচে। লাইবক থীরবা খেন্নবগী চৈথেঙ অসি কোকহনগে হায়রবদি; লাইর-অনং, তোল্ল-তারবশিং অসিগী তুং-কোয়না চৎনগদবা লম্বী অমা পীফম থোকই।

চাউবী — নঙসু মদু খঙবা !

থোইবা — খঙই ইচে! অবানবা তৌরিবশিং অদুসু লোইনা খঙই। অদুবু, ইথন্তনদি কৈদৌরুনি? মসি খঙনা খঙনা ঐসু অদুম চখরিসিনি ।

চাউবী — ৱাবীসি য়াম্না নুঙাইরি। চাক চাখ্রসি ইবুংঙো। ঙসিসে ইচেনা লোইনা চাক্কৌরিবনিনে। মরকসিদা ইচানুপা অমখক য়াওবসিসু মশা ঙমদ্রিবনিনে।

থোইবা ঐদি থবক অরুবা খরা লৈরি ইচে। ঙল্লগবুদি অমুক লাকঅসু লাক্কে। ঐ অমুক্তা চৎলুখিগে ইচে।

চাউবী ইহে! নঙগীসিদি ইচেদা কারদু উৎপা লাকই ওইরে।

থোইবা ফীজোলদু মোৎমনখ্রেদা ইচে,অদুগা কৈথেল চৎপা হৌনদে।

চাউবী মীঙোন্দা নোক্লরগা ফংলিবা নুংঙাইবদুদি লৈখা তারবা থম্মোয়গী খূদম্নিকো থোইবা। (*কার থৌখি*)

খোমৈ ইচে!

চাউবী এ খোমৈতোন নঙ লাকপা ফরেদা।

খোমৈ কদায়দা চৎকে তৌরিনো?

চাউবী দুকানদা চৎসিরা খল্লম্বনি। সে, ফকসিদা ফম্মুসে।

খোমৈ ইবায়দি কদায়দা চখোকপ্লবা?

চাউবী নঙগী নবায়গী ব্রানি ঐনা হায়গে খল্লম্মীসে।

খোমৈ কৈদৌরগে?

চাউবী মথোঙ য়াম্না চাদ্রেদা ইবুংঙো। ইচে হল্লকঅসিরা খল্লবনি।

খোমৈ ব্রারসু ব্রানা মতম খরদি য়েংখিসিদা ইচে। কয়াম কুইনবু ঙাওগবনো, খরা লৈরগা মরাইনা হঞ্জরক্কনি।

চাউবী য়ূমসি ইথন্তা পানবা ঙম্লবা হোৎনবদা ইচেদি য়াম্না ব্রায়নে। য়ূমসিসু নোং য়ুবনা লৈবা য়াদ্রে। চরূ খিত্তা কাবক কাবক কূপশিন্নীংবা।

খোমৈ কৈরাক লৈব্রা? ঐ কুপশিল্লমগেনে ইচে।

চাউবী হৈংগদ্রনে? কৈরাকপুদি মনীংদা লৈনে।

খোমৈ অহোবা মপাদু হায়রকউ ইচে। চরূ মপূন অমনীদা চাইখৎসি। নুমীৎ তাদৌসু ঙাইহাক ব্রাৎলিদনা।

চাউবী চরূদু ঐ হুনকৎলকউরা। মপূনবুদি মচা মচা শেম্মবনি।

খোমৈ য়ানি ইচে। ঐ পূল্লপ পুনশিল্লগা কাখৎলগে।

চাউবী ঙসিদি ইচেগীদা চাক চাখ্রদৌনিকো নঙসু।

খোমৈ করিগীনো? য়ূম কুপ্লগীরো?

চাউবী নত্তে দা। তোম্বীদু ঙসি নুংদাং চাক চামিন্নসি হায়খিবনি। ইমাগা বাজিগসু লাক্কনি।

খোমৈ অহোবা মপাদু খরা হায়রকউ ইচে।

চাউবী অব্রাংথংবা নাকন্দুনি য়াম্না হোরিসে। তপ্লা তৌ, নখোঙ থাফমদো মূন্না য়েংঙু। তা লাক্কনিকো।

খোমৈ করি ইঙ্খাং থোংদোইবা ?

চাউবী ইরোনবা অহাওবা অমা চামিন্নরগা লোইরেদা। বোরা খরগা হৌগে।

খোমৈ চেঙবু লৈরব্রো?

চাউবী দুকান লৈরিঙৈদা করিবু ব্রাৎতোইনোদা।

খোমৈ ফনা য়াম্না শোৎলম্মিনিনে ?

চাউবী অদুবুদি কৈশু খনবীদবা হৈনরেদা।

খোমৈ থব্রাপ্পীচাক ময়ামদু খরা ফরব্রা য়েংঙু।

চাউবী খরদি মুৎখ্রে। কুমথরকঅগেরো?

খোমৈ চক্লসু লৈত্রে কুমথরকঅগে ইচে। হয়েংব্রাই তোম্বীগী লুহোংবা মতুংদা শেম্মসি।

চাউবী নঙগী নবায়দুনা মসিগুম্বসি করিমত্তা খনবীপোৎ নত্তে।

খোমৈ চেক্লা শাগে খল্লম্বসু য়ারীপোৎনি, শাউরম্নুদা ইচে।

চাউবী মদুমক্লি হায়রিসে। চেক্লা শারদৌনি শেম্মরোই হায়নে।

খোমৈ ঐ খঙই মথা য়াম্না চাউবনেমি ঐখোয়-ইবায়দো।

চাউবী তপ্না তপ্না কুমথরকউ; নবায় নীংশিংব্রা হায়বু অমুক তানি। ঈশিংসিদা নখূৎ নশাদু হামদোকউসে।

খোমৈ বাজিগা ইমাগসু লাক্কনি হায়বা?

চাউবী লাক্কনিদি হায়হৌবনি। তোম্বীদি নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা লাক্কনিবু হায়হৌবনি। সে সিদা তৈথোকউ।

খোমৈ য়ারে ইচে। করি করি ব্রাৎলিগে ঙল্লিঙৈদা লৈশিনহৌনবা তৌসি। ঐ দুকান্দা চৎলুগে।

চাউবী ঐ চৎলুগে য়ানিদা।

খোমৈ লৈদৌদু করি করিনো অমুক্তা হায়রকউসে ইচে।

চাউবী ঙাইহাক্তা পোত্থাওসে। ইচেনা থোকপা শিল্লকঅগে।

খোমৈ অদু ওইরগা সে, লুপা য়াঙ্খেখক য়াওরি।

চাউবী য়ারেনে নঙগী থমজিনজৌনে।

খোমৈ য়ারদি কদায় য়েংগে য়েংগে।

চাউবী করিবুনো?

খোমৈ দুকান চৎতোইদো, পৈশাবু কদায়নো য়েংগেবা।

চাউবী শোৎপগী শোৎপা অমহানি কৈদৌরগে?

খোমৈ অমহা নত্তেদা ইচে। হান্নগী শেনশোৎ ইনখৎত্রিঙৈদা অমুকশু শোৎকে হায়বদু মীনা হরাওবা হৌনদে। সে, সি পায়শিল্লো ইচে।

চাউবী নঙনা পঙপীদা পীবসিদা ইচেনা ইকায়রিবা।

খোমৈ ইচে!

চাউবী থমজিনজৌদা ইবুংঙো। নঙ শেন য়াম্না থোকপসু নত্তনা!

খোমৈ করিনোনে ইচেনা খল্লিসিবো ?

চাউবী থেঙখিনি। চাক থোঙ্গৎপা হৌবা য়ারে। ইচে অমুক্ত থুনা থোকউখিগে।

খোমৈ শেনসি পুখো ইচে। নৎত্রদি ঐ য়াম্না নুংঙাইরোইদা।

চাউবী করিগীনোনে ?

খোমৈ ইচে! য়ুমবু পাল্লবদি মচে পূম্নমক্লা মৌপ্বা ওইবশিংবু মীতোপ ওইনা উনব্রনে?

চাউবী খোমৈতোন!

খোমৈ ইচেনা ইকাই হায়রীদুবু। ঐখোয়না ইচেগী করি তম্বীবা ঙমখ্রবগে?

চাউবী য়ারেসে খোমৈ। ইচে লৌরগে।

খোমৈ ইচে। ঙসিদি ঐ পেন্দবা অমখক ইচেদা তমগে।

চাউবী ইচে থেংঙে কোন্না তম্মো! অমুক্তা চৎলুখিগে। কনা-কনানো থোঙ্গাল্লোমদা চঙঙকইসিনা। গুনিগা তোম্বীগা নৎত্রনে?

খোমৈ মানি ইচে! তোম্বীগা ইতৈমগনি।

চাউবী ফরেদা। অদুদি তোম্বীবু মৈ থাগৎপা হৌহল্লগে। ঈশিং-মায়শিং, শীং-য়েনবুদি থৌরাং লৌইরবনি।

খোমৈ চাক্তুবুদি ঐনা থোংবসু য়াইদা।

গুনি খোমৈতোনদি হান্না য়ৌরকঅম্মেদনা?

খোমৈ বার্তোনদি ফংদে, য়ৌরকপদি ঐনা ইহান হাল্লে ইতৈমা।

গুনি নচেগীদবু করিগী বার্তোন ঙাইদৌরিবা?

চাউবী ঙন্না য়ৌরকপা ফরেদা। ফকসিদা ফমসিসে।

গুনি ফম্মগুমসিদা। করিনো ময়াম চঙদনা হোৎনরসিসে।

চাউবী করিনো ময়োমসিনা, চাউইদা সিদি?

গুনি চেঙ খরা পুরকপনি ইনম্মা। মরোয-মপাং, ঙারী ঙাতাই খরগা হাপচিল্লকপনি।

চাউবী করিগী পুরকইনোনে? ঐগী অরৈবা খরা চামিন্নসি হায়রগা।

গুনি দুকান্দগীনি য়ুমদগী নত্তে ইনম্মা, করিমত্তা চিংনবীনু। ঐখোয় চাক থোঙ্গৎপা হেক্তা হৌগে ইনম্মা।

চাউবী চাকশঙদা চঙঙসিসে। বাজিগা ইমাগদি?

তোম্বী লাক্কনি ইচে।

খোমৈ দুকান্দু ঐ ওইনা চৎলুরগে ইচে?

চাউবী নতৈমনা চেঙ পুরকঅবনিনা, করি ৱাৎলি অমুক্তা য়েংখিসি। চঙঙকও নঙসু।

তোম্বী ঐ মৈ হেক্তা থাগৎলক্কে ইচে।

চাউবী হোয় চঙঙো।

গুনি চাক্তি য়াম্না থোংগুমসি তোম্বী।

চাউবী চাক লায়রী ইঙ্খাংনিনে। করি থোংসিগে?

গুনি করিনা ফনি? বাজিগা ইমাগদি ঙাসু চাদে।

চাউবী ঐখোয়গীদি ইরোল্লসি। বোরা খরগা পক্কৌরা খরগা হৌরসিরা?

গুনি য়ারেনে। মোরোক কাহল্লগা আলু খিত্তংগা মেৎসি।

চাউবী আলুসু য়াম্না পুরকইদা গুনি?

গুনি কৈশু য়ামদবনিদা।

চাউবী — দুকান চত্তববু য়ারনি। শীঙ খিত্তা খায়রক্কেরা খোমৈ ?

খোমৈ — খিত্তা নত্তে য়াম্না খায়গেনে ।

চাউবী — তু অদুদা শীঙজং লৈরে। মনীংলোমদা শীঙ লৈবনি।

খোমৈ — কদোমদনো ?

চাউবী — ইচে তাক্কে শোমদা লাকও।

গুনি — ঐ ইঙ্খাং শেন্বা হৌরক্কে। থাঙদু অমুক্তা লাল্লকউ তোম্বী।

তোম্বী — চেঙ কয়াম শুসিগে ইনম্মা।

গুনি — অঙাংশিংগা করিগা কে জি অমগা তত্থায়না য়ানিনা।

তোম্বী — ইমাগা বাজিগবুদি ইচা চাদবনি।

*(শীঙ খায়বগী মখোল)*

চাউবী — অদুদি ! ঐ বেশোনগা থাওগা লৈরুখিগে ।

গুনি — পৈশা অচোইবা লুপা কুনমঙা য়াওরিসে ইনম্মা।

চাউবী — শেন য়াওরে; খোমৈনসু ময়াম্মা পীরে।

গুনি — সিসু হাপচিনবীখোও ইনম্মা। সিনা ওইনা লৈবীরকও।

মমা — *(মপান্দগী)* ইবেম্মা চাউবী।

চাউবী — তারে তারে ইমা। ইমা-বাজিখোয়সু য়ৌবকঅমাল্লে। চঙবীরকও ইমা।

মমা — সে, বেশোন খরা লৈবীরকপনি।

চাউবী — এ! ঐদি বেশোন লৈরুগে তৌরি। তান চারেদা। চাকশঙদা ওইনা ফম্মসি ইমা।

মপা — কেন্দল লৈরকপদু অমত্তা থাল্লকউ। ঐ মচি অমদা ঙাইহাক্তা ফমগে।

মমা — শৈরেং অমুক ইরগেরা। ইবেম্মা নঙ-বাজিগী ফক অমা পীয়ু। ইনীংঙকঅদি মফম মতম নাইপোৎ নত্তে।

চাউবী — সিদা য়াদ্রা বাজি?

মপা — য়ারে য়ারে থম্মো। কদায় কেন্দলদু পীরকও। নচাশিংনা হোৎনরিসি নঙসু অমুক্তা য়াওশিল্লু থরো।

গুনি — মখোয়গী অহল-লমন লাকপদুবু করিদা তারগে ইমা?

মমা — লুহোংবসি মতম খরা য়ৈথোকসি হায়রিনে।

গুনি — অদুবু কবি হায়রি অর্থনো ?

মমা — খঙদে খঙদে ইবেম্মা। খরা চম্না হোংসি হায়সিমক্তবু মখোয় ইয়া য়ানীংদে।

চাউবী — বেশোনসু ইমানা লৈবীরকএ। ঐ অচাথাও লৈরুখিগে গুনি ।

মমা — নঙ-বাজিদি অচাথাউ চাদ্রবনি ইবেম্মা। বেশোনদু পাক্কম তৌরো। নঙগী কোবীদু মচেৎ অমত্তং চমথোং থোংঙু। শিং লৈরগা খরা হাপ্পু। মৈতে মোরোক্তো মরু লৌথোঅগা অমদগী হেন্না হাপ্পনু।

চাউবী — ঐ যাইঙংলা হেকউখিগে।

খোমৈ শীঙ খায়রে পুশিল্লকওরা?

মমা হায়মা, নঙ ঙন্না হল্লকঅদি কৈদৌরবা?

খোমৈ আদা!

গুনি আদা সোভা লৈহৌরবা? মথন্দরো ?

খোমৈ অং! ঐ পূত্রীদা চৎলুখিগে ।

চাউবী য়াইঙংলা লৈরে। দুকান চৎলরোই। গুনি নঙগী শেনশি লৌশিল্লুসে।

গুনি অদুম থমজিনবীরোদা ইনম্মা। বেশোনদু পীবীরকও, ঐ শেম্মকঅগে।

চাউবী সে! থুমোক মচাদুদা মরোই য়াওরিবনি।

তোম্বী চফু শোন্থরে। ইরোনবা হান্না থঙ্গৎলগে ইনম্মা?

গুনি অং য়ারে।

চাউবী থাঙ্গৎলো থাঙ্গৎলো। য়োংচাকসি ঐ খেৎলকঅগে।

মমা য়োংচাক্সু লৈরিবা। নঙদি করিমত্তা ৱাত্তেদা ইবেম্মা।

চাউবী ঙসিদি ঐ করিমত্তা ৱাৎত্রে ইমা। শুমহায়নবু হাপ্তা অমত্তং চাক্লৌবা ফংজরদি থা অনী অহুমসীগী চানিংঙাই লেমহৌনি ।

মমা করিবু পুরক্কেনে হায়রিদুবো?

চাউবী ঐনা কবিমত্তা পুথোকত্রে ইমা। লুপা চামমুক্কা চেঙ, আলু, ঙারী-ঙাতাই ময়াম অমগা লেম্মে।

মপা মদুদি য়াম্না নুংঙাইবা ৱানিনা।

চাউবী ময়াম্না করিসু লৈজদবনি খন্দুনা পুবীরকইবা; ময়ামসে!

মপা করিনোনে। অরৈ-লৈত, থাংজ-পুজা হিংমিন্নবা নৎত্রনে নুংশিনবা হায়বসিবো?

খোমৈ ঐনসু য়ূমথক কুপশিল্লবনি বাজি।

মপা থেঙমল্লবনিনে। নহানৱাই নোংজুথা মমাঙদা কুপ্তৌনিনে।

চাউবী ইঙ্গাংদি চমথোং ঙাত্তে ।

মপা চমথোং নৎত্রদি ইপাদি অমত্তসু চাদ্রে। ইপানা নখোয়দা হন্না হন্না হায়রিসিনি। চিঙ্গাক্কীদমক জিব-পানবা হাৎকনু। চৈনা ফংবা মতমদা ৱারে, নারে, শিনীংদে হায়বগী খৃদম পীরিবা জিবশিংদো ঐখোয়গী চিঙ্গাক নত্তেনে। চহী নিফুগী মতুংদদি ঐখোয় মীওইবনা খ্বাইদগী চেকশিনগদবসি হকচাংনিকো।

চাউবী অদুবু বাজি। লাইরবসিসু ওস্থোক্লা ৱাখ্রেদা।

মপা মীওইবনা অতোপ্পগী খরদং খন্থবীরদি কবিসু ৱানীংঙাই লৈতেদা। অদু নৎত্রনে, হৌজিক্তা নঙনা অৱাৎপা অমত্তা লৈত্রে হায়খিদুবো ?

চাউবী অদুবুদি চুম্মী বাজি।

মমা য়ূম অমদা তোলোপ ফংবা অমা লৈবা হায়বসি য়ারবনিদা। মানবু মচিন মনাওগী খনবিরদি লোইনা শীন্নবা কোন্নেসে। লুবিবদি য়ূম খুদিংগী থোইবগুম্বা অমমম লৈনে। অদুনদি মনা-মনিন নাইবা তাবা।

| | |
|---|---|
| তোম্বী | হায়মা, ঐখোয় তামোচৌসি থোঙজিন্দা লেপ্তুনা লৈরে ইমা! |
| মমা | হা, থোইববো! |
| থোইবা | মীৱা ঙাঙনবসি লোইদেনে? |
| চাউবী | মীৱা ঙাঙনদেদা ইবুংঙো, সিদা কম্মুসে । |
| থোইবা | ঐদি খনবদা মম্মি। করিগীনো মীপূম খুদিংমক্না ঐঙোন্দা শুক য়াম্না শাউরিসে ? |
| মমা | লৈ খঙনা খঙনা হংবদা লৈতে হায়দুনা পীদবা ঙম্বা নঙোন্দা, মীনা শাউরকপদা ঙক্নীংঙাই কৈশু লৈতেন' ? |
| থোইবা | মদুদি নাকন অমত্তগী ৱা ঙাঙঙে ইমা। |
| মমা | ইচাশিংদসু হায়রিনা। লৈ খঙনা পীরক্লবদুদি হংঙুবনু, লাপথোক্লবা হোৎনরো হায়না। |
| থোইবা | মদুদি য়াম্না তোয়না হায়বীয়ু ইমা। |
| মপা | ঙাইখোদা ৱারীদু লৈম্ফে চৎখ্রে। চাক্তুবু কমদৌরিগে? |
| চাউবী | ঙাইহাক্তংদি ৱাৎলি বাজি। |
| মপা | ও ফরে ফরে। ইপানা নঙোন্দা হায়নীংবা অমখক লৈনে থোইবা । |
| থোইবা | নিঙোলদা ইঙ্খোল শরুক তম্বগী ৱাফমদুমা খনবীরুনু। |
| মপা | মদু নত্তেদা । |
| থোইবা | তোম্বী লুহোংবগী ৱা খন্নবসু ঐ য়াওবোইয়ে বাজি। |
| মপা | মদুসু নত্তেনেহে। ইপানা হন্দক ইবা লাইবিক্তু লোইশিল্লকএ, মদু খবা ফোঙবীয়ু হায়গে তৌবনিনে। |
| থোইবা | বাজিগী লাইরিক অনী অহুম ফোঙখিদুবু করি কান্নখিগে? |
| মপা | নুংঙাইখিদ্রেদা থোইবা। |
| থোইবা | কনাসু নীংথি-নুংঙাইনা পাবীদবনি বাজি। নহানৱাই লাইরিক য়োনবা চৎপদু কয়াম ৱাখি। নুংশা মরক্তুদা য়েরুম য়োনবনা হেন্না ফৈ খনখিবনি ঐ। |
| মপা | হরে কৃষ্ণ! ওস্থোকপা ক্রিটিকনিদা নঙসে ইবো? |
| মমা | মোয়-বাজিনা হৌজিকসিদা ইখিবা শৈরেংদু অমুক্তা পাথোকপিয়ুদনা। ফজৈ ফজদে অদুদা খঙননি। |
| মপা | নঙ অমুক্তা পারকউসে থরোশংবী। |
| থোইবা | এ ! চাকচা মাঙদা কবি সম্মেলন চত্থরব্রা? ঐদি চাক লাম্মে চৎচখ্রগে ? |
| মমা | ঙসিগী চাকসিদি ময়াম পুন্না হোৎনমিন্নবগা চাদৌরিনি। |
| থোইবা | ঐ লোয়না খঙঙে, চৎচরে ইমা। |
| মমা | নঙ ঙসিদি ইমানা হায়বা ইল্লেদনা। লেঙঙো লেঙঙো ইবুংঙো। |

*তাঙ্কক লোইবগী যন্ত্র সঙ্গীত*

# তরাশুবা তাঙ্কক

বৃন্দা — সোভা, লেঙশিল্লকউ।

সোভা — ইমাবোক্তি?

বৃন্দা — কৈথেল চৎখি, ফম্মো।

সোভা — য়ারে।

বৃন্দা — নঙগী মরূপ্তুবু উন্নরকপ্রা?

সোভা — উন্নরক্তে, করিগীনো?

বৃন্দা — চুন্না শুম হংবনি। মহাক্তি য়াম্না ফবা মীনি।

সোভা — অং। য়াম্না ফৈ। ঙসিদি সিতার খোংদ্রবরা?

বৃন্দা — খোংনীংবনি। অদুবু মাগী ষ্টুদিওদা লৈহৌরে।

সোভা — চৎলরোইদ্রা?

বৃন্দা — য়ূম শঙইসিদি?

সোভা — চৎনীংঙমগদ্রা খনবা।

বৃন্দা — অদুবুদি, নঙসু লাক্লীংদুনা লাকইসিদি ?

সোভা — অং। লাক্লীংদুনা লাকইবনি। নুংশিবা অমদি থুংনবা অনীসে ঐদি অমত্তা ওইহন্নীংই।

বৃন্দা — ওইফম থোকইদা।

সোভা — ঐনা নঙগীদমক পোত্থাফম খঙদনা মিপাইজবসি নঙ করিসু খঙদবরা?

বৃন্দা — ঐ খঙই। সোভানা ঐবু নুংশিবী হায়বা ঐ খঙই।

সোভা — নঙনসু ঐগীদমক খরদি খনখিবনি। ঐবু লাল্লব্রা?

বৃন্দা — করিসু লান্দেনা।

সোভা — বৃন্দা!

বৃন্দা — নঙ য়াম্না ৱানা উই।

সোভা — উবা নত্তে, তশেংনা ৱারবনি। অদুবু ঐ ঙসিদি ! য়াম্না নুংঙাই। নঙোন্দগী তানীংবা খরা তাবা ফংই।

বৃন্দা — থাজবীয়ু, ঐ নঙগীদমক লেপ্লি সোভা। পুন্সি চুপ্পসু লেপকে খল্লি।

সোভা — বৃন্দা! তাবা ফংলরোই খল্লম্লবা ৱাহৈনি। ঐ পেল্লে। সিদগী হেন্না পেন্নীংঙাই লৈত্রে। ঐ মীকুপ অসিদা শিখিবা চৈনা ফংলরোই বৃন্দা।

বৃন্দা — অদুবু সোভা! ঐঙোন্দা চৈনা অমদি লৈ।

সোভা ঐ খঙঙে। অদুবু করিগী অমুক হায়রিবনো?

বৃন্দা খঙঙগসু অমুক হন্না হায়গে। নঙগী মরূপনা ঐবু মহাক নত্তনা কনাগুম্বা অমত্তগা লৈপূন শেমহন্নীংদে হায়। মহাক্তী য়াম্না ফবা, য়াম্না ৱাখল লৈবা, মীওইববু নুংশিবা ঙম্বা মীশকনি। মহাক্কী পুন্সিদি থাদোকপনি, অতোপ্পগীদমক কখোকপনি। ঐনা পুন্সিদা থেংনবা খ্বায়দগী চম্বা, খ্বায়দগী নাপল য়াওদবা মীশক্তী মহাক্নি। মহাক্কুম্বা মীশক তাইবঙপালসিদা মশিং য়ামহন্নীংই; কুইনা পুন্সি নুংশাংনা হিংহন্নীংই। মরম অসিমক্তনা ঐনা মহাকপু নীংবা কায়হনবা পামখিদে।

সোভা মহাক্কী মরমদা নঙ-ঐ করিগুম্বা মত অমত্তা খেন্নবা লৈতে বৃন্দা। মহাক্কুম্বা মীশক অমা পুন্সি মরূপ ওইনা ফংজবা ঐগী লাইবক ফবনি। অদুবু নঙ ঐগী লৈপূন শেম্বদা মহাক্না নীংবা কায়গদবা করি লৈবগে?

বৃন্দা মহাক্না য়াম্না থম্মোয় শেংনা হায়; মহাক্কা নত্তনদি ঐ অতোপ্পগা লৈপূন ওইহন্নীংদে।

সোভা মহাক মদুমক হায়বা ঙম্বা?

বৃন্দা নঙ মহাক্কা অমুক্তা উন্নগেরা?

সোভা নঙোন্দা করি হায়হল্লুগে?

বৃন্দা ঐখোয় অনীগী পুন্সি লৈপূন্দা মহাক নীংবা কায়ররোই হায়বদু খঙনীংই।

সোভা ঐ হৌজিকমক মহাক্কা উন্নগনি। অদুদি চৎলগে?

বৃন্দা গাড়ী মনাক ফাওবদি থিন্দোক্কেদনা। করিমত্তা চাদ্রেনে?

সোভা ঐ ঙসিমুক নুংঙাইবা লৈতে। ঐনা চাফম-থকফম খঙদনা লেল্লক্লিবসি কয়াম কুইরে খঙব্রা?

বৃন্দা মহাক্না অমুক করি হায়রকপা খঙদ্রি।

সোভা হায়নীংবা হায়রকসনু। ঐখোয় অনীগী ফীরেপ্পু মহাক্কী মখা পোন্না লৈফম থোকপ্রনে?

বৃন্দা থোক্কেদা। ঐনা শেংনা হায়জরিবসিনি; ঐ নহাক্না হায়বদো য়ারে। অদুবু মহাকপু নীংবা কায়না থাদোক্লম্বদি পামদে।

সোভা ঐ ভাব তারে বৃন্দা। ঐ য়াম্না ফজনা ৱারী শাগে।

বৃন্দা মহাক্কী মচন নুপী লুহোংবগী ৱাফমদু কমদৌখ্রে?

সোভা অমুক য়ৈথোকএ হায়গুম তৌই। ঐখোয় অনীগীনা হানব্রা খঙপোৎ নৎত্রিদা। *(নোকমিন্নৈ)*

বৃন্দা ঐখোয়গীনবু হাল্লদি লুহোংবদু পূন্না চৎমিন্নরেদনা।

সোভা অদুবুদি শোয়দ্রবনি। অদুদি ৱারী নুংঙাইরিঙৈদা হনখ্রগে।

বৃন্দা ফরে শুম লৈহৌরগে।

সোভা লৈহৌরগে হায়নু; লৈহৌখিগে হায়য়ো।

বৃন্দা ও ও - অর্থদো।

সোভা অর্থদো। *(নোকমিন্নৈ, গাড়ী স্টার্ট তৌই)*

বৃন্দা  লৈহৌখিগে।

সোভা  ফরে, চৎলুখিগে। *(গাড়ী থৌখি )*

*(মরক্কী যন্ত্র তেল্লপ)*

খোমৈ  *(মথন্তা)* কনানো গাড়ী থৌজিল্লক্লিবসে ? ও সোভা। অদুদি ঐ। তুরিসি থাদোক্লগে। য়েকপা হৌরক্লিবা লাই অসিমদি মঙোন্দা উৎপা চুমদে। হুং ঐ থোকপনা ফরে। *(ঙাইহাক শরক শি)*

সোভা  কৈদৌরে, থোঙ লোল্লগে হায়রিরো?

খোমৈ  ঙসিদি য়ূমদা ঙন্না হল্লকউ হায়রকই।

সোভা  ইবেম্মগী লুহোংবদুবু অমুক য়েথোকঅরো?

খোমৈ  য়েথোক্তবসু য়ারি, য়াম্না কন্না খন্নরি। অদু কমদৌবা?

সোভা  কমদৌরুনি। য়ূমফাওবা থিনজরম্বা তারেদনা।

খোমৈ  থিন্দ্রবসু য়াইদা। অশুব্রাইদদি রিক্সো ফংনিনা?

সোভা  ইস! য়াম্না ব্বারৌরেদা।

খোমৈ  কৈদৌবে ব্বারৌদোইবা ? নঙবু শাউবা ফরব্রো?

সোভা  ঐসি শাউবা মাল্লিব্রা?

খোমৈ  শাউবদি নেমথখিবা মাল্লে। অদুদা অমুক হন্না শাউরক্তৌ মাল্লিনে।

সোভা  শাউদা শাউহল্লক্কনু; শাউবসি য়াম্না ব্রায়। তোংখৎসিসে।

খোমৈ  তোংবা তারেনে। *(গাড়ী থৌখি)*

সোভা  ঙসিদি খরা তপ্না থৌগে।

খোমৈ  অদুদি ঐনা থাউ খরা হানবা তাবনি।

সোভা  থাউদি থন্না য়াওরিদা।

খোমৈ  টেপ থারকউ। নুংশিবা ঈশৈ অমত্তা তাসি।

সোভা  অং তাসি। *(টেপ থায়)* ঙসিদি করি য়েকই?

খোমৈ  *অকোয়বগী ফীভম* হায়বা পোষ্টর অমা য়েকপা লোইরে।

সোভা  কনাগীনো?

খোমৈ  দিপার্টমেন্টকী ওইরমালে।

সোভা  অদুদি অয়েকমন চাউরমগনিনা?

খোমৈ  অং লুপা লীশিংমুক পীরম্মী।

সোভা  অতৈদি য়েকপা হৌদ্রবা?

খোমৈ  বৃন্দাগী শক্তম অমখক য়েকপা হৌই।

সোভা  মাবু ঙসি লাকঅম্বনে?

খোমৈ  লাকঅমদে। বৃন্দাদি ঐগী পুক্কীংদা লেঙদনা লৈনা।

সোভা	য়েকপদি কৈদৌঙে লোইদৌরীবা?

খোমৈ	অকক্পবা মতমদি হায়বা ঙমদে।

সোভা	লোইরবা মতমদা ঐ অমুক্তা য়েংহৌবা য়াগদ্রা?

খোমৈ	য়েংবা য়েংদবা হায়দুদি নহাক্কী ৱানি। ঐনা য়েক্লিবসিদি নঙোন্দা পীনবনি।

সোভা	ও! ঐনা মহাকপু শেংনা নুংশিজে হায়বসিদি খঙইদনা।

খোমৈ	অদুবু অনৌবা ৱারনে?

সোভা	খোমৈতোন!

খোমৈ	ইনৌ নৌনা অমুক হায়রগেরা?

সোভা	অং! ঐ ঙসিদি নঙোন্দা য়াম্না শেংনা ৱাফম অমত্তা হায়জগে।

খোমৈ	হান্না হায়খিদ্রিবা ৱারনে?

সোভা	কয়ারক হন্না হায়খ্রে খল্লি। অমুক হন্না হায়ররোইসু খল্লম্বনি। অদুবু হায়দবা ঙমদ্রে।

খোমৈ	করিগীনোনে অদুক য়াম্না চফম-থকফম খঙদবমখৈ ৱারিদুবো? য়েংবা য়াম্না নুংঙাইহন্দা।

সোভা	নঙনা ঐবু অমুক্তা তেঙবাংবীয়ু হায়জনীংই। নঙনা হায়বদু চুম্মি; তশেংনমক ঐ য়াম্না ৱারে।

খোমৈ	করিনো ঐনা তেঙবাংবা ঙমগদবসিবো?

সোভা	নহাক্লা বৃন্দাদা ৱাহৈ অমখক্তং হায়বীরগা লোইবে।

খোমৈ	করি ৱাহৈনোনে?

সোভা	ঐগা মহাক্কা থুংনবদা নহাক্লা নীংবা কায়রোই হায়বা ৱাহৈ অসিমত্তনি।

খোমৈ	নঙ ঙসি মাগা উন্নব্রা? শোয়দনা উন্নরমগনি।

সোভা	উন্নে। ঐ মাগী মনাক্তগী হল্লকপনি।

খোমৈ	মানদি করি হায়রকই?

সোভা	নঙবু নীংবা কায়হন্নীংদে হায়রকই। মহাক্লা ঐগা লৈপূন শেম্বদি য়ারে। অদুবু মদু নঙনা হরাও-হরাওনা য়াহন্নীংই। নঙ ৱাহৈ সিমত্তং মঙোন্দা হায়বীগেরা?

খোমৈ	সোভা!

সোভা	হায়বীয়ু। নঙ ৱাহৈসি য়াম্না লুনা খল্লমালে।

খোমৈ	নঙগী অৱাবসে ঐ তশেংনা ফাওই। অদুবু ঐ ৱাহৈ অদুমদি হায়হল্লনুদা।

সোভা	*(কল্লপ)* ঐখোয় অনী থুংনবদা নঙ য়াম্না নীংবা কায়গনি অসিরা?

খোমৈ	নীংবা কায়বখক্কী ৱা নত্তে। বৃন্দাদি অতোপ্পা কনাগসু থুংনহন্নীংদে।

সোভা	অদুবু য়াদৌরিব্রা? নঙনা মহাকপু নুংশিবদগী ঐনা মহাকপু নুংশিবনা শরুক চামা হেল্লি হায়বসি নঙ খঙদবগুম তৌই।

খোমৈ	অদুবু সোভা, মহাক্কী সিতারগী শেহনাদি ঐগী তুরিগী লোইবা নাইদ্রবা ঈথিল ওইনা লৈরসনু।

সোভা	ঐগী নুংশিববু নাথৈরম্লগা নঙনা মহাক্কা লৈপূন শেম্ববু ওইথোক্কদ্রা?

খোমৈ — কলঙ্কগী ৱাসিদি তোকসিদা।

সোভা — *(কল্লপ)* কলঙ্কগী ৱা নত্তে। নঙগী মরূপ ওইবগী ইজ্জৎপু কদায়দনো? নঙ-ঐ পুন্সি চুপ্পা মরূপ ওইবগী মতৌ ঙাক্লসি হায়খিদুবু অসিরো?

খোমৈ — তপ্পা খন্নসিদা সোভা।

সোভা — করি তপ্পা খন্নরকনি! মসিদি থাজবা হাৎপগী ৱানি। মসিনা করি অফবা ওইরকনি?

খোমৈ — ঐগী ৱাসি অমুক্তা তাখো সোভা।

সোভা — *(কল্লপ)* তাররোই। ৱাহৈগী চন্নফম লৈত্রে। পুন্সিসিদা ঐ মরূপ হায়বা ৱাহৈসিদা থাজবা থম্লরোই।

খোমৈ — সোভা!

সোভা — ঐ খঙই। থরুম্নবা মরূপনা ঐবু হাৎকনি; পূকচেল শেংবা য়েক্লবনা ঐবু কনগনি। অদু ওইরে নঙগী কখোকপা হায়দি! নঙগী মায়দুবু ঙাংশিনবা ঙমদ্রবরো? য়ারে লৈবীহৌরো।

খোমৈ — য়ূম য়ৌনবা থিনবীনি হায়খিবদায়নে?

সোভা — থিনগে খল্লম্বনি। থিল্লরোই। *(গাড়ী থৌখি)*

*(মরক্কী যন্ত্র ঈশৈ)*

মপা — *(ফিংনা)* চাউবীরা?

চাউবী — মানি বাজি। অঙাংগী হিদাক লৈরুরে চঙশিল্লসি।

মপা — ঙাইখো ঙাইখো ইফিং ফিংগৎলনু ইবেম্মা।

চাউবী — সনামতুম্বু খবা হন্থরকঅব্রনে বাজি?

মপা — ইশুদি অৱাবা কোকখ্রে। নঙগী থম্মোয়দু লাকশিল্লুকো।

চাউবী — *(চিংনবা)* বাজি, মাঙ্গোলদা মুশি মুশি ঙাক্লিবা মৈরাসি করিগীনো?

মপা — তপথৌ, পূক্নীংদু ফিঙ্গৎকনুকো ইবেম্মা।

চাউবী — *(কন্না)* মাঙ্গোল মচিদা ফীঙৌ কুপ্লিবসি করিনো বাজি। ঐগী ইচা শিরৱা বাজি?

মপা — চাউবী!

চাউবী — ঐবু ইচা কায়নরব্রনে বাজি! সনামতুম, ইমাগী সনামতুম! ইমাগী লাইরবা! ইমাদি মাঙজরেদনা ইবুংঙো। *(হিক্ল কপ্পী)*

*(মরক্কী যন্ত্র ঈশৈ)*

থোইবা — *(স্কুটরদা লাকই)* খোমৈরা?

খোমৈ — মানি তামো।

থোইবা — তোংখৎলকও চৎসি।

খোমৈ — য়াবে। য়াবনি তামো। *(স্কুটর থৌই)*

থোইবা — নঙগী স্টুডিওদুবু কান্নরিব্রনে?

খোমৈ — অদুম কান্নেদা তামো। নোংমগী য়ামদ্রবদা লুপা চনী চহুমদি শোয়দনা ফংই।

খোইবা অদুবুদি কান্নদ্রগসু হায়বা তাবনি। মীয়াম্না ঙাঙনরিসিদি নঙ কৈগুম্ তাপোৎ নত্তেনে।

খোমৈ করি ঙাঙনরিবা?

খোইবা নঙদি খঙঙোইয়ে। ঐগী চিনসিনা পন্নীংদবা ব্রা ঙাক্তনি।

খোমৈ পন্নীংদবা ব্রা! অদুগা করিগী হৌদোকপিরকইবা ?

খোইবা নশাগী অশোয়বদু চুমথোক্লবা হায়বনিনে। ফবসু ফত্রসু ঐসি নয়াম্বনি। নঙগী মীংচৎ থীনীংঙাই ওইবা পাউ তাবদা ঐগী লেমজফম করিসু লৈতে।

খোমৈ মদুদি অচুম্বনি তামো। অদুবু ঐগী মীংচৎ থীনীংঙাই ওইবা পাউদুবু করিনো?

খোইবা নঙগীদা লাইয়েকপা চৎলুবশিংনা শন্দোবকপা ব্রাফমনি। য়াম্না চিংননীংঙাই ওইনা হংনৈ- *সিতাব খোংবীদুবু কনানো?*

খোমৈ ও! অদু ওইরে।

খোইবা যারে চঙহৌরো। অদুগনে, নতৈমনা তোম্বীদু চাক্কৌই হায়বনি। চাক চাবা লাক্কনু খরা হায়য়ু।

খোমৈ ইতৈমনা মরায় হায়জনিদা।

খোইবা *(কল্লপ)* ঐনা হায়রিসিনিনে।

খোমৈ ও হায়রগে হায়রগে।

মমা কনানো, খোমৈতোনলা?

খোমৈ মানি ইমা, তোম্বীদি?

মমা নতৈমখোয়দা চাক-ঈশিং হোৎনরমগনি। ঙসিদি ঐখোয় লোইনা অশোমদা চাসি হায়রম্বনি।

খোমৈ চাক থোংগৎনবা তৌসি ইমা। বাজিদি?

মমা নচেগী মচানুপাদু ঙমদে হায়দুনা চৎখিবনি। কৈদৌরবনো খঙদে হৌজিক ফাওবা হল্লক্ত্রিবসিনি।

খোমৈ ঐ তোম্বীদু অমুক্তা কৌরুখিগে ইমা।

মমা কৈদৌরগেনে খোমৈ?

*(ঙাইহাক শরক শি)*

খোইবা গুনি। *(কল্লপ)* গুনিলৈমা।

গুনি করি হায়গে। ঐ চাকশঙদা লৈয়ে।

খোইবা *(কল্লপ)* কৌরিসি তাবব্রো?

গুনি ও তারে তারে, করি হায়গে?

খোইবা সিদা অমুক্তা লাকখো, ব্রা হায়গে।

মমা *(মপান্দা)* খোমৈতোন।

খোমৈ অমুক্তা ঙাইখোনে ইমা। তামোনা ইতৈমদা হায়দোইসি করিনো অমুক্তা তাখিসি।

গুনি ঐ কৌরিবু কবি হায়গে?

খোইবা চাকশঙদা লৈরিসি কনানো?

গুনি তোম্বীনি। চাক চরা অমত্তা চামিন্নগে তৌবনি। ইমাগা বাজিগসু শোমদা পূন্না চামিন্নরসি হায়জখ্রবনি।

থোইবা তোম্বীদু য়াম থুনা অমুক্তা চৎহনখো।

গুনি করিগীনো?

থোইবা ঐঙোন্দা মরম হংঙক্নু। নখোয় তামোনা য়াদ্রে থুনা চৎখ্রো হায়য়ু।

গুনি করিনোমি হায়রিসিবু?

থোইবা করিনো অমুক হংঙিসিবো? নঙনা হায়বা ঙস্মোই হায়রগা ঐ হায়গেসে।

গুনি অমুক্তা ঙাইবীখো কৈদৌরবগে?

থোইবা তোম্বী! হে তোম্বী।

তোম্বী ঐবু কৌব্রা তামো?

থোইবা নঙ সিদা কৈদৌবা লাকইনো?

তোম্বী তামোচৌ!

থোইবা য়াম্না থুনা অমুক্তা চৎখো, য়াম্না থুনা

তোম্বী ইনম্মা!

গুনি অমুক্তা ঙাইখো তোম্বী।

থোইবা *(শাউনা)* কৈনো ঙাইবা হায়সে, করিনো ঙাইবা হায়রিসিবো? সিবু কৈদৌনবা থোংইবা চাক ইঙ্খাংনো? *(কোন-লীক লংখাই)*

গুনি অস! করিনো তৌরিসিবো?

থোইবা ফররিনিনে সে, ফরেবা সে। চারোনে, য়েংগে।

খোমৈ *(মপান্দগী)* তোম্বী, তোম্বী।

মমা ঙাইখো কৌরুখিনুনে। ইমা চঙভুগে, নঙ য়ূমদা অমুক্তা লৈরম্মু খোমৈ।

গুনি ঙাইখো তোম্বী। থোকখিহৈনু।

তোম্বী থোকখ্রগেদা ইনম্মা। অসিগা মান্নরুবা হৌনদ্রে।

গুনি অমুক্তা ঙাইখো কৈদৌরগে?

তোম্বী কৈদৌখিসি হায়রিনো ইনম্মা ?

গুনি লাউ, নখোয় তামোগী মনাক্তা চঙলুসি।

তোম্বী ঐদি চঙঙরোইদা ইনম্মা।

মমা কদোমদা লৈনরবা, গুনি ?

গুনি ঐখোয় সিদা লৈরে ইমা।

মমা থোইববু হল্লকঅব্রনে?

গুনি হল্লকএ ইমা। মাগী কাদা পোত্থারমগনি।

মমা করিনোনে নখোয়না চপ চপ লেপ্তুনা লৈরীসিবো ? চাক-ঈশিং থৌরাং লোইরব্রা হায়বা?

তোম্বী লোইরে ইমা। ঐখোয়দি চাবা তোকএ। ঐ চৎলে।

গুনি অমুক্তা ঙাইখোমি তোম্বী নঙবো।

তোম্বী *(চৎনা চৎনা)* ঐ চাক থোংঙম্মগে ইনম্মা। ঐখোয়বোমদা ওইনা চারসি।

মমা ইস! চাকশঙসিদি কুম্মৈ তারেদনা। সিবু কনানা তৌরম্মীনো? গুনি নঙবুনিনে ঐনা হংঙিসে?

গুনি করি হায়দৌনো খঙদেদা ইমা।

মমা থোইবনা ওইবিনিনে। লাও, ব্রা ঙাঙনসি। লাকও।

গুনি ঐ পেন্দবনা লোইবে। ঐবু অমুক্তা তপথহল্লু ইমা।

মমা ইমাগা ঙাঙনগে লাওদা। কন্না ঙাঙনগদবা নত্তে। *(তপ্না)* থোইবা।

থোইবা ঐ ঙাইহাক্তা পোত্থাগে ইমা। কবি ঙাঙনদৌ লৈগে?

মমা লৈতেদা। গুনিনা চাক কৌই, অদুগী চাক লোইরব্রা হংবা লাকপনিদা।

থোইবা চাক্তি চাকশঙদা ওইনা যেংবীরুরো।

মমা অং! ইমা চাকশঙদা চঙঙুরে।

থোইবা ফজরম্মনিনে?

মমা য়াইদা, কৈশু কায়দে।

থোইবা *(কল্লপ)* ঐ ইমাবু পেন্দ্রিয়ে।

মমা কন্না ঙাঙগনু থোইবা। য়াম্না ঈং-তপ্না ঙাঙনসি।

থোইবা ঙাঙনবা নত্তে; ঐদি চঙনববে'ইসি হায়খ্রেনা।

মমা অদুবু নঙনা হায়রগা হেক্তা য়াব্রনে থোইবা।

থোইবা য়াবা য়াদবা ঐগীদি হায়বে ইমা। ঐগীসিদা কনামত্তা চঙবীরক্নু। মাগী মাগী ঙম্নবা পান্নরসে।

মমা তপ্না ঙাঙঙুনে ইবুংঙো নঙবো? নঙ-বাজি লাক্লগা নুংঙাইবোই। খবা তপ্না ঙাঙঙুনে।

থোইবা বাজিগী ব্রাকা খঙদে ঐ। ঐগীদি অরেপ্পনি হায়রীসে।

মমা নঙ-বাজিগী ব্রা কৈদৌবৈ খঙদ্রিবা? নখোয় ময়ামগী খনবদা অহন অসি ব্রারবনি। ডাক্তরনসু অব্রাবা ব্রাখল খলহনগনু হায়রকপনিনে থোইবা।

থোইবা মসিগুম্বসি ঐ করিসু খল্লরোইদা ইমা।

গুনি করিনো ঙসি মোয়- তামোনা তৌবীরিসিবো?

থোইবা নঙনা লাঙঙম্মীসিনা হেন্না ঙকখ্রেনে ঐদি।

মপা *(মপান্দগী)* কদায় কদায়। চাক চান্নবব্রো?

মমা মখোয বাজি লাকঅমাল্লে গুনি।

মপা গুনি! গুনিলৈমা।

গুনি ঐখোয় শোমদা লৈজবে বাজি।

মপা চাক তোক্লবব্রনে নখোযবো?

গুনি সোমদা অমুক্তা লেঙশিনবীরকখো বাজি।

মপা অমুক কৈদৌনরগেনে?

মমা মোয়-বাজিবু য়ূমদা চঙঙুদ্রিবো?

মপা চঙঙুরে তোম্বীনা পাউদু লোইনা তম্মকএনে। অদু য়াদ্রবদুদি নঙনা য়ূমদা চৎলো; গুনি নঙনা থোইবগী চাক খরদং থোংবীনবা তৌরোদনা।

গুনি বাজি!

মপা *ঐ লোইনা খঙই ইচাশা;* মনা মনিল নাইননু। ইমূং-মনুং পূকচেল খোয়জেল তিন্নদবা, খোইখা লিনখা থানবগী উংখৎনবসিবু মীনা কুম্মে ওইনা য়েংনরোইদ্রনে ইচাশা?

গুনি ঐদি পুক্নীংসি য়াম্না নাখ্রেদা বাজি।

থোইবা মসিদা য়াম্না হৈথোই শিংথোইবী শারী নুপী অমা লৈরীয়ে।

গুনি করিনো ঐনা হৈথোই শিংথোই শারীববো?

থোইবা ফজরবা নৎত্রো নঙগী থৌরাংদুবো?

মপা ঙাঙনরনুদা ইচাশা।

গুনি ঐগী থৌরাং হায়সিবু করিনো? নখোয় নচিন-নৌপ্বা নুংশিননবা হোৎনবসিরো ঐগী ইরালবু?

থোইবা নুংশিনবা য়াররোই খঙঙবদুদি কৈকান্নবা হোৎনরিবনো?

মমা করিনোনে থোইবা নঙনা ঙাঙঙিবদুবো? নখোয় নচিন ননাও ময়ামসিবু করিগী নুংশিননা হিংমিন্নবা য়ারোইদৌরিবনো?

থোইবা য়াদ্রদি য়াদ্রেদনা ইমা।

মমা নঙ নথন্দনা নুংশিজদবগী ৱানি। ময়ামসিনদি নঙবু নুংশিরিনে থোইবা।

থোইবা ঐবু নুংশিবীয়ু হায়দে ইমা। ঐঙোন্দা য়েৎশিল্লক্লবা তৌবা তাৎসি ঐ পামজদ্রে।

মমা ইহে! নঙদি শেন থুমগী ৱাখলদগী হেন্দ্রেদনা।

থোইবা য়ারে ইমা লেঙবীখ্রো।

মমা নঙগীদুবু তাল্লিবা হায়দুরনে ইবুংঙো?

থোইবা *(কল্লপ)* করিনো ইমানা ঐঙোন্দা অশীঙননা হংঙিসিবো?

মপা থোইবা। নঙ শাউগৎখিহৈনুনে।

থোইবা ৱাসি ঙাঙনরগুমসিদা বাজি।

মপা করিগীনোনে নঙনা শাউনু হায়রগা অশুক য়াম্না শাউরিবসিবো? করিগীনোবা, নখোয় নচিন-ননাও ময়ামসি নুংশিনৌ হায়বসিদা নঙনা অশুক য়াম্না ৱারিবসিবো?

থোইবা ঐ কনামত্তগা নুংশিনবা পামদ্রে বাজি।

মপা নত্তে, নুংশিনবসিবু য়াম্না ৱাত্রা হায়বা? নঙনা লন-থুম শোক্কনি হায়দুনা পাখৎপা ওইরগনা কনামত্তা নঙোন্দগী চেঙ মূৎ অমফাওবা হংহল্লোই। মখোয়না অঙম্বা

মতেঙ নঙোন্দদি লেপ্তুনা পাঙহল্লগে। নখোয় নুংশিননদি হিংমিন্নৌ থোইবা।

থোইবা করিনোনে বাজিনা ঐঙোন্দা হায়বীরিবসিবো?

মপা নঙোন্দা নত্তে। পোকমিন্নবা মচিন-মনাওবু নুংশিবা ঙমদবা থম্মোয়দুদনিনে ঐনা হায়বীবসে। নুংশিনদবা হাযবসি কনখ্রবা হুনিনে। মসিনা ঐখোয় ময়ামসিবু কয়াদা ইনক নক্লা তাম্নহল্লিবা।

মমা নচিন ননাওবু নুংশিবা তম্মু থোইবা। নখোয় নুংশিনদবা উরগা মমা-মপা ওইবা ঐখোয়দি পোত্থাফম খঙদেনে।

মপা সমাজ অসিগীদমকসু নুংশিনদবগী নুংশিনদবা ঙাক্তা। মীৎয়েং অমগীসু মরম হংনবা। লৌরী-য়ূম্ফম, ইখোল-শম্বলগীসু ব্রাথোক ওইনবা। ব্রাহৈ অমা শোয়বগীসু পুন্সি চুপ্পা কাউনদবা। শেন-থুম খরদং হেনজিনবগীসু চারোন শুরোন লীশাং শিৎনা চঙনদবা। ইচাগা মচাগা নুংশিনবগীসু নুংশিনদবা।

মমা রাজনীতি দল তিন্নদবগীসু থরুম্নবা ঙাক্তা ঙায়খ্রে। মীনা ভোট লেপ্পরগা মীচঙ মখৈনা মফম অমও ঙত্তদা চঙনদবা -কয়াদা কনখ্রবা নুংশিনদবগী হুনো ?

মপা নুংশিনদবা হায়বসিনা হিংমিন্নববু ওস্থোক্লা ঙমখৈ নাইহনখ্রে। নুংঙাই-য়াইফবা, হরাও তয়াম্বা, মঙ্গোল ওইবা পুন্সি হায়বসে নুংশিননা হিংমিন্নবগী খূদোল ঙাক্তনিনে ইচাশা।

থোইবা ঐ ঙাইহাক্তং পোত্থানীংই বাজি।

মপা পোত্থারোনে। ঐদি ঙসিসু পোত্থাফম খঙলবোইনে।

মমা নচনগী লুহেংবা য়াওগদবনিকো থোইবা।

থোইবা ঐদি য়াওগে খন্দেদা ইমা।

মমা কবি? নঙোন্দা নাউথি শাজবম্বী, ফীদৎ-ফীরাংতনা নৈতেং ওইজবকপী, লাইধীগী মরাইবক্তগী হেন্না থীরক্লবী নচলনা পোলোয শেৎপদু নঙ উনীংদবা ?

থোইবা অদুম্না খনবীরসু য়াইদা ইমা।

মপা থোইবা। নঙগী পূক্নীং লকানূংদা অহিংবা মীনুংশিগী পি-মবীক অমত্তসু চেন্দ্রবরা? নচলগী লুহোংবদু য়াওনীংদ্রগসু মচা কায়নরবী নচেগী মনাক্তদি অমুক্তং য়ৌক।

মমা *(ফিংনা)* করি হায়বা !

মপা লাকও চৎসি। ইচাগী ফজরবা য়ূমসে মমা-মপা ঐখোয়গী নৈফম নত্তে।

মমা নত্তে, হৌজিক্তা হায়খিবদুবু করিনো মোয় বাজি!

*তাঙ্কক লোইবগী যন্ত্র সঙ্গীত*

# তরামাথোইশুবা তাঙ্কক

মপা ঐখোয় খোমৈতোনগী লাই য়েকফমসিদি য়াম্না ফজেনা!

মমা য়াম্না ফজেবো!

তোম্বী পাৎ মপান্দা লৈবা অসিনসু অমুক্কা হেন্না ফজরিবনি ইমা।

মপা মসিদি লৈববু নুংঙাইনিনে। ঐগী অনৌবা লাইবিক্তু মফমসিদা লোইশিনবা তাই। ঐ চীক্লা ফমগেকো।

মমা মাবু লাই য়েকইব্রা অমুক্তা য়েংঙু গুনি।

গুনি য়েংজগে ইমা।

তোম্বী মথক্তা য়েকপনি ইনম্মা।

গুনি চঙঙুসি লাউদনা।

মমা নথন্তা চঙঙো, ঙন্না হনসি ইচাশা। করিনো ননাওদা হায়নীংবদো হেক হাযবম্মু।

গুনি ফনি ইমা।

তোম্বী ইমা।

মমা কৈদৌবগে?

তোম্বী বাজিসি য়েংঙো। ঈথকশিংসিগা ব্রারী শারীমাল্লে।

মমা তুমীন লৈয়ু। কবিগী হৌনশানি। মখোযদি ঈশিং-ঈপাক, থাবল, অপীকপা মৈরা উবদা খাঙঙমদবা কাঙবুনি।

তোম্বী য়েংঙো ইমা বাজিসি কপ্লমালে। তুমীন্না মপি তৈথোকই।

মমা পাৎকী মশীং লাকঙমদ্রবা ঈথকশিংসে; নচেগী মীত্তা শিন্থহৌবা পিবাংদুনি খল্লিবনিনে।

তোম্বী ঐ হংগে ইমা।

মমা হুং হংঙুনু। অব্রাংবা ব্রাখল অমা শাগৎপা ওইরমগনি।

তোম্বী ওইবমাল্লে ইমা। ফুরিৎখাওদগী চে-কলম লৌথোকখ্রে।

মমা লাও। ঐখোযসু অসিদা কৃষ্ণচূড়ানা পরেং-পরেং হৌরিবা মফমসিফাও শুম চৎলুসি।

তোম্বী চৎলুসি ইমা।

*(ঙাইহাক তুমিন লৈ)*

গুনি খোমৈতোন, নঙগীসিদি অঙকপা সংসার অমনিদনা?

খোমৈ কদোমদৈনো ইথা থাজদনা ইতৈমা?

গুনি থবক অমখক চৎলুবনি। খরা ঙল্লি হায়দুনা শুম চঙলকপনিদা।

খোমৈ সিদা হেক্তা ফমসি ইতৈমা।

গুনি য়ারে; করিনোনে য়েকইদুবো?

খোমৈ সোভাগীদমক্তা য়েকপনি। মহাক হৌজিক লৌবা লাক্কনি।

গুনি কনাগী মীৎয়েংনোনে মমি শাল্লবা তাইবঙ'সিবো?

খোমৈ মূন্না অমুক্তা য়েংবীয়ু ইতৈমা পূক্নীংদা করি ফাওই?

গুনি পোমশাৎনবনা করিগী কেলহল্লিবা? কনাগী চিত্তানো? কনাগী লৈপূলনোনে, তৎলবা লংলানা চোইজাইনববা কুন্দোথক্তা তারিবসিবো?

খোমৈ য়ারে ইতৈমা। অয়েকপসি লোইশিল্লগে।

গুনি সোভাদা পীকনুদা। মানা করি খনগনি?

খোমৈ মহাক্না ঐঙোন্দা লোইবা নাইদ্রবা ৱাহং অমা হংই ইতৈমা। ঐগী পাউখুমদুনি য়েক্লিবসে।

গুনি পাউখুমসি ঙসি পীগদরা?

খোমৈ মহাক শোয়দনা লাক্কনি খল্লি। সোমগী অচৌবা থোঙনাওসিগী পর্দ্দাসি মপূং ফানা হাইদোকসি ইতৈমা। পাৎকী ফজবসি অমুক্তা য়েংবীয়ু।

গুনি মসিগী ফজবসিদি কবি হায়নি!

খোমৈ পাৎকী ঈপাকথক্তা নুমিদাংৱাইবমগী নুংশিৎনা যৈবদা কারক্লিবা ঈথক মচাশিংসি মূন্না য়েংবীয়ু ইতৈমা।

গুনি অদুনিনে য়েংলিবসে। মশীং লাকঙমদ্রবা ঈথকশিংসিনা হন্না হন্না য়ৈরিবা তোবর্বানসিগী খল্লিবনি।

খোমৈ করম্বা তোবর্বান ?

গুনি মশীং লাকঙমদ্রবা ঈথকশিংসিগী হঞ্জিন হঞ্জিনবা চৈথেঙ খাঙলিবা তোবর্বানসে।

খোমৈ ইতৈমা-

গুনি ঈথকশিংসে! লোইবা খম্বা লৈত্রবা খাঙঙমদ্রবা চৈথেঙ পীবিবা নখোয় তামোনি। অদুগা তোবর্বানসিনা চৈথেঙশিং অদুবু অখাঙ কন্না খাঙলিবা ইতৈমগী থম্মোয়সিনি।

খোমৈ ননাওগী তুবিনা অনৌবা ভিজন অমা ফংজরে। করিগী পিনো ইতৈমা?

গুনি খাঙবা ঙম্বা খাঙখিগেদি খল্লি। অদুবু কবিনো পুন্সিসি শুম নীংহন্নবক শুম নীংহন্নরক -

খোমৈ ইতৈমা! পুন্সিগী ঈচেলনা লাউ- খোংনা চেল্লিঙৈ সংসাবসে মথন্তগীনি খনবা মীকুপ খবদংগী মীৎয়েংনি। য়েংবীয়ু, নুমিদাংৱাইরমসিদদি নোংলৈদু হন্থখ্রে! ঈথকসু হন্থরক্লে! পুন্সিনা অশিবা কৌবা অমম্বা যূখল অসিবু মশেল মরাং উবা হৌরক্লে।

অৱাবগীসু ঙমখৈ লৈদা ইতৈমা। তামোগী থম্মোয় লৈকারক্তসু মীনুংশিগী লীক্লা অমত্তসু তারকখিগনি। ঙাইখিবা তাই। হিংবা তাবনি ইতৈমা।

গুনি ফরে, ইতৈমা চৎলগে। ঐ ইমাগা লাকপনি।

খোমৈ ইমাগা?

গুনি অং ! ইমাদি মখাদা পাৎ য়েংহৌই।

খোমৈ অদুদি কুমথরসি ইতৈমা।

গুনি কুমথরসি। য়াম্না নুংঙাইবা পাউ অমা তমগে চঙলকপনি। ইতৈমা ইকাউ কাউরুরেদনা।

খোমৈ ইমা।

মমা ইচাগী পোত্থাফমসিদি লাইনা থাবা মফমনিদনা।

খোমৈ মথক্তা কাখৎলগা য়েংঙদি য়াম্না নুংঙাইগনি ইমা।

মমা নোংমা য়েংঙগে, ঙসিগীদি থেঙঙে। নতৈমনা পাউ তম্মবা নৎত্রো?

খোমৈ করি পাউনো?

গুনি ঐদি পাৎকী ফজবা য়েংবদা কাউথোকখউরে। খবরসি পাউসে। তোম্বীগা লুহোংগদবা নুপামচাদুনা য়াম্না থৌনা ফনা ব্রাফম অমখক হাপ্লিয়ে।

খোমৈ কদায়নো ইতৈমা?

গুনি তু, সিদা যাওরিবসিনি; *ঐগী লুহোংবদা অউনপোৎ অমত্তা লৌজরোই।*

খোমৈ *(পায়) ঐগী লুহোংবদা অউনপোৎ অমত্তা লৌজরোই।*

মমা ইচাতোম্বীগী লুহোংবা য়ৈথোক্তৌবু মান্দ্রে।

খোমৈ সিদী য়াম্না মরুওইবা ৱানি। খবরসি বাজিদা শিন্নবীয়ু ইতৈমা। ঙসিদি ঐ খরা থেঙক্কনি।

গুনি কনানো কার অমা থৌজিল্লকইবসিবো ?

খোমৈ অসিদি তামোগী কারনি ইতৈমা। আঃ অথাপ্পদা অমা উরিসিনা সোভা ওইরমগনি। অদুদি ইতৈমগা ইমাগা হনবীখিবা য়ারে। ঐ লোইফাত্তবা থবক অমখক লৈরি।

গুনি ফরে ফরে, লোইশিল্লুরো।

*(মরক্কী তেল্লপ্প যন্ত্র ঈশৈ)*

খোমৈ লেঙশিনবীরকউ। ঙসি ঙাইহাক্তং য়ৌবীরকপা য়াম্না নুংঙাই। ঐসু শোয়দনা লাক্কনি থাজরম্বনি।

সোভা মৈ লাকপসিদুম তান চায়। তবেৎনি পানবগী অতিয়াসিসু থাবলনা ঙাইহাক্তংদি তেঙবাংইদনা।

খোমৈ শাউবদুবু খরা নেমথরব্রো?

সোভা ঙসিদি নূংশুক-নূংজানবা পূম্নমক থাদোক্লসি হায়নীংই। য়াম্না শেংনা, অরোন

অথুপ লৈতনা পূন্নীংদা লৈনবা ব্না পূম্নমক শেংদোক্নবা পাম্মী।

খোমৈ নহাক য়াম্না নুংঙাইনা লাকপা মাল্লে।

সোভা তশেংনমক নুংঙাই। বৃন্দানা ঐগীদমক ফীরেপ শেংলকপা মরূপকী মফমদা নুংঙাইবা ফোঙদোক্লীংই।

খোমৈ ও! বৃন্দানা নঙগীদমক চপ চানা লেপ্লে হায়বা।

সোভা *(ব্নারৌনা)* ব্নাফমসিদা নঙ মায়থোঙ লাংশিনগে তৌই।

খোমৈ মহাক্কী ফীরেপ কদায় ফাওবা লৈরবগে খঙনীংই।

সোভা বৃন্দাগী মবেনবোক্কা ঐখোয়গী অহন-লমনশিংগা উন্নরে। অফবা নুমিৎ অমা লেপ্পরে, য়ানরে।

খোমৈ ও! অদু য়ৌনা চঙশিল্লে হায়বা ?

সোভা মসিদা নহাক্কী পেন্দববু করিনো?

খোমৈ সোভা , ব্নাহংদু কয়ারক্নো নঙনা ঐঙোন্দা হংলিবসে?

সোভা অদুবু নঙগী অশেংবা পাউখুমদি ঙসি ফাওবদা ফংদ্রি।

খোমৈ ঙসিদি পাউখুমদো পীরগে খল্লে। ঐনা মঙোন্দা অতোপ্পগা লৈপূন ওইগে খনবীগনু হায়না চেকশিনব্না অমা হায়খিবনি। মদুদা মহাক্না লৌরে হায়রিবা ফীরেপসিগী তংদাংবা অমত্তংদি হান্না খঙনীংই।

সোভা সে। চিঠিসি হেক ফংবগা ননাক্তা লাকপনি। পারো।

খোমৈ বৃন্দাগী চিঠি। করি হায়রক্লিবা! *(হাংদোকই, বৃন্দাগী খোঞ্জেলদা)ঃ*

*সোভা,*

*পানখৎলকপা থাজসে উনা উনা নীংশিংদ্রব্রনে; নঙ-ঐগী পম্বুং নকশিল্লক্লে। নঙগী মরুপ চিত্রকারদি শোয়দনা নীংবা কায়রগনি। নহাক্না মাগী পূন্নীংবু থেমজিল্লু। শেংনা নুংশিবীরকপা থম্মোয়বু ইষ্টোকপা ঙম্বগী থৌনা বৃন্দাদা লৈজদে। নহাক্না নহাক্কী মরূপতুদা তম্বীযু- পুন্সি লৈপূনগীদমক। বৃন্দানা সোভাগীদমক লেপ্লে। ঐগী লৈজবা ধর্ম্ম, কর্ম্ম, কাম, মোক্ষ পূম্নমক নহাক্কী পূজাগীদমক থৌরাং লোইজরে। ব্নাফম অমনা, মতম খবগী মমাঙদা ঐগী ঈ টেষ্ট তৌবগী চেদু মহাক্না পায়খিবনি। হন্দক ঐনা ডোক্তরদা চৎলুবদা চেদু উৎলমদ্রি হায়রকই। মদুমতং নহাক্না লৌশিনবীরগা, ঐঙোন্দা অমুক্তা য়ৌহনবীরক্কেরা?*

*- বৃন্দা*

সোভা আই এম সোরি!

খোমৈ য়াই। করিসু ঙক্না থোক্তেদা । ঐ অমুক্তা য়েংজগে।

সোভা খূইসি চিংনব্রনে ? সে য়েংবীযু।

খোমৈ চিংনবগী নত্তে। অরোইবা পবেং খরদু অমুক্তা য়েংনীংই।

*(বৃন্দাগী খোঞ্জেলদা)ঃ*

*নঙ-ঐগী পন্থুং নকশিল্লক্লে। নঙগী মরুপ চিত্রকারদি শোয়দনা নীংবা কায়গনি। শেংনা নুংশিবীরকপা থম্মোয়বু ইম্বোকপা ঙন্নগী থৌনা বৃন্দাদা লৈজদে। পুন্সি লৈপূনগীদমক! বৃন্দানা সোভাগীদমক লেপ্লে।*

সোভা করি তৌরে। থাজবা ঙন্নীরব্রা?

খোমৈ কয়াদা লাইবক থীগ্রবা ফীরেপ্লো!

সোভা খোমৈতোন!

খোমৈ সে। চিঠিসি পায়শিনবীয়ু।

সোভা নহাক য়াম্না নুংঙাইতনা উই।

খোমৈ ঐ, তশেংনমক নুংঙাইতে।

সোভা হায়বীয়ু। হৌজিক করি তৌসিগে?

খোমৈ নীংবা কায়নবা শেম শাবা তাবনি।

সোভা নীংবা কায়নবা শেম শাবা?

খোমৈ কৈদৌরুনি মরূপ। ঐখোয়না সমাজবু কন্দবদি য়াদে।

সোভা খোমৈ!

খোমৈ হায়জরিবসে তাবীরিকো?

সোভা ঐ ঙক্লা তাজরি। বৃন্দাগা ঐগা থুংনবনা সমাজদা করি শোকহনগদবা লৈবগে?

খোমৈ ঐগী ব্রাহে খুদিংমক পুক্লীং চঙনা তাবীবগীদমক থাগৎচরি। ঐ নঙগী ব্রাহ্‌ংগী পাউখুম পীবা হৌরে।

সোভা কদায় নহাক্কী পাউখুমদি?

খোমৈ ব্রাহে অমদি হায়জখ্রে; ঐখোয়না সমাজবু কন্দবদি য়াদে।

সোভা মদুমক নঙনা হায়খ্রে; ঐ কাউদ্রি।

খোমৈ মথংদি। বৃন্দাগী অরোইবা পরেং খরদং অমুক্তা পাবীরকউ।

সোভা অরোইবা পরেং খরা?

*(বৃন্দাগী খোঞ্জেলদা):*

*মতম খরগী মমাঙদা। ঐগী ঈ টেষ্ট তৌবগী চেদু মহাক্লা পায়খিবনি। হন্দক ঐনা ডোক্তরদা চৎলুবদা চেদু উৎলমদ্রি হায়রকই। মদুতং নহাক্লা লৌশিনবীরগা ঐঙোন্দা অমুক্তা য়ৌহনবীরক্লেরা?*

খোমৈ সোভা?

সোভা হায়বীয়ু।

খোমৈ মহাক্লা হায়রক্লিবা চেসি নঙ পাম্লা?

সোভা মদুগীসুনি ঐনা লাক্লিবসে।

খোমৈ ঐদি কনা অমত্তা খঙহন্নীংদবনি।

সোভা করিবো?

খোমৈ বৃন্দাগী ঈ টেষ্ট তৌবগী ফলসে।

সোভা কৈদৌরবা?

খোমৈ ঐদি, নহাক ফাওবা খঙহন্নীংঙমদবনি।

সোভা খোমৈতোন!

খোমৈ চিংনবীরিবদু চুম্মী। মীয়াম্না খ্বাইদগী চিংনরীবা লাইবক থীহল্লিবা মহিক্তো! বৃন্দাদা পোজিটিভ ওইরে।

সোভা করিনো হায়বিরিসিবো?

খোমৈ সে। ব্লড টেস্টকী রীজল্টতু সিদা লৈরে।

সোভা ইস! মসিবু ওইথোকপ্রনে?

খোমৈ য়াম্না ওইথোকহন্নীংদবা থৌদোক্নি।

সোভা ঐদি থাজবা ঙমদে। মঙোন্দবু করম্না চঙলকখিবনো?

খোমৈ চহী খরগী মমাঙদা ওপেরেসন অমা তৌখিবা লৈব্রা?

সোভা অদুবুদি তৌখি। মদুগী মতুংদগী মহাক্কী মশাসি ইকন কল্লু য়াদ্রবনি।

খোমৈ মতমদুদা মঙোন্দা অতোপ্পদগী ঈ কাপখিবা লৈব্রা?

সোভা কাপখি।

খোমৈ মদুবু কনাগী ঈনো? ঈ দান তৌখিবা মীশক্তু কনানো?

সোভা মদুদি ঐ নীংশিংবা থোক্তে।

খোমৈ চে-সি থমজিনবীবো। অদুবু মসি বৃন্দাগী মফমদদি শিন্নবীগনু।

সোভা মসিদি হৌজিক কৈদৌরুনি। থমজিনবীবগী থমজীনবীবা মরূপপ্পা অদুম পায়শিনবীরো। ঐ চৎখ্রগে।

খোমৈ অমুক্তা ঙাইবীখো।

সোভা ঐ মফমসিদা কুইনা ফমহল্লগনু।

খোমৈ ঐগী পাউখুম পীবা লোইদ্রি। ঙাইহাক্তা ফম্বীখো। ঐনা য়েকপা বৃন্দাগী অয়েকপা শক্তমসি পুখো।

সোভা কদায়?

খোমৈ সিদা লৈরে। মায়খুম হাইদোকচগে।

সোভা ও! কয়াদা নুংশুক-নুংজানখ্রবা অতিয়ানো। লম্মাংনববা মৈখুনা কুপ্লে। কনাগী চিত্তাথক্তগী কারকপা মৈখুনো? কনাগী আশাগী লৈপূন? চোইজাইনরবা কুশে দাথক্তা লংলানা তৎলবা? ও - বৃন্দা!

খোমৈ সোভা!

সোভা ঙসিসি মঙমক্তি নত্তেকো?

খোমৈ	মঙনি হায়নসু খল্লি। হৌজিক নহাক্কী ফীরেপ করিনো?

সোভা	নঙগী ব্রাহংদু থুমন্দ্রা?

খোমৈ	নঙগী ফীরেপকীদমক মওন-মওন খলহন্নীংদে।

সোভা	নঙগী অপাম্ববুদি ঐ খঙলে।

খোমৈ	মসিদা নঙ ঐগী অপাম্বদি মান্নবা তাবনি।

সোভা	অদুবু! ঐনা বৃন্দাবুদি নুংশি।

খোমৈ	অদুবু! করম্না লৈপূনদি শেমগনি।

সোভা	নুংশিবা ? অদুগা লৈপূনগদি মরী লৈনদবা?

খোমৈ	য়াম্নমক লাইবকথীবনি খঙই। অদুবু সমাজ অসিদি ঐখোয়না কনবা তাইদনা। নঙ ঐনা খঙনা খঙনা লায়না অদু মীয়াম মরক্তা করম্না শন্দোকহনগনি?

সোভা	খোমৈতোন!

খোমৈ	বৃন্দাদি মসি খঙহন্দবা তাই। মহাকপু নীংবা কায়হনবসু চুমদে।

সোভা	নুংশিবা! থুংনদবা; অদুগা অমুকসু নীংবা কায়হন্দবা?

খোমৈ	মসি নত্তনা নঙগী অতোপ্পা ব্রাখলবু লৈরিব্রা?

সোভা	ঐনা মঙোন্দা করি হায়গনি?

খোমৈ	হায়দোকপদা নুংঙাইতবা অচুম্বদুদি হায়দোকপিগনু।

সোভা	হায়দোকপদা নুংঙাইবা অরানবদু হায়বা তারিবা! থুংনরোই খঙলবা নুংশিবদা আশা পীবা তারিবা!

খোমৈ	মদুমক্কি ঐনা হায়গে খনবসু। নঙ ঐগী ব্রাখল চপ মান্নরে।

সোভা	ঐ চৎলে।

খোমৈ	হৌজিকপু কদায়দনো?

সোভা	বৃন্দাগী মনাক্তা।

খোমৈ	বৃন্দাগী মনাক্তা -

সোভা	করিসু চিংনবীগনু। নুংশিবনা মরম ওইদুনা লায়না অদু ঐ ইশাদা অমদি সমাজ মীয়ামদা খক শন্দোকহল্লোই।

খোমৈ	মদুদা ঐ নতুং ইনগনি। ঐসু বৃন্দগী নাক্তা নহাক্কা লোয়ননা চৎকনি।

সোভা	মদুদি হায়জবা ঙমদবগী ব্রানি।

খোমৈ	লেঙঙসি। *(কার থৌখি)*

সোভা	করিনো! ঙসি ঐঙোন্দা ফাওরিবা ঈথিলসিদি ?

খোমৈ	ঈশৈ অমত্তং তাসিনা। *(টেপ তপ্পা থাই)*

সোভা	ঐদি। বৃন্দাগী ব্রাহৈ অমা কাউবা ঙমদ্রে।

খোমৈ	করম্বা ব্রাহৈনো?

*(বৃন্দাগী খোঞ্জেলদা)ঃ*

*পুন্সি লৈপুলগীদমক বৃন্দানা সোভাগীদমক লেপ্লে। ঐগী লৈজবা ধর্ম্ম, কর্ম্ম, কাম, মোক্ষ ঙম্নমক। নহাক্কী পূজাগীদমক থৌরাং লোইজরে।*

সোভা কনানো কন্না থৌগ্রিবসে?

খোমৈ ঐখোয় তামোনি। ইচেগী মনাক্তা চৎপা ওইরমগনি।

*(মবক্কী যন্ত্র ঈশৈ)*

থোইবা ইচে।

চাউবী থোইবা, নঙ লাকইবরা ইবুংঙো। সে ফকসিদা ফম্মু।

থোইবা য়ারেদা ইচে।

চাউবী নঙবু কদায়দা চৎলুবনো, ওফিসতগীরা?

থোইবা ঐ ওফিস ঙাইহাক য়ৌরুরে ইচে। ইমাখোয় লাকঅমদব্রা?

চাউবী লোইনা লাকঅম্মে। খোইমৈতোনগী লাইয়েকফম য়েংউখিনি হায়দুনা চৎখিবনি।

থোইবা অঙাংবু কবি ওইনা ঙমখিদবনো ইচে?

চাউবী করিসু লুবা অনাবা নত্তেদা ইবুংঙো। লুপা য়াঙ্খে হুম্ফুনা কল্লম্বা য়াবা ইচানি।

থোইবা ঙমদবদি কয়াম কুইববা?

চাউবী ইচেনা নঙগীদা লাক্লম্বা নুমিত্তোঃ নঙ নীংশিংলিব্রা? কবি তৌবে তুমীন লৈববদি?

থোইবা ডোক্তরদি য়েংহৌদ্রবা?

চাউবী য়েংহৌদ্রেদনা। ডোক্তবদা অমুক্তংদি পুবীনীংবনি। শিবা তারবসু মথব্রায় নুংঙাইজনবা। মহাকসু মী ওইনা হিংলম্মী হায়বগী নাপল তৌজনবা। ইচা পোকপগী, মমা অমা ওইকবগী লমন তোন্দনবা, অঙম্বা থাক্তা হোৎনদুনদি য়েংনীংঙম্বনি।

থোইবা সে ইচে। লুপা নীশিং অমনি।

চাউবী করিগীনো থোইবা, অশুক য়াম্বা শেনফমসিবো?

থোইবা অঙাংগী কৎপদা য়াওখিনবা ঐনা অঙম্বা খরদং পীজরবনি ইচে।

চাউবী শেনফমসি লৌশিল্লু ইবুংঙো। লৈখিদ্রবা ইচাদুগীদি ইচেনা ঙম্বা খরদং থম্মোয় শেংনা কৎপ্রগে। নোংমতা চাক চরা অমত্তং মবুক থন্না চাবা ফংজখিদে। মমান্নবা অনী-অহুমদংগী উসোপ অমত্তং কৎলগা শমজিল্লগে খল্লে।

থোইবা মদু পূম্নমক শেনগী মথৌ ঙাক্তনি ইচে।

চাউবী ঙমদ্রগনা কৎত্রেদনা ইবুংঙো। কৈদৌরুনি, ইচেগী লাইবক্লনি।

থোইবা ইচেনা ঐবু ব্বারৌবদুবু ফোংমন্দ্রা?

চাউবী খবা হেনমনখিবনি ইবুংঙো; ইচেদ অমুক করেম্নরনু।

থোইবা ঐ অমুক য়ৌখ্রগে; শেনসিদি লৌশিনবীয়ু ইচে।

চাউবী ইচেদি লৌররোইয়ে থোইবা।

থোইবা ঐবু শোকহল্লগা করি কান্নে?

চাউবী ঐবু শোকহনগনুনে ইবুংঙো। ইচেবু অশোকপগী অশোকপা ঙাক্তা ঙাইরে।

থোইবা ইচে, ঙসিদি ঐ ব্রা অমা হায়গে।

চাউবী হায়রনু থোইবা। ইচে ঙাইহাক্তা পোত্থাগে। শেনফমসে নঙনা য়াম্না পীনীংঙগদি নঙগী অকোয়বদা হিংলিবা অরাম খৌরাংবনা ঙাওরবা মখোয়গী শরুক তম্মু। মী ওইনা পোক্লুবগী হিংবতদি হিংজনীংবা মীয়াম অসিগী নুংশিবা অমদি থাজবদা যুম্ফম ওইনা হিংঙুনে ইবুংঙো।

থোইবা অদুগুম্বা ব্রাখলদু ব্রাদ্রা ইচে?

চাউবী ব্রাখল নত্তে। মসি পুম্নিনিনে থোইবা। তু, য়েংঙু, নোংমতসু মোমোন নোক্লুবা, নুংশুক-নুংজানবা মায়থোঙ ময়াম নোম্থুদুনা চৎলিবসি উদ্রা? মীওই মপোক অসিবু নিন্দা তৌরিবনি। হিংনীংবগী হৈনীংবা মাঙগ্রবনি। নীংহন্নবগী নীংহন্নবা ঙাক্তা। শিবগী আশাদা পুক্নীং থেমজিন্দুনা খাঙনরিবা ঙাক্তনি।

থোইবা করিনো ইচেনা ঙাঙলিবা ময়ামসিবো?

চাউবী নাহেখোলনিনে থোইবা। সংসারসে তেংথাখোল-নাহেখোলনা থল্লে। লৈতলাইরগী পোৎলোইবগী মৈরীনা মায়কৈ খূদিং চাক্লে। তাইবঙপালসে মৈখূগী মৈখূ ঙাক্তা। কায়নবগী কায়নবা ঙাক্তা। মিৎ উইশিন্দুনা নথন্তা হিংহৌবা য়াদৌরিব্রা নঙবো?

থোইবা ইচে!

চাউবী অং! চুম্মে, অসুম্না কৌগদবনি। লাইরবগী মীচঙ ব্রাৎলবা সংসারসিদা। গতি লৈতবগী পিনা থম্মোয় শোক্লা কপ্লকপা মতমদা ; *ঐ লৈরী ইচে* হায়না পান্মোম তিংনা কৌরকপা মীংগৌদো ঙসিদি ইচে তানীংলকই। অমুক্তা ঙাইখো ; অদুম্না ফুক হৌগৎতুনা চৎপা হৌনদে।

থোইবা করি হায়গদবা ব্রাৎলিবগে ইচে?

চাউবী থোঙ্গাল ফাওবদং থিন্দোক্কেদনা। ইচেনা চাক্লিবী ওইনা নঙগী থোঙজিন্দা লেপ্লবা মতমদা! নঙনা মোম্তেক মোন্দুমথক্তা হিপ্লুনা অদুম লৈহৌবদুদি ইচে তৌরোইদা। য়ারে, থোকঅসি।

থোইবা ইচে, পোত্থবীহৌরো য়ারে।

চাউবী ব্রারবসু ব্রানা কয়ামবু কুইরুগবনোদা ইবুংঙো। ইস! ইপ্পাগী নৌনা লৈরুবা কারসিদি ফজেদা।

থোইবা অদুদি! ঐ অমুক য়ৌগ্লগে ইচে।

চাউবী অমুক্তা ঙাইখো। সি অমুক্তা য়েংখোদনা।

থোইবা ইচে!

চাউবী কয়াদা চীং-লেমখুবা মোংফমনো! গতি লৈত্রবগী ব্রাকৎ অমুক হন্না তাররোই। লৈবাক্কী অঙল্বা ফম্নাইবশিংনা তোল্ল-তারবশিংগী পুন্সিবু য়েংশিনবীদবা। অসিগুম্বা মোংফমশিংসে য়ামহন্নীংবা নৎত্রনে?

থোইবা য়ারে, ইচে! মখা তাবীবগনু।

চাউবী থোইবা। নচেদি ইচা কায়নরেদো।

থোইবা *(খাঙঙমদনা)* ইচে!

চাউবী *(তেংথা-তেংথানা)* ইমাগী ইবুংঙো, নঙগী মামহল লাকইনে! হৌগৎলু, নঙগী মামহলগী ফজবা কারসিদা লায়য়েংবা চৎসি! নফী নরোল হোংদোকপিগে হৌগৎলুনে ইমাগী লাইরবা!

থোইবা ইচে! *(কল্লপ)* ইচে! নঙনা ঙসি নৌপ্পাদা উৎলিবা দৃশ্যসি করিনো ইচে?

চাউবী চৎলো থোইবা। নচাশিংদো নাদা য়েক্তনবা নীংথিনা নাউকোল্লুকো। অসিগুম্বা চৈথেঙসে মমা-মপা ওইবা কনাগী মফমদসু নংহন্নীংদে। ইচেগীদা লাকপদি করি চাখিনি? সে লুপা অনীসি নমান্নবশিংগা করিনো লৈরগা চামিন্নৌ।

থোইবা ইচে!

*তাঙ্কক লোইবগী যন্ত্র সঙ্গীত*

# তরানীথোইশুবা তাঙ্কক

তোম্বী বৃন্দা মীনদি নোক্লরিনিকো?

বৃন্দা কনানা নোক্লদোইবা? নঙগী খ্বাইদগী চম্বা লুহোংবসিনা খ্বায়দগী চাউরবা লুহোংবা ওইরে ইবেম্মা।

তোম্বী *(নোকফেৎ)* হুং ময়ামগা মান্নদ্রবনিনা।

বৃন্দা ফাগী নত্তেয়ে। য়েংঙুনে ঙসিগী খবরদা ইনরকইসে। *মীয়াম্না তমজনীংঙাই ওইরবা লুহোংবা।*

তোম্বী কনাননো ইরিদুবো?

বৃন্দা অমনা হেক্তা ওইবা য়াই। ধর্ম্মগী ওইবা থৌরম অমবু করিগী ইরাং ওন্থোক্কদগে? থাজৌ মসিনা খ্বাইদগী ফরবনি।

তোম্বী নঙগীনা কমদৌবা?

বৃন্দা অফবদি মতৌ তম্নরক্কনিনা।

তোম্বী কয়াম ব্রাৎলিবা?

বৃন্দা কালেন তৃতিয়া ফাওবগী মনুংদা।

গুনি *(চঙলক্লুনা)* চা থকসি বৃন্দা।

বৃন্দা ঐদি চা থকচদে ইনম্মা।

গুনি ইহে ঐদি খঙউদ্রেদনা। অদুদি করি চানি?

বৃন্দা ঐগীদি য়াজরে ইনম্মা। ঐসু অমুক চৎখিনবা তৌগে। তোম্বী, সে নুংঙাইতদনা শুম পুরকপনি। পোৎপাং নত্তে।

তোম্বী করিনো সিবো?

গুনি ফৈজোম নৎত্রনে?

বৃন্দা মানি ইনম্মা। ঙসি তোম্বীগী লুহোংবা নুমিৎসিদা তোম্বীনা ব্রাখল অমত্তং খন্থহন্নীংই। ফৈজোমসি তামোচৌদা কৎলগা মখোঙ শোক্লা খুরম্মু তোম্বী।

তোম্বী বৃন্দা!

গুনি নঙগী ব্রাখলসি ওন্থোক্লা ফজৈদকো বৃন্দা।

বৃন্দা য়াম্না থাগৎপীরে। অদুদি ঐ অমুক চৎলগে।

তোম্বী তামোচাসু থোঙ্গালোমদা চঙলক্লে। ঙাইহাক্তং ফমখিসে।

বৃন্দা হুং। মতুং অমুক উন্নরসি। ঐ থোকখ্রগে। ইনম্মা ।

| | |
|---|---|
| গুনি | ফরেনে অদুদি। ইনম্মা সুম লৈহৌরগেকো। |
| খোমৈ | করিনো থোরকঅদি চৎলগে হায়রিরো? |
| বৃন্দা | অং হুদিওগী সোদু অমুক্তা পীগেরা? |
| খোমৈ | করিগীনো? |
| বৃন্দা | সিতারদু অমুক্তা লৌগে। য়াওশঙ মনুংদা কৈশু চৎথোক্লীংঙাই লৈতে। ঈশৈ খরা শুর পানগে। |
| খোমৈ | সোবুদি সিদা য়াওরেনে, সে। |
| বৃন্দা | অদুদি ঐ চৎলগেকো তোম্বী। |
| তোম্বী | ফরেনে, ঐ শুম লৈহৌরে। *( বৃন্দা চৎখি)* |
| গুনি | ঙাইখো সিদা লাকখো তোম্বী। সে, সি য়ানশিনবীগেসে। |
| তোম্বী | কনাগী সনানো ইনম্মা? |
| গুনি | নঙগীনে। ইনম্মনা নংনবা শারুবনে। |
| তোম্বী | ঐবু ঙাকপীয়ু ইনম্মা। ঐদি য়াংনা চৎনীংই। |
| গুনি | তোম্বী, নঙনা খল্লিবদো ইনম্মা লোইনা উই। অদুবু, করিমত্তা য়াওদনা ইকোক কোক্লা ইনম্মনা নঙবু শাগৈগী মৌ ওইরুরো হায়দুনা করম্না থাদোক্কদগে? |
| তোম্বী | ইনম্মা। থম্মোয় শেংনা হায়বীরকপা ব্রাফমদা হিক্তোকপা করিসু ঙমজদে। অদুবু মসিদংদি ঐবু ব্রারৌবীনু। |
| গুনি | হোয়দা তোম্বী, সিবু কৈদৌরুগাবনো। অশুক য়াম্না নীংবা কায়বা, পেন্দবা, কায়নবগী তেংথা নাওই মরকসিদা তাৎ পাৎকী লৈতেঙসিগী চন্নফমবু করিনো? |
| তোম্বী | করিনো তৌবীরিদুবো ইনম্মা তৎলনেমী। |
| গুনি | তৎলসনু, থদৎলবনি, ঐ ঙসিদগী সনাগী লীক কোন অমত্তা শীজিন্নররোই। |
| তোম্বী | ইনম্মা! |
| সোভা | হায়, তোম্বী। |
| তোম্বী | আই, তামো সোভা। |
| গুনি | চঙলকউ ইবুংঙো, সিদা ফম্মুসে। |
| সোভা | করিনোনে ইতৈমা? ঐ হেক লাকপগা হৌগৎপিরিসিবো? |
| গুনি | অদুগী নত্তেদা। ইতৈমা অমুক লাক্কে ইবুংঙো। |
| সোভা | তোম্বী। করিগীনো মায়থোঙ অদুক লাংশিল্লিবদুবো? সে, সি পায়শিল্লু। |
| তোম্বী | তামো, সিবু করিনো? |
| সোভা | চ্যেকনিনে। লীক অমত্তং শাবীগে খল্লম্বনি। অদুবু ঙসি ইচনগী ফজরবা লুহোংবগী শক্তমসি কায়হন্নীংদে। চ্যেক অসিদি ঙসিমক্কী নৎত্রেদনা। |
| তোম্বী | লুপা লীশিং কুনগী চ্যেক। করিগীনোনে তামো শুক য়াম্বসিবো? |
| সোভা | অদুবু করি লৈবা শেনফমনোনে তোম্বী ? |
| তোম্বী | শেনফমসিগী নত্তে খঙজে। নচনগী করিমত্তা লৈজদবা ফীভমসি উবিদুনা |

পান্মোম তিংবীরকপনি। মীনুংশি হায়বসিনা পোকমিন্নবা পোকমিন্নদবা করিসু খায়দে তামো।

সোভা তোম্বী!

তোম্বী অদুবু ঙসিগীদমক্তদি মসিমত্তংদি ঙাকপিয়ু তামো।

সোভা য়ারে য়ারে। ঙসিদি ইচন্না হায়বদা ঐ করিসু য়েৎলরোইদ্রা। অদুবু তোম্বী, থম্মোয় শোম্বুবগী ব্রাদি নবুং তাবা পামদে। ঐ লৈরিবসিদি।

তোম্বী ব্রাহে অদুনা পেল্লে তামো সোভা। নিঙোল ওইনা পোকউবা মপোক্কী খ্বাইদগী পামজবা ব্রাহেদি মদুখক্তনি।

সোভা হুং, মতম য়াম্না লৈতে। ঐ য়ুমদা ফি-রোল অমুক্তা হোংদোকউখিগে।

তোম্বী তামোচা উনররোইদ্রা?

সোভা ঙসাইনা উন্নরেদা। য়াম্না থুনা অমুক লাক্কে তোম্বী।

তোম্বী ফনি তামো।

*(গাড়ী থৌখি)*

থোইবা তোম্বী, চঙলকউদনা।

তোম্বী তামো।

থোইবা করিনোনে অদুবো?

তোম্বী ফৈজোম্মী। তামোগীদমক পুজরকপনি।

থোইবা য়ারে য়ারে থনম্মো।

তোম্বী তামো, নচন্না লানখিবা পুম্নমক ঙাকপিয়ু। ঙসি নচনগী লুহোংবা নুমিৎনি। পোকমিন্নরম্বনা মরম ওইদুনা তামোগী আশিবর্বাদ পাম্মী।

চাউবী *(মপান্দগী)* তোম্বী, তোম্বী।

তোম্বী ঐ সিদা লৈয়ে ইচে।

চাউবী অদুদদি কৈদৌরিবা?

থোইবা ইচে!

তোম্বী অদু নত্তবা ফীজোল অমত্তসু লৈত্রবরা ইচে।

চাউবী ইচেগী লাইবক্তনি। ফজমনখ্রে ইবেম্মা। সে, চেঙ খরদং য়োম্বীরকপনি। নঙবু কনাগীদনো চাক চাবা চৎলগা পীজরক্তে হায়দুবো?

থোইবা অদুম হায়না ঙাঙবীদবা ফৈদা ইচে।

চাউবী অদুম হায়না তৌবীবা হৌনদে ইবুংঙো।

থোইবা *(কপ্লপ)* ইচে!

চাউবী ইচেদো কন্না ঙাঙগনু থোইবা। ঐসে ইচা কায়নরবীনি। কয়াম ব্রায় খঙব্রা? পুন্সিদা অসিগুম্বা অব্রাবসে থেংনদবা ওইয়ু।

থোইবা অমুক্তা ঈংনা পোত্থাবীয়ু ইচে। তোম্বী নঙবু অমুক্তা ফমথৌ। ঙসিদি ঐ ব্রা অমা হায়জগে ইচে।

চাউবী করিনো হায়য়ুনে।

থোইবা ঐ ইচেগা তোম্বীগদা লুপা লীশিং য়াঙ্খে পীরগে খল্লে।

চাউবী লুপা লীশিং য়াঙ্খে!

থোইবা ঙসিদি, লীশিং তরা তরাসি হান্না পীজরগে। সে, মসি লৌশিনবীয়ু ইচে। তোম্বী সে, সিনা নঙগী।

তোম্বী ঐদি লৌজরোই তামো।

চাউবী সে থমজিনজৌ। ইচেসু লৌজরোই থোইবা।

থোইবা করিগীনো ইচে?

চাউবী তেংবাঙগীসু মতম লৈনেহে থোইবা। মতমদুদা ইচাদুবু কন্নীংবদগী ইচেনা নঙোন্দগী লুপা চনী চহুমদং নিখি। নীংশিংলিবরা থোইবা?

থোইবা ইচে!

চাউবী ঐনা ইচাদুগী থব্রায় কয়াম কন্নীংখি। ইচাদুনা কয়াম হিংনীংখি। মহাক য়াম্না শাউনা শিখি। ইচাদো, ঐগী ইচাদো য়াম্না নীংবা কায়না শিখি।

তোম্বী ইচে! *(কপমিন্নৈ)*

খোমৈ কৈদৌবে ইচে। সে ঙসি হায়বা নুমিৎসিদদি হরাউ তযাম্না লৈসি । কবিগী শেনফম্নো ?

থোইবা ঐনা ইচেগা তোম্বীগদা পীবনি কৈদৌবগে?

খোমৈ কবিনোনে তামো ? সি অমুক্তা পাযশিনবীযুসে।

থোইবা নঙ অমুক্তা ঙাইখো খোমৈ।

চাউবী তোম্বী নঙ, ইমাগা বাজিগদো অমুক্তা কৌরুচো।

তোম্বী হোয ইচে।

খোমৈ তামো, ঙসি ঐখোয় তোম্বীগী লুহোংবসিদি য়াম্না চম্না হেক্তা শীঞ্জববনি তামো।

থোইবা চম্বা চমদবা ঐদি ইচেগা তোম্বীগদা লুপা লীশিং য়াঙ্খে যাঙ্খে পীরগে হাযবগী ফীবেপ লৌবে।

খোমৈ মতম চাদনা পাম্বোম তিংবা লেমজনীংঙাই কবিসু লৈতেদা তামো।

থোইবা নঙনা হায়রিবসিবু করিনো?

খোমৈ ঐগী লাইরজবা, কবিসু লৈজদ্রবা ইতৌসে ঐগীদি লেমজফম্নি তামো। তামোগী হুমাংমনগা মরী লৈনদবা লুপা ময়ামসিদি তামোগী ফুবিৎখাউদা অদুম লৈবসনু।

থোইবা *(কল্লপ)* খোমৈ।

মপা করিনোনে ইচাশা! ঙসি নচনগী লুহোংবা নুমিৎসিদা নখোয় নচিন ননাও খোইখা লিনখা থানগনু। মী লাক্লবা হৌবনি। কবিগীনো নখোয নখোয়গী অনীংবা অপাম্বদু ঈং-তপ্না অমুক্তা খন্নসিসে।

মমা নখোয নচিন-ননাওবু খৎনব্রনে ইচাশা?

থোইবা ঐগী ইনাওসে -

খোমৈ তামোগী ব্লাখলসে হোংবা নাইদে ইমা।

থোইবা খোমৈ!

খোমৈ অরানবা তৌরগা অচুম্বা থিবা, অচুম্বা খঙনা খঙ্ডা অরানবা তৌবা ঙম্বা, অচৌবা ওইরগা তৌনীংবতা তৌবা -

থোইবা মসিদি ব্রা ঙাঙনবনা কান্নরোই।

চাউবী ঙাইখো থোইবা, নঙ অমুক্তা হৌগৎকনুনে।

মপা করিগী খান্নীবনোনে?

চাউবী বাজি!

মপা ময়াম্বনা মনাওদবু ফু চৈদুনা ব্রারকপা জগৎকী লোঞ্চৎনিনা।

মমা ময়াম্বগী চীনথক্তা খোমৈতোন্না কবিগী খুন্নিবনো?

তোম্বী পূন্নমকসিদি ইমা ...

মমা *(মরক থৎনা)* পূন্নমক ইমা খঙই, খঙদবা কনাসু য়াওদেনে সিদা।

মপা ইপানা খঙদবা ব্রাফম অমথক ইচাশিংদা হংগে। নখোয় নখোয়গী অপাম্বশিংদো পীরগে। করিনো শেংনা হায়রো ইচাশা। ইচা চাউবী হায়য়ু নঙনা অহলনি।

চাউবী বাজি, পুন্সি কৌবা লন অসিদগী হেনবা করিবু লৈরিবগে নচানা পামগদবা? মচা পোকচমল অব্রাবা নত্তনা করিসু ফংদ্রবা, ইমা-বাজিগী চোকথরবা দিহেগী মাঙদা; থম্মোয়দা লমন তোম্দুনতা লৈহৌরগদবা শিংবা ঙমখিদ্রবা খোল্লাং লমন অদুগীদমক কোক নোল্লি নচানা। ঐদি লন-থুম, সনা লুপা পামদে। ইপা-ইমা, ইচিল ইনাওশিংগী মীনুংশি পাম্মী।

মপা নঙনা পাম্বদু ফংজৌ ইবেম্মা। মপা-মমা, নচিন ননাও ওইরিবা ঐখোয় পূন্ন মক্লা নঙবু নুংশি। ঐখোয়গী মীনুংশিগী শক্তিনা চেৎনা পুল্লিবা হিংমিন্নবা হায়বসিগী পম্খৈ মনুংদা নাদ-য়েক্তনা, পুন্সি-নুংশাংনা হিংবা ঙমজৌ। খোমৈতোন, হায়য়ু; নঙদি পুন্সিদা করি পাম্বা?

খোমৈ বাজি, ঐদি অচাউরম পামদে। হন্থ-তোম্থনা হিংলিবা মশীং য়াম্লবা মীয়ামগা থম্মোয় য়াওনা হিংমিন্নবা ঙম্লবা খ্বায়দগী চম্বা পুন্সি মরেল পাম্মী। হিংলিঙৈ ঊনাগী খাঙপোক, মথংদা মোংফম, নচাগী অপাম্বনি। ঐ মীয়ামগী সেবা পাম্মী।

মপা মঙ্গল ওইয়ু। মীয়াম অসিগী থাজবা অমদি মীনুংশি মরক্তা পুন্সিগী চন্নফম ফংজৌ। ব্রারবা মীয়ামগী সেবা মপূং ফানা তৌবা ঙমজদুনা লাইরবা বাজিগী থম্মোয়দা তারিবা নোংথাঙ লীশিংগী ময়িশিংসে কোকহনবা শকউ। সহরগী গলিদা, উখোঙ-ব্রাখোঙদা, থাপ্লবা চীঙনুং-মান্নুং, তাম্লবা খুঙ্গংগী লবূক লমহাংদা মীওইবা ওইনা পোক্লুবগী হিংবতদি হিংজনীংবা খাঙপোকশিংদো লোইবা নাইদ্রবা আশা পীয়ু। হিংবগী উপায় ব্রাৎপনা, হিংনীং-হিংনীং হিংবা ঙমখিদ্রবা মোংফমগী উফুল মরীকশিংদো নঙগী পুন্সিনা থেমজিল্লু। কদায়

ইচা তোম্বীগীদি?

তোম্বী বাজি। নুপী ওইনা পোক্লবা মপোক্লি, মীনুংশি পামজৈ। মীয়াম্বু নুংশিবা ঙম্বগী থৌনা পীবীয়ু। মীনুংশি য়াওদ্রবা লৈকংলাদা নোংলীক অমত্তংগী থৌদাং লৌনীংই। থম্মোয় য়াওদ্রবা মীওইবগী মফমদা মীনুংশিগী লৈফম খজিক্তংসু য়েন্নীংই। তাইবঙ মালেম লৈকোলসিদা লৈরাং অমনা তৌবা ঙম্বা শরুক অদুখক্তং নচাসু তৌবা পামজৈ।

মপা ঙসিদি তাইবঙপালসে মীনুংশি থৌরাংবা তাইবঙপালনি। মীনুংশি খঙদবা অচাউরম পাম্বা খরগী চৈথেঙদা মালেমগী থম্মোয়সে খাঙবা ৱারে। থম্মোয় খুদিং লৈরাং ঙাক্তনিনে। থিয়ু কনাগী থম্মোয় লৈকারক্তা মীনুংশিগী ঈরীক পক্তবা। মখোয়গী থম্মোয়দগী ঈহৌরকপা মীনুংশিগী ঈচেলনা নঙগী পুন্সি ভিক্ষাগী ঝুলীদো থলহনবা ওইসনু। অদুদি ঐনা হংগদবসি লোইরেদনা।

চাউবী থোইবদদি ৱাহং অমত্তসু হংলরোইদ্রা বাজি?

মপা ইচা থোইবগী অপাম্বদি ফোঙদোরকপা কুইরে। ঐনা পীগদবতা ঙাইরে। অদুনা ঙসি ইপানা নখোয় পূম্নমক্কী মফমদা লাউথোক্লিঃ ইপাগী লৈরিবা লৌরী য়ূম্ফম, লন-থুম, সম্পতি পূম্নমক! ঙসিদগী ইচা থোইবনা লোইনা ফংজগদবনি।

মচাশিং *(ঙক্না)* বাজি!

মপা ঊপু সো হাংঙু থরোশংবী। অরৈবা পট্টাশিংদু ইচা থোইবদা লোইনা শিন্নৌ।

চাউবী বাজি!

মপা থোইবনা নুংঙাই-য়াইফরগা নখোয়বু কল্লকপ্রনে? লৈত-লায়রনা মরম ওইদুনা পূম্নমক লৈখা তাম্রগসু মহাক্তংদি নুংঙাইরসনু।

থোইবা বাজি!

মপা থোইবা, অতিয়াসি ঙমখৈ লৈতবনি। পেনবগী ঙমখৈ লৈতবা নঙগী ৱাখলগা মান্নবা থাক্তা ঙন্নিমখৈ শাগৎলু। হিংমিন্নববু পামজদবা ইচানি। নঙগী ননীং থুংনবা ননাও অসিগা লোয়ননা ঐখোয়দি ঙসিমক মফমসি থাদোক্লগনি।

তোম্বী *(কপ্লীংনা)* বাজি!

মপা থৌরাং লোইশিল্লু থরোশংবী। নঙসু মমানি। করিনো নঙনা ইচাশিংদা শিন্ননীংবা শিন্নরোদনা?

মমা *(চীং লেম্না)* থোইবা। সে পট্টাশিংসি পায়শিল্লু। ঙসিদগীদি নঙগী ওইরবনি থমজিনজরো।

থোইবা ইমা!

মমা ঙসি! নঙগী বাজিনা লৈজবা খরা ইচাশিংদা য়েম্থোকপসে, ইমাসু য়ারে। করিসু লৈত্রেনে ইমাগীদি। পীনিংবদি করিনো! থম্মোয়সি ফাওবা ফুক্তোক্তুনা পীনিংই। ইমাদা লৈরিবা হায়ববু ঐগী নাদা পক্লিবা সনা কোরিয়ান

মচেৎসিতনি। মসি হয়েং কোন্না ইচা থোইবনা ফংজহৌ।

তোম্বী ইমা! নঙগী মিত্তা তারক্লিবা পিদুদি করিগীনো?

মমা ঙসি ইমাগী মিত্তা উরিবসিদি লৈগী শৈয্যা নত্তে, চিত্তাগী মৈখুনি। নোংমা মঙখিবা মঙদুদি। ঙসি মীৎমাংদা উরিবা থৌদোকসি নত্তে।

পুন্না ইমা!

মমা ইমাগী অরোইবা ব্রাহৈসে কাউথোক্কনু। হয়েং ইমানা চিত্তাথক্তা লৈরবা মতমদা, নচিন ননাওগী অপূনবা মিনুংশিগী পিরাংনা ইমাগী খোল্লাং লমন শিংলকউকো ইচাশা।

*(সিতারগী খোঞ্জেল)*

বৃন্দা *(ঈশৈ ঙংই)* হুং, হুং, হুং, - হা হা

সোভা বৃন্দা।

বৃন্দ সোভা লাউ। ঐগী মীৎমাঙদা ফম্মু। লুহোংফমদগীরা? তোম্বীগী লুহোংবদু কমদৌই?

সোভা খ্বায়দগী চন্বা মওংনি। মীয়াম্না তমজনীংঙাই ওই খল্লি।

বৃন্দা নঙ অচাওরম পান্নক্কনুকো। ঐখোয়গীসু অদুম্না হোংসি।

সোভা অং। নঙগী অপাম্বদু ঐ চিত্রকারদা হায়গে।

বৃন্দা মতাং চাদবা ফাগিসে ঐদি নোক্লীংদেকো।

সোভা সিবু ফাগিরো?

বৃন্দা সোভা, নঙ ঐগী মাঙদা কারক্লিবা ঈথক মচাশিংসে য়েংঙু। অকোয়বদা শংদাক্লিবা তাইবঙপালসি ফজদ্রা? অনৌবা য়েন্নীংনা মালেম পূম্বা মালহৌনরে। নঙ ঐগী লাইবক ফবী কুন্দো লৈরাং। পোমশাৎনবা হৌরম্লগনি। নঙ ঐগী লৈপূন নকশিল্লক্লেকো।

সোভা বৃন্দা!

বৃন্দা অদুক নুংশুক -নুংজান্নববু করিগীনো? নঙগী ঈশৈ ময়েক্তো শুর পানবা লোইরে। শকউরা?

সোভা ঙসিদি তাররোইদা।

বৃন্দা করিনো ঐঙোন্দা মূন্না য়েংলিসিবো? ঐগী শকফমসি কায়রব্রনে?

সোভা বৃন্দা!

বৃন্দা হায়বীয়ু ঐ নঙবু তশেংনা চিংনরক্লে।

সোভা ঐ ফীরেপ্তো থাদোক্লবনি।

বৃন্দা ফীরেপ হায়বদি?

সোভা ঐ, ঐগী মরূপ্পু নীংবা কাইহন্নীংদে।

বৃন্দা অদুম্না হায়গনু সোভা।

সোভা শেংনা হায়জরিবসিনি। মরূপকী নীংবা থুংহনবদা ঐগী নীংবা কায়গদবা করিসু লৈত্রে।

বৃন্দা লোৎলিবা অচুম্বদু করিনো? করি লৈবগে শেংনা হায়দোকপিয়ু। কৈদৌরে হৌগৎলদি?

সোভা চৎলগে।

বৃন্দা নঙ য়াম্না তাইওন্ননা খল্লে সোভা।

সোভা সে, কার্ড সিমত্তং থমজরমগে।

বৃন্দা করিগী কার্ডনো?

সোভা ঐগী লুহোংবগী বাত্তোন্নি।

বৃন্দা সোভা!

সোভা চৎলগে।

বৃন্দা অমুক্তা ঙাইবীখো। নুপা ওইবগী হৌনশানি খঙজে। অদুবু, ফীরেপ অদু লৌরকপগী মরম অমদি শোয়দনা লৈফম থোকই। সোভা, নঙ ঐগী লৈপূনগী কুন্দো , আশাগী কুন্দো ওইসনু। লীশিংলক পোমসনু, লীশিংলক কেনসনু। সোভা, কায়নবা হায়বা ব্রাহৈসিদা অশিবা কয়া য়াওখ্রবগে? ঐবু চিত্তাথক্কী লৈরাং ওইনা উখিবগী মরমদি শেংনা হায়বীয়ু।

সোভা ঐবু অমুক পন্থহল্লনু বৃন্দা।

বৃন্দা পাউখুম অমত্তংদি পাম্মী। নৎত্রগদি নঙগী খোঙথাঙ খুদিং পাপ চেনবা ওইগনি। সোভা, নুপীমচা ওইবী ঐখোয়গী থম্মোয়দি শোল্লি। নঙনা উদ্রবননি ঐগী থম্মোয় লৈকা খুদিং পিরাংলক্তা চোইজাইনরে।

সোভা ঐ চৎলে।( *গাড়ী থৌখি* )

বৃন্দা অমুক্তা ঙাইবীখো।

*কদায় কদায় সিতার! হায়য়ু নঙগী পূক্নীংগী ব্রা!*

*পাউখুম পীয়ু কদায়! ঐগী ব্রাহংগী পাউখুম!*

*তাঙ্কক লোইবগী যন্ত্র সঙ্গীত*

# অরোয়বা তাঙ্কক

সোভা নঙগী হিদু পাৎ মপাঙ্গিদা হোঞ্জিল্লকউ বৃন্দা।

বৃন্দা নহাক্কী লুহোংবা হয়েংনি , নৎত্রা?

সোভা বৃন্দা!

বৃন্দা নঙগী নরালনি হায়দেদা ঐ! মতম খরা ঐগী হকচাংগী ফীভমসিদা চিংনবা অমা লৈখি। খোমৈদদি শেংনা হায়দোকপনি। মাগা তান্নরগা নঙোন্দগী থাপ্তোক্লবা হোৎনখি। হৌজিক্তি। মপান্দা থারুবা ঐগী ঈগী ফলদু লাক্লে।

সোভা করি ওইরম্লবা?

বৃন্দা চিংনরম্বা মতমসিগী মহীক্তুদি ওইবমদ্রে।

সোভা মদুদগী হেন্না নুংঙাইবা পাউ অমা সংসারসিদা লৈরমখিগদ্রা বৃন্দা!

বৃন্দা অশেংবা ফলদু খঙলবা তুংদা নহাক্কীদমক লেপখিবা ফীরেপ্নি। অদুবু নঙনা ঐবু অমুক চিংনখি, নৎত্রা? তায়ওন্নবা তোকঙাগী চৈথেঙসিসু য়েংবীয়ু। মদুনা লৌহনখিবা নহাক্কী ফীরেঙ্সিনা। ঐবু কয়াদা ব্রাহল্লবনো?

সোভা বৃন্দা!

বৃন্দা ঙসিদি ঐসে ! ঐগী ওইদ্রে, সোভা। চৈনাখোল কয়াগী ওইখ্রে!

সোভা ঐগী ! ঐগী অনৌবা ফীরেপ লৈফম থোকই বৃন্দা।

বৃন্দা নঙগী লুহোংবা হয়েংনি। মসিদগী হেনবা ফীরেপ। ঐ শকখঙবা ঙল্লোই।

সোভা বৃন্দা!

বৃন্দা ঙসিসে। নঙ ঐগী উন্নবগী অরোয়বা নুমিৎনি।

সোভা অদুম্নবু হায়বা হৌনব্রা?

বৃন্দা মতম লৈত্রে। অদুনা হায়জবনি। নঙ-ঐগী হৌখ্রবা শাংলবা মতমদো! ঙসিগী মীকুপ অসিমতবু ঙাইরকপগুম থোকখ্রে।

সোভা বৃন্দা!

বৃন্দা সোভা! ঙসিদি ঐগী অব্রাবগী পন্দোন লোম্লে। অশুক শাংলবা নঙ-ঐগী থম্মোয়গী খোঙচৎসিদা! অশুম্না কায়নবগী ব্রাখলদি নোংমতবু খল্লুদে। নুংশি নুংশিনা কায়নরবা মতুং! করম্না লেনগদগে খন্থহৌদবনা চৈথেঙ অমনা ঐবু মাযকৈ খঙদনা পুরি।

সোভা বৃন্দা! ঐঙোন্দা অমুক্তা য়েংলকউ নঙ!

বৃন্দা  য়েংলক্লরোই। নঙবু হন্না উরগদি! পৃক্লীং অসি লাকশিনজবা ৱাগনি। নঙনা ঐগী থম্মোয়-লৈকোলগী লৈবাং পৃম্না কেলহল্লে। চন্নবোইদবা ওইবগদি করিগী নুংশিবা?

সোভা  লাপথোকখিনু বৃন্দা!

বৃন্দা  লৈহৌবো সোভা। নঙগীদমক কৎলগে খল্লম্বা ঐগী লৈজবা প্রেম, ভক্তি, পুজা ! অরেম্বদ কনাগীসু ওইরোই থাজবীয়ু।

সোভা  কদোমদনো নঙনা হোল্লিবা হিদোমদুবো বৃন্দা!

বৃন্দা  ঐগী অরোইবা ৱাহৈনিঃ সোভা, নঙ ঐগী কায়নবসিনা নঙগী পুন্সিগী মঙ্গোল পুবকপা ওইসনু।

*(ঙাইহাক তুমীন্না লৈ)*

সোভা  *(ফিংনা)* মরূপ! অমুক্তা হৌগৎলু, সে অমুক্তা -

খোমৈ  করিনো ইফিং ফিংইসিবো ?

সোভা  তু ! য়েংউ! মহাক চৎখ্রে!

খোমৈ  থাবলসিদা-

সোভা  মথন্তা!

খোমৈ  বৃন্দারা ?

সোভা  কদোমদনো মানা হোল্লিবা হিনাওসিবো? সিতাবদু অমুক্তা পায়খৎলু।

খোমৈ  অং! অদুবু ঐ খঙই। মহাক্তি অমুক উররোই।

*(সিতার ঃ অথাপ্পদগী বৃন্দাগী ঈশৈ নেমথখি)*

থোইবা  *(মথন্তা)* খোমৈগী লাই য়েকফমসি য়ূম ওম্বোকঅম্মেদনা। ইচেসিনা তুম্মব্রা? ইচে।

চাউবী  কনানো?

থোইবী  ঐনি ইচে। ইমাগা বাজিগদি?

চাউবী  থবক চখোকখি। ফম্মু। নথন্দবা?

থোইবা  গুনিগা লাকপনি। খোমৈগা তোম্বীগা লমখাংদা থেংনবদগী মাদি লৈহৌরে।

চাউবী  অঙাংগী থাগী চাক পীজবা নুমিৎ থোকই। লাইদা লাইব্রক অমত্তং কৎকনি হায়দুনা চৎখিবনিনে। নঙগী গাউীদি ?

থোইবা  পুবক্তে। খোঙনা লাকপনি। ইচে।

চাউবী  কৈদৌরবা?

থোইবা  য়াম্না নুংঙাইবক্লে ইচে।

চাউবী পিদু তৈথোকউ, পকচদেদা।

থোইবা পূন্নমক্কা ঐঙোন্দা থন্নিবা মীৎয়েংসি করিনো ইচে? ঙসিগী সমাজসিদা হিংনরিবা মরূপ-মপাংশিংগী পুন্সিগী থাক অসিসু য়েংবীয়ু।

চাউবী অদুনবু ন ঙখক্তং নুংঙাইনবা ঐখোয় পূন্নমক্কা হোৎনরেদনা। সমাজ অসিসু নঙগুম্বা খরগী ইমূং-মনুংনা শুমদুনা চারেদনা। করিদি উপায় লৈ?

থোইবা করিনোনে ইচেনা হায়বীরিবসিবো?

চাউবী ইচেনা হায়রিবসে নঙসু খন্থৌ থোইবা। নঙনা ঙসি ফংলিবা পুন্সিগী থাক অদুবু তশেংনমক নঙনা হুমাং তানা শু-নোমজরুবগী মহয়রনে?

থোইবা ইচে।

চাউবী নঙগী অকোয়বদা হিংলিবা মীয়ামগী লুপথখ্রবা ফীভমসিসু য়েংঙু। পান্থোম-পাঙ্গলগী মতোং পূন্নমক চুপথোকখ্রবনি। করি আশা লৈরী?

থোইবা পুন্সিদা খরা থাক ব্রাংনা হীংনিংলুবা, ঐগী করি ইরালনো ইচে?

চাউবী পুন্সিদা থাক ব্রাংনা হিংনবগী অরোনবা লম্বীদুবু করিনো? করিনো অমুক্তবু হায়য়ুনে।

থোইবা ইচে।

চাউবী ব্রাহং অসিমদি হংহন্নীংদে নৎত্রা?

থোইবা মসি মীৎয়েং তিন্নদবা হায়বদুনিদা ইচে।

চাউবী লন্নাইগী অখুবা মীৎয়েংদা মীয়াম অমবু উবা ঙমদবসি লাইবক থীবনি।

থোইবা মীয়াম হায়বসিবু কনানো ইচে?

চাউবী নঙগী অকোয়বদা হিংলিবা শুনা শুনা মবূক থন্না চাবা ফংজদবা ময়ামসিনিনে ইবুংঙো।

থোইবা মখোয়না ব্রারিসিবু ঐগী দায়ত্বরনে?

চাউবী করিগী নত্তনি। শুংশু শুদনা নুংঙাইনা ব্রাত্ত-পাদনা হিংলিবা নঙগা, শুনা-শুনা অশুম নংথরকপা মখোয়গা সমাজ অমত্তদা হিংমিন্নরিবা নৎত্রা?

থোইবা ইচে!

চাউবী নঙনা থা অমদা ফংলিবা লুপা কয়া কয়াগী শেনফমদো ইচেদি পুন্সিসিদা অমুক্তা ফাওবা ফংলরোইদবনি। কয়াদা থোং মান্নখিদ্রবা মপোক্লো য়েংঙু। ঐনা ইচা ফনবা ব্রানা শেমগৎকনি। শেঞ্জাও পায়বা নঙগী ফত্তবা নচানা ফম অদুম পায়গনি। অরানবা চৎপগা হিংবগা হেন্না নকশিন্নরক্লবা সমাজ অমা নখোয় য়াইতোং-খমদোংবশিংনা পুরক্লে হায়নীংই।

থোইবা অদুবুদি ইচে-

চাউবী অমুক্তা শেংনা হায়য়ুনে; নঙগী থম্মোয়দসু অচুম্বা হায়বদু লৈবা তাবগদি

শেংনা অমুক্তা হায়য়ু থোইবা। অচুম্বখক্তনা য়ারক্তবা লাইবক থীবা মীকুপ অমা লাক্লবরা?

থোইবা খন্থরুরবুদি য়াম্না কিনীংঙাইনিদা ইচে।

চাউবী নঙবু অমুক্তা খন্থোদা ইবুংঙো। লৈবাকসিবু অসুম্না কয়াম কুইনা পানবা য়াগদগে ? মীনম-শোরিবা অরানবা তৌবশিংগী লৈবাক্তা অচুম্বা পান্বশিংদি করম্না হিংদৌরী?

থোইবা ব্রাহংশিং অসিগী পাউখুমবু ঐ ইথন্তনা পীবা ঙমগদ্রনে ইচে?

চাউবী ইচেখোয়না অশুক কুইনা তাল্লক্লিবা ব্রাকৎসিবু নঙোন্দতনি খল্লুরব্রনে। মশাগী পূজাদা ঙাওজরবা অঙম্বা, ফমজাও পায়বা, লৈঙাকপা মখোয় পূম্নমক্কী মফমদনি। নখোয়না থোকহনবা খূৎশেমগী অব্রাবসে কোকহনগে খল্লগদি নখোয় নখোয়গী পুক্নীংগী ফীরেপ্না দায়ত্ব লৌগদবনি।

থোইবা মদুদি য়াম্না শেংই ইচে।

চাউবী ইচেনা ঙসি থৌনা ফনা হায়রীবসিনি; ঐখোযগী সমাজ অসিগী লৈঙাক চুক্নী পায়রিবা, অব্রাংবা কাঙলুপতা হিংলিবা নুংঙাই-য়াইফবশা, নখোযদি পুক্নীং শেপকনু, হুরানগনু, শেল চাগনু। মীয়াম্না নখোয়বু ব্রাংনা থাঙ্গৎখিবদি- মীয়াম্বু তুং হন্না য়েংলক্লবনি। চিঞাক্কীনি। হিংবদা চঙবা পোৎলমশিংগীনি। লন্নাইগী নত্তে। মীয়ামগী য়াইফ-থৌবাংগীনি। মীয়াম্বু নুংঙাইহল্লু। মীয়াম নুংঙাইবদা পূম্নমক্কী শরুক য়াওববনি।

গুনি *(মপান্দগী)* ইনম্মা।

থোইবা অঙাংশিং হল্লকঅমালে ইচে।

চাউবী লাকও চঙঙকউ। ইমূংদা ঙাইহাক্তা পূন্না ফমসিসে।

খোমৈ তামোবু ওফিস থেঙদ্রিবো?

গুনি নোংমা নিনীসি নঙগী তামো ছুটি লৌরি।

থোইবা ফম্মু, ব্রারী শাসিনে।

তোম্বী হৌজিকপু করি ব্রারীনো? ঐদি চৎলগে।

থোইবা ঙাইখোনেহে, করিনো ইফিং ফিংইসিবো?

তোম্বী তামোচৌবু মীনুংশি খঙলব্রনে!

চাউবী ঙাইখোনে তোম্বী।

তোম্বী ইচে ! মীনুংশি খঙদবা মীদি মীওইবা সমাজদা কবিবু চন্নফম লৈবগেনে?

খোমৈ করিগীনোনে নঙনা অদুক খাঙবা হৈত্রিদুবো তোম্বী?

তোম্বী খরা হেনমনখিদা তামোচা! *(কপ্পি)*

খোমৈ ঙসাইদগী ইতৈমনা লীরক্লিবা ব্রারীদুবু করিনো? তমোচৌনা খন্থরক্তুনা ঐখোয়

পূম্নমকপু নুংশিবীরকপগী নৎত্রনে?

গুনি অদুক য়াম্না পুক্নীং হন্থবা হৌনদে তোম্বী। থম্মোয়গী লৈকারক্তা মীনুংশিগী পিরাং কংহনগে খনগনু। কালেন্থগী লৈপাক্লে, ঈমাইথক্কী থারিকথা, খঙলেদনা? সমাজগী থব্রায়সে- নুপী ঐখোয়না হাপ্পনি খক কাউথোক্কনু।

চাউবী থোইবা। নচননা পঙঙাঙ ঙাঙবসে খোয়খা লীনখা থানুকো ইবুংঙো।

থোইবা করিগীনোনে ইচে। ঐখোয় পূম্নমক্কী অতোনবীনিনে তোম্বীসে। মবুংগী মীনুংশি খৌরাংজদুনা ওইনজবনি। ঐ খঙই ইচে।

চাউবী হোয়নে থোইবা। অদুম্নসু খরা হন্থনা খল্লুনে।

থোইবা পূম্নমক্কী ব্রাকৎসিদা ঐ কোক নোল্লি ইচে। ঐ ঙসিদি, ঐনা লানখিদে হায়বা ফীরেপতো হোংদোক্লে।

চাউবী ইবুংঙো।

থোইবা হিংবগী নুংঙাইবা হায়বসি পূন্না হিংমিন্নবগী নুংঙাইবদুনি। ঐ য়ারে ইচে।

খোমৈ তামো।

থোইবা পুন্সি অমা হিংবগী মনুংদা ঐনা ঙমজবা কখোক্লগনি। শেঙ্গা-থুমজা, কল্লক-মীহৌ পূম্নমক থাদোক্লগনি।

খোমৈ তামো, ঐখোযনা মতম পূম্নমক্তা তামোগী নফমদা ওইনদুনতা লাকচবনি। ঙসিদি ঐসু, ঐনা লানখিদে হায়বা ফীরেপ্তো হোংদোক্লে। ননাওনা লানখিবা হেনজিনখিবা পূম্নমক ঙাকপিয়ু তামো।

তোম্বী তামোচৌ, লন্নাইগী য়েংদুনা হাযজবা নচ্চদে; মীয়ামগীদমক খন্থবীয়ু। মীয়ামবু নুংশিবা ঙম্বা থম্মোয়দু পামজে। তমোচৌখোয়গুম্বা শক্তি পায়বশিংনা মীয়ামগীদমক খবদং খন্থবীদ্রগদি সমাজ অসিদি পানবা য়াররোই। নৎত্রনে তামোচৌ?

গুনি হিংবগী নুংঙাইবা হাযবসি হিংমিন্নবগী নুংঙাইবদু ওইগনি মোয়-তামো। হিংবগী অব্রাবা পূম্নমক কাউথোকচদুনা মীয়াম অসে হিংবা ঙম্বা হিংলক্লেদনা? তৌফম খঙলক্তবা কযাগী মাযোক্ত ঙসিসু হিংনীংলি। মখোয়গীদমক ঙমজবা কখোকপিয়ু। সমাজ অসি মাঙন-তারুবগী লম্বীরোমদা তপ্না তপ্না চঙশিল্লক্লি। অমুক্তা কনবা নংহৌব্রা য়েংসি।

খোমৈ তামো। মীয়াম অসিগী মপী-মপা ওইবগী থৌদাং লৌরিবা থম্মোয় লৈকংলাশিং অসিনা মীয়ামগীদমক মীনুংশিগী পিরাং শিন্থরকপা ঙম্লগদি; সমাজ অসিগী তম্বা ঙমদ্রবা লাইবক অদু শোয়দনা ফহনবা ঙমগনি থাজে।

চাউবী ইবুংঙো। সমাজসিদা চন্নফম পীবীদ্রবা, লৈখা তানা ওইরগসু, মপোক অসি ফংলুবগী মীওইবা হায়বা মীংথোলসিদদি হিংদবা যাদ্রবা মীয়াম অসিগী থাজবা অমদি নুংশিবদা নঙসু হিংঙু থোইবা। নঙগী থম্মোয় লৈকারক্তা পক্লিবা

অমোৎপশিংদু শেংদোকউ। মীয়ামগীদমক য়েংদুনা শেঙ্গা-থুমজা, কল্লক মীহৌবা, অশাওবা পুম্নমক থাদোক্লগনি হায়বগী অকনবা ব্রাশক পাম্মী।

খোমৈ ব্রাশক অসিদি ঙসিমক শকপীয়ু তামো।

গুনি ব্রাশক অসিনা, মীওইবা হায়বা ব্রাহৈসিদা অশেংবা অর্থ অমা পীরগনি থাজৈ।

তোম্বী তামোচৌ। নহাক্কী ব্রাশক্কী ঙাইরীবসে।

থোইবা ঐ ইমাগা বাজিগা হল্লকপা ঙাইরী। মতমগী চপচাবা থৌদাং অমা মাঙদা তাদুনা লৈরে ঐসু খঙই। কপ্লবা মীয়াম অসিগী থম্মোয়গী য়ুম্ফমদা! ইমা-বাজিগী মাঙদা। ঙসিদি ঐ কোক নোনগনি।

খোমৈ ইমাগা বাজিগদি তীর্থ চৎখ্রে তামো।

থোইবা খোমৈ !

চাউবী অমুক্তা তপথখো থোইবা। বাজিগী লাইরিক অমগীসু সাহিত্যগী মনা অমা ফংগদবা লৈ হায়। অদুগী চুম্নদা চৎখিবনিদা।

থোইবা বাজিগী করম্বা লাইরিক?

তোম্বী তামোচৈনা ফোঙবীয়ু য়াখিদবা শৈরেংগী লাইরিকতুনি। তামো সোভানা হন্দক ফোঙবীবনি।

চাউবী গুনি, থোকখ্রিসি অমুক্তা মতুং ইন্নৌ।

গুনি ঐ খঙজে ইনম্মা। *(তপ্না)* ফুক হৌগৎলগা চৎলিসিবু কদায়দনো?

থোইবা ঙাইহাক্তা চীক্লা পোত্থাগে গুনি।

গুনি পঙথাপ থাপ্না চখোকপিথ্রনু। অমুক্তা ঙাইবীখোও।

থোইবা ঐ খঙই। লম্ফৈ চৎকদবা করিসু লৈত্রে। ব্রাফমসি ঐঙোন্দা কনানসু তাকপিদে, নৎত্রা? অদুবু! ঐ ব্রারৌরোই।

গুনি হৌজিক কদায়দনো? অমুক্তা ঙাইবীখো।

থোইবা হৌজিকপু ঙাইগদবা করি লৈরিবগে গুনি? অমুক্তা ফমথখিগে। ঐ য়াম্না ব্রারে।

গুনি তপ্না ফমথবীয়ু।

থোইবা ঐগী হোংলকইবা ব্রাখলসি ঙাইজরম্বনি। হৌজিক্তি! শিবা ঙাইবা ঙমদ্রে খন্দুনা চৎখিবা ওইরম্লোইদ্রা? তু, আ অথাপ্পদা য়েংঙু গুনি!

গুনি করিবুনো?

থোইবা অথাপ্পদা পাইরিবা লৈচিলসে। ইমা-বাজিনা উরম্বা যাইনা?

গুনি অং উরম্বা য়াই, করিগীনো?

থোইবা করিগুম্বা উবম্লগদি, ঐগী থম্মোয লৈকংলাদা হৌরক্লিবা মীনুংশিগী নোংহৌসি ব্রাখলনা লাম্বা ফংলমগদ্রা?

(ত্রেনগী খোঞ্জেল)

মমা করিনো মপান্দা মীৎ কুপ্তুনা য়েংইসিবো? ঙাইহাক্তা পোত্থানবা তৌবীয়ু।

মপা নাকেন্থাগী লেপকং ঊপালশিংসি য়েংঙু! মতম লোইরে কুইররোইনে।

মমা ব্লারনি। মীৎতু অমুক্তা উইশিনবীয়ুসে।

মপা অনৌবা চার খরা থারম্বনিনে। সভাত্যাগী অরোইবা আশাগী চারশিংদুবু ঙাকপি-শেনবীনবা ব্রাৎপনা খুইথরিদ্রা? মহয় চাবা নংলরোইদবা ইচা ঙাক্তনিনে! ঙন্না কেঞ্জখিবনা মরাইবক ফরবনি খল্লসিরা! তু, য়েংঙু-

মমা করিবুনো?

মপা খুৎশেমগী লৈকংলাদা পাইরিবা লৈচিলসে।

মমা নোং ওইনা চুরকখিনিনে। কংলবা ঊপালশিংসে অনৌবা য়েন্নীংনা ইশং-শংনা কুপ্লকখিনি।

মপা ইচাশিংদু নীংশিংলক্ত্রা?

মমা নীংশিংই। ঐ ঙসিদি থোইববু কন্না নীংশিংলকই।

মপা অং! ঐখোযনা পীবমদবা মীনুংশি অদুগীদমক মহাক লৈফম খঙলল্লরোই।

মমা থোইবনা অঙাং ওইবিঙৈগী থৌদোক অমখক নীংশিংলকই। মখোয় বাজিনা তল মযোম অমা পুবকপদা মচিন-ননাওশিংবু তঙক তঙক য়েংহল্লগা মহাক মথন্তা চাথোকখি। কাইনথংদা মবূক থল্লবা মতমদদি মচিন-মনাও অতৈদা কবিমত্তা পীজহৌদ্রে হায়না মথন্তা থেম্বা ঙমদমখৈ কপখি।

মপা য়েংঙু! অথাপ্পগী লৈচিলদো-

মমা হৌজিক নোংহৌ ওনখ্রে !

(ত্রেনগী খোঞ্জেল)




লোইরবা

প্রিযব্রতগী ৱাবী খিবিক পাল্লি পুক্লীং তূনা থম্মোয

- অশাংবম শ্রীমীনকেতন

প্রিযব্রতগী থোৎ-নৌনা নুংশি-নুংওনবা ফজবা মফোঙদোক বেডিওদা কবিদা তাবা কুইবে

- এলাংবম নীলকান্ত

মোং হাদবা মফোঙদোক অমদি ইমেজবিনা প্রিযব্রতগী নুংদা ঈহুল কযা লৈবিবা হিযুম্যেনিজমগী মশক অদু নীংথীনা ফোংদোকই

- অবাম্বম সমবেন্দ্র

যাম্না লিবিকেল ওইবা চেল্লেঞ্জ অমদা নুংগী ওইবা সোল অমা এবাউজ তৌবা ঙম্মী

লৈমপোকপম দামুদোব

ৱাবী বাতায ফজে। হাযবীবদু নত্তবা অতোপ্পা অর্থ অমা পীবা ঙম্মী। প্রিযব্রতদা কবিত্ব শক্তি বাংনা লৈ

এলাংবম দীনমনি

প্রিযব্রতগী বাবী ইচম চমদে, সাহিত্যগী মচাক যাম্না যাওই

শগোলসেম ইন্দ্রকুমাব

মহাক্লীগী তোপ তোপ্পা ফজবদি ডাইলোগতা লৈ। প্রিযব্রতগী নূপী হাযবা অমা তোঙান্না লাক্কনি

নোংমাইথেম তোম্বী

প্রিযব্রতগী দ্রামা মীওইবগী মমল অমসুং পুন্সিগী অর্থবু থিবগী খোঙচৎনি

লমাগো

প্রিযব্রতনা নুপীগী অথূপ্পা কযা পুথোক্লুনা পুন্সিবু নুংশিনা যোকখৎনীংবা উৎলি

নহাকপম অবন্না

---

## অইবগী ফোঙখ্রবা লাইবিকশিং

- আশা তৌবী অনৌবা পৃথিবী (শৈবেং, ১৯৭৯)
- ঊনাগী খাংপোক (শৈবেং, ১৯৮১)
- ঐগী অহানবা নুংশিবা (ৱাবীমচা, ১৯৮৩)
- ঐ ৱাবে (ৱাবীমচা, ১৯৮৪)
- পুন্সিনা পুন্সিগীদমক (ড্রামা, ১৯৯৮)
- হে থম্মোয (ড্রামা, ১৯৯৯)
- ইচে তাবমদাইগী স্নকপ্প (ড্রামা, ২০০০)